ঋেগঠী

# মাধবী





ডা. কমল সিংহ

# মাধবী

অইবা

ডা. কমল সিংহ




মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ
পাউনা বাজার, ইম্ফাল

ফোঙজবা :
মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ
পাউনা রোড, ইম্ফাল






অহানবা খূৎনম : ওক্টোবর, ১৯৯০ ইং
কোপী - ২০০০

অনীশুবা খূৎনম : সেপ্তেম্বর, ১৯৯৭
কোপী - ২০০০

অহুমশুবা খূৎনম : ওগষ্ট, ২০০৯
কোপী - ২০০০

মমল : লুপা ৮০/-

মখুম : ঙাংবম ইবোয়াইমা সিংহ

নম্ফম : পোপুলর প্রেস পাউনা বজার, ইম্ফাল

## অফোঙবগী মায়কৈদগী

মণিপুরগী শক্লাইরবা উপন্যাসকার ডা. কমলনা ইবা উপন্যাস 'মাধবীবু' মীয়াম্না খৌরাংনা ঙাইনরকপা কুইরে। উপন্যাস অসিনা ঙসি ফাওবদা অপাবশিংগী থম্মোয় খুদুম চল্লক্লি। তুংদসু মসিগী মফম হোংলোই নীংই। থাজবসিনা মাঙদা থন্নগা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা উপন্যাস অসিগী অনীশুবা খূৎনম মীয়ামদা লাম্থোকচরি। মমল য়াম্লবা অমসুং মগুণ লৈরবা লাইরিক অসিবু মীয়াম্না তরাম্না ওকপিদুনা মণিপুরী সাহিত্যবু য়োকখৎপদা মতেং পাংবিগনি নীংই।

লাইরিক অসিবু নম্বগী থৌদাং লৌবিখিবা সুচেতা প্রেস, মোইরাংখোমগী প্রোপাইটর ই. সোনামনি সিংহ, ষ্টাপকী অতৈ ইচীল- ইনাওশিং লোয়নননা মখুম য়েকপীখিবা শ্রীথোইদিংজম তোম্বী সিংহ অমসুং অতৈ তেংবাংবিখিবা কয়াবু পরিষদনা তৌবীমল খঙবা উৎচরি।

ডা. আই. এস. কাঙজম
জেনরেল সেক্রেটরী
মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল

তাং ৩।৯।১৯৯৭

# অফোংবগী ৱারোল

মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফালগী পান্দমদি মণিপুরগী মীয়াম্না ছাত্র- ছাত্রীশিংনা য়াম্না পাম্না শোন্নরিবা হৌজিক হৌজিক ফংখিদ্রবা লাইরিক কয়াবু অথুবা মতমদা ফোংদোক্তুনা মীয়ামদা ফংহনবনি। মীয়াম্না তকশিল্লকপদগী কবিরত্ন ডাক্তর কমল সিংহগী "মাধবী" উপন্যাস পরিষদনা ফোংদোক্তুনা অহোংবা মমলদা থমজরি। উপন্যাস অসিনা মণিপুরী সাহিত্যদা অচৌবা মফম অমা কন্দুনা চহী কয়া লৈরক্লি অমসুং মতুংদসু অদুম্মক লৈখিগনি।

লাইরিক অসি ফোংদোক্লবা হোৎনবদা বানান্নচিংবা কৃপ্না য়েংবিদুনা অচৌবা থৌদাং লৌবিখিবা শ্রীএলাংবম সোনামনি সিংহ অমসু সুচেতা প্রেস, লোক্লাওবুংগী মীওইশিংবু পরিষদকী মায়কৈদগী থাগৎচরি। লাইরিক অসিগী মখুম য়েকপিরকপা শ্রীথোইদিংজম তোম্বী সিংহ অমসুং ব্লোক শাবিরকপা ইবোয়াইমা প্রেস, ইম্ফালবুসু পরিষদনা থাগৎচরি।

অরোইবদা উপন্যাসকার ডা. কমল সিংহগী মফমদা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফালনা মতম পুম্নমক্তা ইকাইখুম্নবা উৎচরি।

শ্রীঐচ. রাধাকান্ত সিংহ

তাং ২৯।৯।১৯৯০

জেনরেল সেক্রেটরী

মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল

# অহুমশুবা খূৎনমগী ৱারোল

মণিপুরগী ইহান হানবা উপন্যাসকার ডাক্তর কমল সিংহনা ইরম্বা 'মাধবী' উপন্যাস মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফালনা অনীরক ফোঙদুনা পুথোকখ্রে। 'মাধবী' হৌজিকসু হিংদুনা লৈরি মতম চুপ্পগী ওইনসু হিংদুনা লৈহৌরগদবা উপন্যাস অমনি। 'মল্ল- মল্ল লৈনুংশি' হায়বা য়ারক্লবনি। নোংমা নোংমগীসু মগুণ হেঙ্গৎক্লি, অপাবশিংগী দিমান য়াম্না লৈরি। মীয়ামগী খৌরাংর্বাসিনা পান্দম ওইজরগা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফালনা মাধবীগী অহুমশুবা খূৎনম অসি লাপ্থোকচরি। হন্দক্কী খূৎনম অসিদা বানানগী পথাপ মতুংইন্না ময়েক তপশিনবা য়াবা কয়াসু খোম্থোক্তি কায়হন্দনা পুনশিঞ্জরে। লাইরিক অসি পুথোক্লবা হোৎনবদা অচৌবা থৌদাং লৌবিখিবা বি. জয়ন্তকুমার শর্ম্মা অমসং এম. শান্তিকুমার অনীবু থাগৎচরি। লোয়ননা পোপুলর প্রেসকী ইচিল ইনাওশিংবুসু পরিষদনা তৌবীমল খঙবা উৎচরি।

বী. এম. মাইস্নাম্বা
জেনরেল সেক্রেটরী
মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল

তাং ৬।৭।২০০৯

## ডাক্তর লামাবম কমল সিংহ
## (১৮৯৯-১৯৩৫ ইং)

খৃ: ১৮৯৯ ইং মার্চ তাং ১ দা লাংথবালদা পোকখি। নাওরেম লৈকাই এল পি স্কুল অমসুং মোইরাংখোম ইউ পি স্কুলদগী মথংশিংনা নিম্ন প্রাইমারী বৃত্তি পরীক্ষা অমসুং উচ্চ প্রাইমারী পরীক্ষা পাস তৌদুনা জোনষ্টোন হায় স্কুলদা তমখি। চহী খরা স্কুলসিদা তম্লম্লগা শিলোংদা চত্তুনা গবর্ণমেন্ট হায় স্কুলদগী খৃ: ১৯২২ দা "এণ্ট্রেন্স' পরীক্ষা পাস তৌখি মতুংদা ডিব্রুগরগী বেরী হৱাইট মেডিকেল স্কুলদা তমদুনা "এল এম পি" পাস তৌখি। মণিপুরদা হল্লক্লগা মণিপুর সরকারগী মেডিকেল ডিপার্টমেন্টতা ভর্ত্তি তৌদুনা চহী ৮ সার্ভিস তৌরম্লগা খৃ: ১৯৩৫ ইংদা মশাগী চহী কুম্থ্রাতরুক শুবদা ইম্ফাল এস:এম:পি: হসপিটালগী কার্টর্সদা ইখঙ্ খঙহৌদনা শিখি।

নহা ওইরিঙৈদগী হৌনা মশাদা কবি ওইবগী মগুণ চেল্লকখি। মহাক্কী মপা, মণিপুরী লাইরিক থীবা ওঝাগুম্না মাসু কলা অসি হৈ অমসুং মশামকসু ওঝা অমনি। ছাত্র ওইরিঙৈদা নুংশি-নুংঙোলগী শৈরেং কয়া মঙসদুগী সাহিত্য পত্রিকা 'জাগরন' দা ফোংখি। বাঙ্গলা অমসুং ইংরেজী ফজনা খঙলম্মী। মহাক্কী অহানবা অচৌবা সাহিত্যগী খুদোলদি থাদোকপতনা মশরুক ওইরবী মণিপুরী লৈশাবী অমগী মরমদা ইবা নুংশি-নুংঙোলগী বারী "মাধবী" উপন্যাসনি। মাগী অতোপ্পা লাইরিক শৈরেং শেখোম "লৈ পরেং" খ্বাইনা পাম্না পানবা হৌজিক্কী যুগকী মণিপুরী শৈরেংগী লময়ানবনি। মাগী ৱারী মচা "ব্রজেন্দ্রগী লুহোংবা" [illegible] ওইনা শান্নখ্রে। ইবা লোইরমদ্রবা "দেবযানি" ড্রামা অমসু পায়খৎলম্মী। মহাক অসি [illegible] পাম্না পানরবা মণিপুরী সাহিত্যগী অইবা অমনি।

মণিপুরী সাহিত্যদা মহাক্না কৎলম্বা থোইদোকপা অবদানবু শক খঙদুনা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা খৃ: ১৯৪৮ দা মঙোল্দা খ্বাইদগী হেন্না ৱাংলবা "কবিরত্ন" উপাধি পীখি।

# ৱাহৈগোং

নাটক, কাব্য, পত্রিকা অসিনচিংবা মখল মখলগী লাইরিক্কা ৱাই চাইরবা মতম অসিদা মৈতৈ লৈবাক্তা মৈতৈলোনগী লাইরিক পাননবা ফংদবা অসি য়াম্না অৱাৎপা অমনি। মৈতৈ মচাশিংগী পূক্লিংদা হৌজিক ফাওবা লাইরিক লেংবগী 'নেশা' অদু পোকক্ত্রি, মরম অসিনা হৌজিক ফাওবা মৈতৈলোনগী লাইরিক অসুক তাঙলিবনি। পঙলবা গ্রন্থকার অসিনা মেডিকেল ছাত্র ওইরিঙৈদা 'মাধবী' কৌবা নভেল মচা অমত্তং ইজহৌই, খুদোংচাদবনা মদু হৌজিক ফাওবা ফোঙদোকপা ঙম্লক্ত্রি। হৌজিক্তি মসি ফোঙদোকচরে, খ্বাই পূম্নমক্না মসি মৈতৈলোনগী লাইরিক অমনি হায়না খরা খরতং মীৎয়েং তাবিরবদি ঙমখৈ লৈতনা নুংঙাইজগনি।

মীৎয়েং তাবিবা নিজরিবা
শ্রীলমাবম কমলসিংহ
সব এসিষ্টেন্ট সার্জ্জন

ঙমেংলোং,
ফেব্রুৱারী ১৯৩০ ইং

# কখোকচবা

'মাধবী' কৌবী লৈরাংসি, শাৎলরী কাঞ্চী লৈকোন্দা
সাহিত্য শেম্বীবা কাঞ্চী লৈকোলগী মবুঙোদা,
কচ্চরি, হাপচদুনা নোম্লুকপগী শেম্পাক্তা,
নিজরি স্নামিংয়েং তাবিবা অনৌবা লৈরাংসিদা।

স্নাখুয়াখাদা চংজরিবা ননাই,
ডাক্তর কমলসিংহ

# মাধবী

## অহানবা পন্দুপ
## থৌরাং

নম্বুল তুরেনগী খোয়রবা ঈশিং ঈচেন্না মখাপাংনা চেন্থরক্লুনা কাঞ্চী চীংগী চীংখোঙদা ঙা- থেংদুনা ঙাইহাক্তং পোত্থাবা মফম অদুগী নোংচুপ থংবদা তরু তরুরবা য়ুম মচা অমা লৈ। য়াচঙবা মতম য়ৌরক্লদুনা লাইরিক তল্লিবা ছাত্র অমনা থাউমৈ থাঙ্গত্তুনা মাঙ্গোল মচি অমদা লাইরিক ঔরাইরি। "রাজকুমার বীরেন্দ্রসিং বারুণী খুরুম্মুসি" অসি হায়দুনা লাইরিক তমদবা পাখং মচা অমনা ছাত্র অদুগী মনাক্তা ঙেক হেক ফমথরমই। মতম অদুমক্তি য়াচঙবগী মরাঙ মরাঙ তৌবা মতম হেন্থখিদুনা লাইরিক তম্বা অঙাংশিংনা চাকশঙলোমদা মূনা মূনা য়েংশিনবা মতম য়ৌরক্লে। ছাত্র অদুনা পূক্লিং চঙনা লাইরিক ঔরাইরম্বদগী য়াক্লবা খোঞ্জেল অদু তাবদা হঙ্গৎনা হেক য়েংখৎলকই: মহাক্কী মরুপ শশীবু মনাক্তা ফমদুনা লৈবা উরে: শশীদসু নত্তনা অতৈ পাখং মরি মঙাসু মহাকপু ইকোয় কোয়শিন্দুনা ফম্বা উরে। "বারুণী খুরুম্মুসি হায়বনি, চৎনীংদমাল্লে মীনা হায়বসু খুমদে" অসি হায়দুনা শশীনা বীরেনগী মমাঙদা ফাক্লিবা লাইরিক অদু লৌখত্তুনা চেনা মশীং থীবা হৌরক্লে অমসুং "লাই অমত্তা য়েক্তে" হায়দুনা থাপ্লা হন্দোকখরে! বীরেন সিংহনা করিসু তৌনিংঙাই লৈত্রদুনা লূখম খোৎল- খোৎলদুনা হায়রকই :- "ইতাও! ঐখায়গী পরীক্ষা নকশিল্লক্লে; হন্দকমুক্তি লাই খুরুম্বা চৎপা ঙল্লরোই।" শশীনা খুল্লকই, "নঙদি নুমিৎ চূপ্পা 'পরিক্ষা' তৌগনি হায়দুনতা মরৈ, মীনা কোয় য়াওদে, হরাও-কুম্মৈ

তৌই য়াওদে: পরিক্ষাসু তৌনি, লাইসু খুরুমগনি মীনা কোয়বসু য়াওগনি: নঙবু তাইবংপানবগী হরাও- কুম্মে ইউ-উদনা লৈরাংগুম্বা নপুন্সি অদু অরেম্বদা লৈমন চনখ্রনি হায়বনি।' অতৈ অদুসু শশীগী মতেং পাংদুনা য়ৌ য়ৌ ঙাংবা হেক হৌরকই, - অমনা মখুত্তগী পেন্সিল মুন্দুনা মাগী তরু- তরুনা থমজরিবা নোটবুক্কী মথক্তা খোরী-খোরাং খোৎচিনব্নিরে, - অমনা 'ইংগ্রাজীনি' হায়দুনা লাইরিক হৈতবগী হৌনবা লাইরিক মমৈ মকোক ওন্ননা ফাক্কুনা শেরান- তুরান পাবা হৌরক্লে। বীরেন্দ্রনা খল্লকই - "ঐনা চৎলোই হায়দুনা অসুম খাঙদুনা মরৈরবদি, মহৌশানা লাইরিক তম্লক্রবা কাঙবু অসিদগী নাম্থোকপা ঙম্লরোই।" অসি খন্দুনা হায়রকই -"ফরে, ঐসু লাই খুরুম্বা চৎপা তারে, হৌজিক চাক লাপ্লে চারুবগে খ্বাইসু হল্লো, হংচিৎ চৎলমদাইদা ঐবু হৌবিরকউ।" অসি হায়দুনা লাইরিক, থাউ মৈনচিংবা পুশিন্দুনা ইমুং মনুংদা চঙখ্রে। ময়াম অদুসু "হিদাক ঙাম্থক অমা থকখিনি" হায়দুনা মরী মরী বীরেনগী মতুং ইন্নরক্লে। থোং হেক হাংদোকপদা, ফুঙ্গা মনাক্তা অহল মরী- মঙা ইকোয়- কোয়না ফমদুনা লৈবা উরবদা মখোয় অদু 'চৎলগে হায়দুনা তৃমিন তৃমিন্না হন্নখ্রে। বীরেন অদু উচিন- নাচিন্না নাম্থোকচহৌরে। চাক লোইরব্রা য়েংগে হায়দুনা চঙখিবদা চাক্তি লোইরমদ্রি। মচন থম্বালম্নানা চাক থোংলল্লি। অসাইমখৈ মৈদি মুৎলি-মুৎলি থারদুনা মাঙ্গোন্দা লাই খুরুম্বা চৎনবগী ব্রা ঙাংনবা অদু পুক্লিং চঙনা তারমই, অমসুং মমাশিজরোমদা ওনশিন্দুনা লাই খুরম্বা চৎকে হায়না তক্করি। মমাশিজনা - 'নঙগী য়াম্বুং চৎলবদি নঙবুসু চৎহনগনি" হায়রি। মাদু তারবদা, খরা হরাওদুনা চাক থুনা লোইননবা মৈথৌ কলহল্লি। বীরেন্না চাক ঙাইবা ওইনা লাইরিক খরা পাখিগে হায়দুনা মাগী ফমুংদা লোংখাক- লোংন্না হীপুনা "ফোক টেলস ওফ বেঙ্গল" ফাক্কুনা তৃমিন্না পাবা হৌরক্লে। ফুঙ্গা মনাক্তা ফল্লিবা অহল ময়াম অদুগী মরক্তগী অমনা ইংরেজী পাবা তানীংলদুনা হায়রকই - "লাইরিকপু তৃমিন্না পাবা হৌনব্রা? লা-উ-না পা- উ- না।" অসি হায়দুনা হীদাকফু প্রোক- প্রোক চিংলক্লে।

MA

বীরেন্না উরে। “কৈ কি হায়দুনা চেল্লগা শওম ওক্করে! অহল অদুনা হায়বা ইন্দ্রবদি হীদাক মৈ চাক্ত্রে মৈ হাপউ” হায়রক্কদৌরি, মরম অদুনা তঙায়ফদ্রদুনা মহাক্না মখোল থোক্না ইংরেজী পারক্লে, তৌইগুম্বসুং মপূক্লিংদদি য়াম্না নোক্লীংখ্রে। ঙাইহাক তারগা পেল্লদুনা অহল অদুনা হায়রকই - “লোন্দি ফনা মফরে হায়ববু থবক্তি ইফং- ফংদে, কান্নররোই লাইরিক তম্বা তোক্লো, থবক শীৎনবনি। ঐখোইগী তোমালসু চহী ৩ পুরা, থবক মনা অমত্তা শূহন্দনা ইস্কুল তমহনববু পৈশা অমত্তা ফংদদুনা হৌজিক্তি তোকহনখ্রে।” অদুগী মতুংদা স্কুল মচাগী মরৈকনবা থবক শূনীংদবা, নমথাক তৌবা অসিনচিংবা ব্রা মপাং- মপাং য়াম্না ঙাংনরক্লে। চঙউ চঙউবা মফম খূদিংদা বীরেনগী মীচঙ অমত্তা লৈখিদ্রে। মাগী মীচঙ হায়ববু মাগী পাবুংতা মঙায়রে।

বীরেন্দ্রসিংগী পাবুং সনাখ্বা অসি খুল্লক্তা পোক্তুনসু অদুক য়াম্না পঙদে, খ্বাইগুম্না ব্রারেম ঙাংদে, করম তৌরগা মচাগী মহে চাওখৎকদগে হায়বা অসি অতৎপা লৈতনা খল্লি। মরম অসিনা বীরেন্না অসুক য়াম্না য়ৈখায়- থিনগাইবা নমহত্তুনা মহে তম্বা ঙল্লিবনি। নুমিৎ অদু সনখ্বা অসি থবক অমা লেঙথোকখি, তাঞ্জা ফংলদুনা ময়াম চঙদুনা বীরেনবু মহে তমহল্লোইদবগী য়ৈথৎপা লাক্লরি। ময়াম্না ঙাংশিল্লকপদা বীরেন অদু মকোক ঙাওরদুনা চাকখুমদা চঙখ্রে। চাক থিবা লোইরম লোইফাত্রিঙৈদা পূখম চিংথোক্লুরে, অশাবা চাক অদু ফু- ফা ফু- ফা কামদুনা চাবা হৌরক্লে। থম্বালসনানা (য়েনশাং খর খর হাপ্লদুনা) “য়াম্মুং ঐবুসু লাইখুরুম্বা পুবিয়ু” হায়রকই। বীরেন্না খরা শাউনীংলদুনা চখোম চাউনা “ঐদি চৎসু চৎলোইদবদা করি কান্নবা ইরাঙ লাঙই” হায়না খুল্লকই। ময়াম্না ঙাংবগী নুংঙাইতবা অদু মরাল লৈতবী মচন্দা তাইনখি। মচনগী অয়ুক অঙনবগী থম্বালগুম্না মকা ফল্লম্বা মায়থোং অদু মীকুপ অমগী মনুংদা ইমক- মকশিনখি।

## চীংয়াগী লৈকোল

শজিবুগী হৌগৎলকপদা হৈবোক চীংগী দৃশ্যদি পূক্নিং হূনবগী মশক্নি। নোংচুপ থংবদা নম্বুল তুরেন্না ঈচেল খোয়না খোয়না চেল্লি। নোংপোক থংবদা পাৎ মচা অমা লৈ। পাৎ অসি মতম লৈবা খিবিক্তা লূরবা ঈশিংনা চাংজৌ মান্ননা লৈ। থরো, থম্বাল, থারিকথা খিবিক্কী অনৌবা চোংখৎলকপা মনানা পাৎ অদু ঈশং শংখ্রে। চীংগী চীংখোঙ অদুদি শংত্রিক শংলবা, চপ মান্ননা নেন্লবা নাপীনা পূমকূপ কূপখ্রি অমসুং লোইরোইনা খজিক খজিক ঙমথখিদুনা পাৎকী ঈশিংগা ম থেংনখ্রি অমসুং চীংখোঙগী নাপী অশংবগা পাৎকী মথক্তা কূপ্লিবা থম্না, থরোমনা, থাংজিং মনাগী অশংবগা অমত্তা ওইনা তিন্নখ্রি, - চীংথক্তগী য়েংথরকপদা, চীংখোঙদগী পাৎ ফাওবা অশংবা ফরাংজি থাদুনা থম্বগুম্না নীংথিজরি। চীংগী লোক্লুংদগী চেম্থরকপা ইফুৎ মচা মচানা মতম লৈবা খিবিক্তা পাৎকী ঈশিং মপুঙ ফাহল্লি। চীংখোঙদা, পাৎ মপান্দা, লোক্লুংদা লন্না লন্না হৈনৌ পাম্বী, থৈবোঙ পাম্বী অমমম অনী অনী হৌরি। শল, শগোল, হামেঙনচিংবা য়ুমশানা মচী মচী খুদিংদা শল্লুপ শল্লুপ শজিক চারি, খরনা উনা পুঙবা উরুমদা পোত্থারি। পাৎকী ঈশিং মরীক মরীক্লা ঈংলবা, পাত্তা হৌবা থম্না অমসুং চীংখাদা হৌবা হৈ- লৈনা মনম নুংশিহল্লবা নুংশিংনা হুমখিদুনা চীং নাপোম পূম্নমকপু থোইদোক্লা মনম নুংশিহল্লি। চীংথক্তগী ঙানুথংগোং পরেং পরেং চাক্তাগে হায়না পাইরক্লি। মরক মরক্তা শঞ্জেন্নহাশিংনা চীংদা হৌবা হৈজাম্বেৎ হেক্তুনা চারি। কনাগুম্বা পাখং অমসু মখুৎতা লাইরিক অমা পায়দুনা মনা পুঙলবা হৈনৌ পাম্বী অমগী মখোঙদা ফমদুনা নীংথিবা দৃশ্য পূম্নমক অসি য়েংলি, মরক মরক্তা মখুত্তা পায়রিবা লাইরিক অদু অমুক

য়েংলি। অসুম তৌরিঙৈদা কনানো অমনা ইখঙ- খঙহৌদনা তুংলোমদগী খূবাক অনীনা পাখং অদুগী মমীৎ অনী অদু খুমজিন্দুনা চেৎনা ফাজিন্দুনা থমখ্রে, হান্নগী পাখং অদুনা অমুক্তং মকোক পায়দুনা য়েংববু খজিক্তা য়ৌনা লেঙবা ঙমখিদ্রে - অদুদগী মখুৎ অদু মাশিনখিবদা অকোনবগী নুপা অদুগী লুমাংগী 'ঘুমতি' শম অশাংবা অদু পায়রুরে অমসুং হায়রকই, - "শশী! খঙলে খঙলে কান্নররোই থাদোক্লো" অদু তারবদা নুপা অদুনা ফারম্বা অদু থাদোক্তুনা "রাজকুমার, নঙ অসিদি ওম্বোক্লা শিংইদা" হায়দুনা ঙৌরোক ঙৌবা ময়া থিন্দোক্তুনা ইশি- শিনা নোক্তুনা বীরেনগী মমাঙদা থরো থরো ওল্লরে। হায়রকই - করি খল্লি নথন্নতা, অপাম- নুংশি থুংনদবা করম্বা লৈরে?" "অচীকপদা কনাবু ঙাইহিরিবগে?" নাকোং ব্রাই- চিল্লি অদুগুম্বা ব্রা হায়গনু" অসি হায়দুনা বীরেন্না লাইরিক পায়খত্তুনা চৎকদবগী থৌরাং তৌরে। অদু উবদা শশীনা "তাৎ তৌশিন্নবনীদা" হায়দুনা বীরেনগী মখুৎ ফারে। "হয়েংদি চীংখৈ হুল্লক্ত্রিঙৈদা হৌগত্তুনা লাই খুরম্বা চৎকদবনি, লাই কৎনবা লৈ- শু লৈরব্রা? লৈ থিরুসি।" অসি হায়দুনা বীরেনগী খূজেং পায়দুনা পুজল্লে। চীংখৈ পাংনা চৎখিদুনা কাঞ্চী লৈহাউ- লৈরেন মখোঙ তান্না চৎখ্রে। "লৈহাউ- লৈরেন অসি লৈরোন শাৎলমাল্লে মনম তারে, ঐহাক কাখত্তুনা হেক্লুরগে - নঙদি উ কাবা হৈতবনীনা মফম অতৈদা শাৎলিবা খূৎনা লাম্বা ফংবা লৈ হেক্লু" অসি হায়দুনা চীংগী চীংদোনগা মান্নন ব্রাংলবা মী মরিনা খূৎশম্নন কোনবা থুংদ্রবা লৈহাউ পাম্বী অদু তাপ- তাপ কোন্দুনা কাখৎখ্রে। মহাক্কী য়াথং মতুংইন্না বীরেনসু অব্রাং পাংনা চৎখরে। খরা চৎলগা উরীরৈ পাম্বী অমা য়েৎনফম উপাল ফংদ্রদুনা লৈপাক্তা মরী চত্তুনা মথন্নতা ইকোয় কোয়না য়েৎশিন্দুনা লৈবা উরে। উরীরৈ পাম্বীগী মরক্তা মাধবীনা অমুক হন্না য়েৎশিন্দুনা মফম অদো উনাগী খাংপোক্লুম্মা নীংথিজখ্রে। "লৈনম তারে লৈ শাৎলমাল্লে" হায়দুনা মায়কৈ অদোমদা থুনা য়াঙনা চঙশিনখ্রে। তৌইগুম্বসুং নীংথিনা মপুঙ ফানা শাৎপা লৈ চরোং অমত্তসু য়াওরমদ্রে। লৈ চরোং অমা লৈখোক্তা খরা শাৎলি

মতোন্দদি অপোম্বা খরা যাওরম্মী। "অপোম্বদি হেকপা হৌনদে" হায়দুনা পূমশাৎ-শাৎপা থিবকই। মমৈথঙদা ফংলক্ত্রবদা "অপোম্বা য়াওগে য়াওজবসনু ইমাঙদা লৈবিবা অসি হেক্তা মহেক্লগে" হায়দুনা মখূৎ হেক তিংথোরকপা মতমদা অথাপ্পদগী খোংলকপা বীণাগী খোঞ্জেলগুম্মা কয়া শেংফাত্তবা, নৌরবা নুপীগী খোঞ্জেল হেক তায়। ঙক্লদুনা মায়কৈ মবিমক্তা কোয়েং-য়েংবদা কনাসু উদে। "ঐনা লৈ হেকপদা খোইমুশিংনা ঙংদুনা পাইথোকপগী খোঞ্জেল অসিবু নুপীগী খোঞ্জেল ওইনা তারমাল্লে"। অসি হায়দুনা অমুক হন্না হেক্কে হায়না মখূৎ তিংথোক্লক্লে। হন্দকমুকসু হান্নগী খোঞ্জেল অদু অমুক হন্না তাবে - মবোন্দি অসুম হায়বগুম তৌই - "মপূক্লিংগী আশা থুংদদুনা মকাফন্না শাত্ত্রিবা অপোম্বা লৈ হেক্কদবগী শরুকপুদি পোমশাৎনবী ঐখোয়দুম হেকপিবো।" মী চীক্লবা লমদম অদুদা নুপীগী খোঞ্জেল অদু কদায়দগী লাকইবনো হায়দুনা বীরেন অদু পুমঙক-ঙকখরে, অমসুং খল্লকই - ঐনা লৈ অপোম্বা হেক্কে হায়না থৌবাং তৌবা অসি উবদগী বনগী লাইবেম্বীনা খাঙবা ঙমদ্রদুনা ঐবু খাল্লববা? নত্ত্রগা বারুনী খুরুম্বা চৎপা পুননবা কনাগুম্বী লৈশাবীশিংনা লৈ থিবা য়াওরিব্রা"? অসি হাযদুনা অপূংবা উনা অদু মখুৎনা হাইদোক্তুনা লতাকুঞ্জ অদুগী মনুংদা চঙশিনখ্রে অমসুং সমুদ্রগী ময়ায়দা লক্ষ্মী সরস্বতী অনীনা খাব্রাংনা লৈবগুম্না লতাকুঞ্জ অদুগী মনুংদা নুপীমচা অনীখক য়েন্দায় অমদগী লৈ লৌখত্তুনা পরেং লেংলিবা অদু উরে। নুপীমচা অনী অদুগী মশক ফজবা অমসুং কুচুগী মঙাল অদু থাগী মঙান্না ব্রারক্তা থিন্দোবকপগুম্না, অপূংবা উনাগী মবক্তা ঙাম্থোক্লক্লে। বীবেন অদু ইঙক-ঙক্লদুনা মীৎ কূপ্তুনা শংত্রিক য়েংদুনা লৈখ্রে অমসুং মঙগী লৈবাক ওইরমাল্লে হায়না মপূক্লিংদা খল্লক্লে। ঙাইহাক য়েংলগা অচীকপা অদু থুগাইদুনা হায়রকই - লৈখোক অমত্তদা উরীরৈ মাধবী অনী খাব্রাংনা শাৎলে, য়াম্না ফরে, - লৈকোন্দা শাৎপা উরীরৈ মাধবী নীংথিনা শাৎকায়বা ফংদ্রে, য়ুম্লক্তা শাৎপা উরীরৈ মাধবী অনী অসি পুদুনা বারুণী মহাদেবদা কৎলুরগে" অসি হায়দুনা উবী-উনা

থদত্তুনা মনুংদা চঙশিল্লক্লে। “বারুণী মহাদেবদা লৈ কত্ত্রিঙৈগী মমাঙদা মপু তাক্তুনা লৈকোল চঙবগী অমসুং পাঙ্গল শোনবীশিংগী লৈফম উরী- উনা থদংপগীদমক পুল্লবনি।” অসি হায়দুনা নুপীমচা অনী অদুগী মরক্তগী অমনা ফুক হৌগত্তুনা লৈ পরেংনা বীরেন্দ্রসিংহগী মঙকশমদা কোয়েৎ- য়েৎশিনখ্রে। বীরেন অদু মন্ত্রনা শুল্কাৎলবা মীগুম্না অমদি ফিনা শাবা লাইফদিবীগুম্না করিসু ঙাংবা লৈখিদ্রে, চপ লেপ্তুনা লৈখ্রে। লৈ পরেং অমা অমা ওইরবদি ইরায় লায়না থদংপা ঙমগদবনি, তৌইগুম্বসুং মসিগী লৈ পরেং অসি বীরেন্না থদংপা ঙমখিদ্রে। মশাদা নত্তনা পূক্লিং ফাওবা পুনশিনখরমাল্লে! “মফম অসিদগী লেঙবা য়াদে” হায়দুনা নুপী মচা অদুনা য়েন্দায়দগী লৈ লৌখত্তুনা বীরেনগী মকোক্তা চাইখংপা হৌরক্লে। বীরেন অদু করি অমত্তা হাই- হুম্বা লৈতনা নুঙগী মূর্তিগুম্না তূমিন্না লেপ্তুনা লৈখরে।

নুপীমচাশিংবু করম্না পাঙ্গল শোনবী কৌরিবা! করম্না লৌশিং থেনবী হায়রিবা! য়েংউ, লৌশিং শিংলে, মহৈ হৈরে, পাঙ্গল কল্লে হায়রিবা বীরেন অসে লৌশিং পুথোকপা ঙমখিদ্রে, - পাঙ্গল অমত্তসু থোকপা ঙমখিদ্রে। মাগী পাঙ্গল, মহৈ, লৌশিং পূম্নমক নুপীমচাশিংগী মমাঙদা লেন্না নুংশা মঙান্দা তুম্বগুম্না তুমখরে। মমীৎ কূপখিদ্রে, হাই হুমখিদরে ৱা ঙাংখিদরে। থাঙ্গেশেংবা নুঙগী মূর্তিগুমখরে।

বীরেন্না নুঙগী মূর্তিগুম্না লেপ্তুনা লৈখিবা উরবদা অতোপ্পা নুপীমচা অদুনা হায়রকই - “ইতা উরীরৈ! নঙনা হয়েং বারুণী খুরুম্বদা পুবীনবা মী লৈতে ৱাবদি নঙগী পূক্লিং খঙবিদুনা মহাদেবনা নুঙগী মূর্তি ওইনা ফাওবিররে, খুরুমজদুনা নঙনা নিনীংবা নিজরো।” ৱা অসি তাবদা “চুমই ইতা মাধবী” হায়দুনা নুপীমচা অদুনা হৌজিক্তা ফাওরিবা মহাদেব অদুগী খুয়াদা লৈ- শু কৎখরে, তৌইগুম্বসুং করিগুম্বা বর অমত্তং নিনীং নিনীং তৌনা মচীন্দা হায়দোকপা ঙমখিদরে। হৌজিক্তি পেনবীহৈবা মহাদেব অদো মতম কুইনা নুঙগী মূর্তি ওইরক্ত্রে, স্বয়ং ওইনা, নঙনা নীংবা থুংজরো হায়না বর পীথোকখ্রে। উরীরৈনা মপূক্লিংদা খল্লকই - “বর পীনরিবা

মহাদেবসু নহাক্কি নিরিবা বরসু নহাক্কি।"

মাধবীনা হায়রকই - "ইতা উরীরৈ, মহাদেবনা স্বয়ং ওইনা বর পীবীরে নঙনা নীংবা থুংলগনি লাকও হৌজিক্তি চৎলসি।" অসি হায়দুনা মখোয় অনী য়েন্দায় পায়খত্তুনা খাংপোক্তগী মপাল থোরক্লে। বীরেন্না মাগী থম্মোয়দা নুংশিগী থৌরীনা পুন্দুনা উরীরৈনা চিংদুনা চিংদুনা চৎখরবা অদুদা খাংপোক মনুংদা মথন্নতা মহাদেব শাদুনা লৈবা ঙন্নক্লে, কৌদুনা হায়রকই - "লৈ থিরিবীশা! মহাদেবনসু নখোয়বু চানবিরে, হৌজিক্তি ঐবু পুল্লিবা অসি থাদোকপিররো।" উরীরৈ কৌবী নুপীমচা অদুনা খুম্লকই - "ঐখোয়না হায়জবা ব্রা অমত্তং য়াবিগে হায়না ব্রাশকপিয়ু অদু নত্তবদি থাদোকপা ঙম্মোই। " "করি ব্রানো ঐঙোন্দা হান্না খঙহনখো।" "ঐখোয়বু হয়েং লাই খুরুম্বদা পুবিনবা ইবুং ইপ্পানচিংবা কনা অমত্তা লৈজদে অদুনা ঐখোয়বু পুবিগে হায়না ব্রাশকপিরবদি থাদোকপা ঙমই" "মদুগীদমক করিসু ব্রারুগনু, তৌইগুম্বসু চিংনবা অমত্তং লৈ, ইখঙ- খঙনদবা লমলানবা ঐগী ইখুত্তা অহল- লমন্না করম্না চৎমিন্নরু হায়দুনা থাদোকদগে, মদু খন্দুনা য়েংউ।"

শশীনা অশাইমখৈ লৈহাউ পাম্বী মথক্তা তূমিন্না য়ৈশিন্দুনা য়াম্না নুংঙাইনা থিয়েটর য়েংবগুম্না য়েংদুনা লৈরম্মী, তৌইগুম্বসুং বীরেন্না "হোয় পুবিগে" হায়দদুনা ব্রাকোই ঙাংদুনা লৈবা অদু তাবদা য়াম্না শাউনিংখরে অমসুং তূমিন্না খাঙবা ঙন্নক্লদুনা উথক্তগী নোং খাকপগুম্না লাউরক্লে - "হৌদোং লম্বোইবা! হোয় পুবিগে হেক্তা হায়য়ুনে করিগী ব্রারেম ঙাংদুনা লৈবগে?" অতোপ্পা মী অমসু থুপ্তুনা লৈরম্লে হায়বা খঙলবদা উরীরৈ মাধবী অনীমক ইকায়রদুনা ব্রা ঙাংনবা লোইফাত্তনা থুনা য়াঙনা চৎখরে। শশীনা খল্লি - ঐনা কূমথরিঙৈদা য়ৌখিবনা হানখিবা তারে, অদুনদি লৌশিং অমা তৌবা থোকই, অসি খন্দুনা হায়রকই - "লৈ থিরিবীশা! ফংঙমদ্রবা লৈহাউ- লৈরেন অসি য়েন্দায় থন্না পুজখো" উরীরৈনা খুম্লকই - "শজিবুদা শাৎপা লৈহাউদি অচম্বা লৈহাউ নত্তে, পূক্লিংগী লৈহাউনি, য়েন্দায়দা

হাপত্রবসু থম্মোয়দা থম্বা য়াই।" অসি হায়দুনা থুনা- য়াঙনা চৎখ্রে। খর চৎলগা মাধবীনা হায়রকই, - "ইতা উরীরৈ, ঐগী হকচাং অসিদি মী অমগী মফমদা কখোকখরে, মরম অসিনা ইনীং তৌনা চখোকপা ঙমদ্রে, ঙসিদগী হৌনা ঐগা উনবা ফংলরোই, করিগুম্বা অৱাবা তারবা মতমদা উনসি" অসি হায়দুনা ময়ুম পাংনা চৎখি। উরীরৈসু ইঙক ঙক্কুনা নুংশিবা অমসুং ইকায়বগা লোয়ননা ময়ুমদা হল্লকই। নুমিৎ অদুদগী হৌনা মাধবীবু অমুক হন্না উখিদরে।

# চীঙ্গোই বারুণী

থা শিরমদাই অহিংনি। মহৌশানা থা শিরমদাইগী অহিং অসি য়াম্না শূকই অমসুং চীকই, তৌইগুম্বসুং ঙসিগী অহিং অসিদদি অয়ুক লাইরেম্বীনা ঙন্না হৌগত্তুনা বারুণী মহাদেবদা লৈশি- লৈথোনবা হৌরমাল্লে, অহিংগী শরুক থুনা হৌখরে। নোংপোকথংবা অতিয়াদা চীক্লা হুন্দোক্লক্লবা থাবা কৌবা থব্রানমিচাক্লা অমম্বগী শরুক খরা কোকহনবা হৌখরে; অহিংগী অচীকপা নমথত্তুনা; লৈরক- খুল্লক পূম্নমক্তা ব্রা ব্রা নিন্নরক্লে য়াহৌঙনবা উচিন্নাউনচিংবা উচেক খোংবা হৌরক্লে। মী পূম্নমক লাই খুরুম্বা চংকদবগী ঙম্না থৌরাং তৌনখ্রে। কনানা মকুপ- মপাং কৌরি। ময়াম্না লাঙবদা তূম্বা কায়রদুনা অঙাং পিশকশিংসু হৌগংখরে অমসুং "ঐসু চংকনি" হায়না কপ্পা হৌরক্লে। মতৌ অসুম্না মফম পূম্নমক্তা পুমনিন নিনখরে। লম্বীদা মীনা ক্রক ক্রক ইন্নখরে। মতম অসিদা শশীনা তূম্বদগী ইফিং- ফিংনা হৌগত্তুনা থেঙখরে হায়না বীরেনগী ময়ুমদা চেনখরে। মতম অদুদা বীরেন্দি নাখোক্তুনা তূমদুনা লৈরম্মী। শশীনা থোঙদা হন্না হন্না দং দং থীনবা হৌরক্লে। মথং মথং হৌগংনরক্তুনা ইরুমায়থজবা লোইনখরে। বীরেন্নে, শশীনে, থম্বালম্নানে অহুম্মক নোংমাইজিং তম্না যাত্রা তৌরক্লে। মতম অদুদদি নোংপোকথংবা মায়কৈদা নোংমাইজিংগী মরুমদগী নুমিৎ তরং- তরং হুন্দোরক্লে। লম্বীদা অসুম অসুম চৎপদা মী পূম্নমক্তি পূক্লিং মকারামই তৌইগুম্বসুং বীরেনগী পূক্লিংদি কয়া মকারামখিদ্রে, করিগুম্বা পোৎ অমত্তং চীথহৌবগুম, তাহৌবগুম, ব্রাৎপগুম নিংকোক- নিংকোক তৌবা হৌরক্লে, অমরোমদা শশীনা চৎপা পাঙদে চেনখৎলকউ হায়না চৈবা লাক্লরি। অসুম তৌনা তৌনা নোংমাইজিংগী চীংশাং পরেং নকশিল্লক্লে।

অশংবা হূপ্লা কূপ্লবা পাৎ- লোক্তগী থাক- থাক নাইনা চেম্থরক্লিবা ঈশিং ঈচেল, মচী- মচী খূদিংদা বসন্ত হৌগৎলকপগী নৌনা য়েন্নীং হুন্নক্লবা থৈবোং হৈনৌনচিংবা উপাল, লৈমায়থক্তা নেম্না- নেম্না হৌরিবা লৈপাক্লে, কোম্বীরৈ, লম্মৈ চাকখরবগী তুংদা ইনৌ- নৌনা চোংখৎলকপা অশংবা হানৌ মরক্তা উথুম্না 'তুম- তুম' খোংলক্লিবা, নুংশিৎনা লিরি- লিরি শীৎলকপদা খরা খরা হাই- হুমদুনা লেঙ- লেঙ চৎপগুম্না উরিবা চীংমায়থক্তা হৌরিবা হাউনা- দৃশ্য পূম্নমক অসিনা বীরেনগী পূক্লিংদা নুংঙাইবগী মহুত্তা অৱাবা হাপকৎখরে। অসুম তৌনা মায়থোং লাংশিন্না তূমিন্না চৎলকপদা খঙহৌদনা ফৈজোমগী মচী খরদা তিংখংনা পনখরে। হন্না য়েংলকপদা ককয়েল- খূজিল মরক্তা জাতি কূপ্পী শাৎলম্মী। তাংজবা হায়বা অসি উরীগী মহৌশানি হায়বা খল্লুদুনা মবুং মৌপ্পা কনাসু লৈত্রবী উরীগী পান্দমগুম্লবী উরীবৈগীদমক মপূক্লিংদা থোইদোক্লা ৱাখরে। "তিংখং পাম্বীমক্লসু জাতী কূপ্পী য়েৎহল্লী, ঐদি মী ওইনা পোক্তুনসু চঙজরক্লবী নূপীমচা অমবু মনীং থুংহনবা ঙমদ্রে" হায়না মথন্তবু নিন্দা তৌরকই। চুম্না হায়ববদা বীরেনগী লৈগুম্না থোৎলবা থম্মোয মনুংদা নুংশিবা তীল থাদুনা চঙদুনা চীকপা হৌখরে। বীরেননা খল্লকই, - "ইকায়থীবীগী মবক্তা পোক্লবী, অয়ুক অঙনবদা শাৎপা মাল্লিকাগুম্না নৌরবী উরীরৈ অদুবু লাই খুরম্বা লাক্লিগদ্রা লাক্লিরোইদ্রা পুবিনবা লৈতদুনা শঙ্গুদগী চীথহৌরবা উচেক লাংমৈগুম্না মথন্নতা কপ্পুনা লৈহৌরব্রা অমদি অরেপ্পা খঙদবনা থৌনা ফবা ঙমদ্রবা বীরেন ঐবু ঙাইদুনা লৈহৌরবরা? লম্বীদা অসুক য়াম্না চৎলিবা পাখং নুরা ময়াম অসি উনমকসু ঐগী ইমীত্তা ইহাঙ- হাঙনা উরি অমসুং কৈথেন্দা লাইফদিবী ময়াম য়োনবগুম্না উরী; তৌইগুম্বসুং উরীরৈ অদুতং য়াওরবদি লম্বী অসি ইথন থনগদবনি!" ৱাখল পূম্নমক অসি তৌনা তৌনা চীঙ্গোই তুরেল য়ৌরক্লে! লাইখুরুম্বা চৎনরিবা মী পূম্নমক অদু চীঙ্গোই তুরেনগী মফম মফমদা ঈরুজনরি। কনানা ঈরুজবা লোইরদুনা চেং-থোইদিংনচিংবনা তর্পণ কৎলি। নুঙ্গায় মরক্তা ৱা- ৱা লাউনা চেল্লিবা

তরু তরুবা চীঙ্গোই ঈশিং অদু পূম্নে নৈখরে। ময়াম্না তর্পণ কৎলকপগী চেঙ থোইদিং লৈ- শূনা মচী- মচীদা পৈখরে। চীঙ্গোইগী পীল্লবা ঈশিং ঈচেল অদু লৈগী ঈচেল ওইখরে। মপান্দা শীংনাংনচিংবা হৌরম্বা অদু পূমকোক কোকখরে। খোয়না চেল্লিবা চীঙ্গোই অদুগী মপাল অনীমক্তা মীনা খোয়না পরেং লেংখরে। মতম অদুদা বীরেনখোইসু ঈরুজদুনা তর্পণনচিংবা কৎপা লোইখ্রে। মফম অদুদগী খূরবা লম্বী অমা মৈরম পাংনা হাইজিনখ্রি। লম্বী অদুগী মতুংইন্না মী পূম্নমক চঙশিন্নরি। বীরেনগী কাঙবুনা চীংখাঙ হেক য়ৌবদা নুমিৎয়ুংবা মতম য়ৌরক্লে। মফম অসি য়ৌরকপদা, নুমিৎকী মৈশানা য়েরকপনে, লম্বী শাংনা চৎলকপগী ব্বারকপনে - অসিনা অয়াম্বা পাঙ্গল শোনবীশিংদি মৈশা লাংলবা অনৌবা উনাগুম্না পথবা হৌরক্লে। খরা চঙশিল্লগা যাত্রীশিং অদু 'বম' 'বম' হায়না লাউরক্লে। বীরেন্না হঙ্গৎনা য়েংখৎখিবদা লম্বী অদু ঙম্লবা চীংথক্তা হাইগৎখরি হায়না উরে অমসুং মদুগী মতুংইন্না মী পূম্নমক উরী- ব্বারী পায়দুনা ক্যাখৎনরি। খুদোংথীরবা লম্বীনি, ব্বারে হায়দুনা ঙাইহাক্তং পোত্থাবা য়াবা মফমসু লৈতে। চীংগী চীংখাঙ য়ৌশিল্লক্লবা মতমদদি, অঙম্বা চীং কাবদা চোকথরবী পাঙ্গল শোনবীশিং অদু ইকায়- ইকি হুন্দোক্তুনা, মবুং মৌপ্বা নত্তে হায়বগী ব্বাখল তৌদনা, উরীনা নক্লবা উপান্দা য়েংচবগুম, মনাক্তা লৈরম্বা পাখংশিংদা ফীজি- ফীনা য়ানবা হৌরক্লে।

বীরেন অমসুং শশীনা থম্বালসম্নাগী খূজেং নাম- নাম পায়দুনা অঙম্বা চীংথক্তা কাখৎলিঙৈগী মতমদা কনাগুম্বা নুপীমচা অমত্তং বীরেনগী তুংওইননা ফীজিদা হেক য়াল্লকই। বীরেন্না হন্না য়েংখিবদা, ইন্নফিনা মমীৎ মমায় ইখুম- খুমজিন্দুনা নুপীমচা অমনা মাগী ফীজিদা য়াল্লিবা অদু উরে। বীরেন্না য়েংথোরকপা উরবদা, মহৌশানা ইকায়থীবী ওইবনা ঙমখৈ লৈতনা ব্বাদুনসু ফীজি অদু হেক থাদোকই। অদু উরবদা বীরেন্না হায়রকই - "মহৌশানা তাংজবী ওইনা পোল্লবদা তাংজবগী করি ইকায়রিবগে? চঙশিল্লকউ নঙগী খূজেং পায়দুনা ঐনা ঙম্বমখৈ অঙম্বা লম্বী অসিদা

চিংখৎকে।" নুপীমচা অদুনা খুন্নকই, - "লেঙদবা উপান্না লেঙলে, তাংজবী উরীনা লেপ্পুনা লৈহৌরে। তাংজবীনি হায়দুনসু মতমলৈবা খিবিক্তা তাংজদুনতা লৈবা নত্তে। য়েংবিয়ু অঙম্বা চীংগী লম্বীদা হৌরিবা উরীশিং অসিগী মতেংনা অসুক য়াম্বা যাত্রী পূম্নমক মহাদেবগী খুয়া ফংগদৌরি।" অসি হায়রম্লগা নুপীমচা অদু মীয়াম মরক অদুদা মচী অমদা লৈশিনখ্রে। বীরেন্না, মশক মুন্না উদ্রবসু মখোল তাবদা মীশক খঙলদুনা কদায়দা লৈখ্রে হায়দুনা ঙাইহাক্তং লেপ্পুনা য়েংলিঙৈদা মী মরো- মরোল হেনগৎখিদুনা শশী অমসুং থম্বালম্নাবু উবা ফংখিদ্রে, অমরোমদা নুপীমচা অদুবুসু উবা ফংখিদরে, মথন্তা লেপ্পুনা লৈহৌরে।

# কাঞ্চীপুর

"য়েংউ কাঞ্চী লাইরেম্বীগী মচাশিংসে
মমায় মায়থোং লাংশিল্লিবা অসে!
মমাগী মীত্তগী পি শিন্থবা মরম্না,
মপানা কুইনা হুন্দোকপিবনা!"

ব্রহ্মারোডকী মতুংইন্না মখা পাংনা কূমথখিবদা, চীং নাপোম অমনা থা- মচেৎ শানা ময়ায়দা খল্লিবা, নম্বুল তুরেলগী খোয়রবা ঈশিং ঈচেন্না ময়াদা, চন্দ্রনদী, কালিয়দমনগী পীক্লবা ঈচেন্না চীংখোঙদা ঙা- থেংলিবা, থাঙ্গবাৎ অমনবা অমনা নোংপোক্কী ঙমখৈ ওইরিবা মফম অমা উগনি, - মদু কাঞ্চীপুরগী লমদম্নি। মফম অসি, মতম অমদা, মণিপুর স্না লৈবাক্কী কোনুং ওইরম্মী। মতম অমদা কোনুং ওইরমদুনসু হৌজিক্তি অশোঙবা নারক ওইহৌরে। অচৌ- অশাং ইনাক- কৈরাক খুনবা মীশিংনা লৈরমদুনসু হৌজিক্তি লম্লক্কী শা- উচেক্কী তুঙনফম ওইহৌরে, - অতৎপা লৈতনা নিলখোংবা সহর ওইরমদুনসু হৌজিক্তি কৌজেং হারৌনা খোংলিবা লম্মাং ওইহৌরে। লাইশং, মাগুপ, ফূরা- দলাল শারম্বা মফম অদু হৌজিক্তি পুংফাইনা কূপ্লবা অতোঙবা লৈপুঙ ওইহৌরে - অচৌ অচৌবা পুখ্রী গুহানচিংবা লৈরম্বা মফম অদু হৌজিক্তি লম্মাং, পুখ্রী, লৈকুৎ- কোঙ্গুৎ ওইহৌরে -

চেকশিন্না থারম্বা হৈ- লৈ পাম্বী হৌজিক্তি পোম্বী চেক্লাগী শাগাইদোং অমসুং শঞ্জেন্নহাশিংগী পোথানফম ওইহৌরে, করিগুম্বা ফূরা- দলাল নীংখায়খিবগী অরেম্বা মখাক লৈহৌবা, মফম খূদিংমক্তা ইচাই চাইনা তারিবা

চেক্কী মপৈ উরগা, মতম অমদা কোনুং ওইরম্মী হায়বগী খুদম ফংবমখৈ মঙায়রে। শেন্বা হৌগৎলকপগী ৱাখল অদু নুংঙাইবগী মশক্তি। তৌইগুম্বসুং নীংখায়রকপা অমসুং মন্ত্ররকপগী ৱাখল অদু অৱাবগী মশক্তি। মহৌশানা লায়ররম্বা মী অদু কুবেরগী মতৌগুম্না ইনাক খুল্লকসনু করিসু অমাঙবা লৈতে; তৌইগুম্বসুং কোনুং ওইরম্বনা নারক ওইখ্রবা, নিংথৌ ওইরম্বনা মফম তাদুনা নারক- শীংলক্তা লৈখিবা, ইনাকখুল্লম্বনা নংথরকপা - কয়াদা ৱাখ্রবা মতৌনো।

অসুম তৌনা নংথরক্লবা নীংখায়রবা, উমংগী মশক ওইরক্লবা কাঞ্চীপুরগী মনুংদা, বারুণী নুমিৎকি অয়ুক্তা, নীংবা কায়রবী কনাগুম্বী নুপীমচা অমা মাল্লিকা পাম্বী অমগী মখোঙদা ফমদুনা মীৎস্না থম্বান্দগী পি তরং- তরং শিন্থুরি। হৌজিক্তা শাৎপা মাল্লিকানা কেন্দুনা মখোঙদা তারমাল্লে। পাঠক। উরীরৈবু কাউবিরৱ্রা? নুপীমচা অসি মী চীক্লবা লম্মাং, পুখ্রীদা মথন্তা তোমশাৎনরবী, থম্নালগুম্না কাঞ্চীলমদা তোমশাৎনরিবী উরীরৈনি। বারুণী খুরুম্বা চৎপা ফংদ্রেকো হায়না খনবদা মথৱায় ৱারবী অমদি মবুং- মপ্পা কনা অমত্তা লৈতে মথন্তনিকো হায়না খনবদা মপূক্লিং নুংশিরবী অমদি বীরেন্না মাবু হৌবিরদ্রবদা নীংবা কায়রবী উরীরৈনি। পূক্লিংগী অৱাবা হায়বা অসি ফোংদোক্লবদি অৱাবগী চাং অদু মীকুপ খূদিংগী হেঙ্গৎলকই। পাঠক! নঙনা নখা পোনবা কনাগুম্বা মী অমদা অথিবা ৱাহৈনা চৈবদা মানা করিগুম্বা পাউখুম অমত্তা খুম্লক্তে হায়দুনা মাগী অৱাবা ফংনবা থম্মোয় লৈত্রমাল্লে হায়না খক খল্লুগনু। লাউ- খোংদুনা কপ্পিবা মী অসি মথন্নতা ৱারমাল্লে হায়বসু খনগনু। মৈশা লাংদুনা পথুরবা উনা অসি লীক্লা তারক্লগা অমুক তেকখৎলক্কনি, - ময়োল চীকথৎখরবা, মনাদি তেক্লা উরিবা উপাল অসিনা মনা খুইরকপা নুমিৎ অদুদা মাগী অরোইবনি। মীওইবগী লাইবকথীবনা ফোংদোক্তবা অৱাবদি কনাসু খঙবিদে - ঐখোয়না মী অদুবু নুঙদুমগী মতৌগুম্না করিসু অৱাবা খঙদ্রমাল্লে নীংই।

উরীরৈনা মতৌ অসুম্না কনাদসু ফোংদোক্তনা মথন্তা ৱাদুনা লৈরিঙৈদা ভুবন কৌবা কাঞ্চীগী পাখংমচা অমনা, লাইখুরুম্বা মী খরা লোয়নদুনা, উরীরৈখোয়গী থোঙ্গান্দা লেপ্তুনা, মাঙ্গোন্দা ফী শাদুনা লৈরিবা উরীরৈগী মমাবু কৌদুনা হায়রকই, - "ইন্দোন! উরীরৈবু লাই খুরম্বা চৎহনগদরা? চৎহনগদবা লৈরবদি ঐখোয় পুবিগে" থম্বাল (উরীরৈগী মমা) না খল্লকই, - "ভুবন হায়বা নুপামচা অসি মহৌশানা লমচৎ কয়া ফজদে, মাগী মখুত্তা করমতৌনা ইচা শিন্নসিবা। অমরোমদা লাইখুরম্বা চৎনীংবনা ইচাগী মীত্তা পি শিন্থরিবা অসি করম্না য়েংদুনা লৈসিবা।" অসি পূম্নমক খন্দুনা মচাগী পূক্নিং খঙগে হায়দুনা হংলকই, - ইবেম্মা! নঙগী তাদা ভুবনগী মতুং ইন্দুনা লাই খুরম্বা চৎকেরা?" উরীরৈসু ভুবনবু ফত্তবা মীনি হায়না চিংনরকই অমসুং মমাংঙৈদগী হৌনা ভুবন্না লাই খুরম্বা চৎসি হায়না তক্নরকপা অদু মানা খক য়াখিদে; অদুম ওইনমক তাঞ্জা অসি নাম্থোকখ্রবদি বারুণী খুরম্বা ফংলরোই হায়না খন্দুনা অফবা ফত্তবা পূম্নমক ঈশ্বরগী খুয়াদা কখোক্তুনা "চৎকে" হায়না খুন্নকই। মমানা ভুবন্দা য়াম্না লুনা শিন্নদুনা "চৎলু" হায়না য়াথং পীখ্রে। চেঙ- থোইদিং, লৈ- শূনচিংবা পূজাগী পোৎ পূম্নমক হান্ননা থৌরাং তৌদুনা থমজরবী উরীরৈ অদু অমুকহন্না পূক্নিং থৌগত্তুনা ভুবনগী কাঙবুগা লোয়নদুনা নোংমাইজিংলোমদা মায় ওনখ্রে।

ভুবনগী পূক্নিং মকারামখবে। মানা নীংবা থুংজরদুনা লম্বী চৎপদা ঈশৈবু শকপনে পুঙবু খৎপনে অমুক্তং পূম্নিন নিনখরে। লম্বী অসুম চৎপদা মমান্নবা নুপীমচা অমনা লোন্না তাক্তুনা লাই খুরুম্বদগী হন্নরকপদা ভুবন্না উরীরৈবু ফাগদৌরি হায়বা অসি উরীরৈনা খঙখরে। শাদানবগী লাং উরবদা শজি অমোম্না মমীৎ তথক- তথক য়েংবগুম উপায় লৈত্রবা উরীরৈ অদু তুংদা থোক্কদবা অৱাবগী ৱাখল খনবদা থোইদোক্না মীপাইখরে। চীঙ্গোই তুরেন্দা ঈরুজদুনা চখোক- চৎশিনগী মরাং মরাং তৌরিঙৈদা উরীরৈনা ভুবনবু হন্দোক্লমদুনা থুনা- য়াংনা চীং কাখরে; অমসুং মীপাইথীবনা মপোকঙৈগী কাদ্রিবা অঙম্বা চীংগী লম্বীদা চেন্না- চেন্না কাখৎখরে, অমসুং চীংখাঙদা বীরেনগী ফীজি য়ান্নদুনা কারম্বী নুপীমচা অদু উরীরৈনি।

# লম্মৈচাকপা

"খরনা পোম্লাংনবা,
হেক্কনি হায়বগী কিবনা
মরুমদা উনা পুংবা,
য়েংজরি মূনা মূনা।"

বীরেন্দ্র সিংহনা চীংথক্তা কাখৎলকপা মতমদা উরে- উজাউ কয়া কয়ানা কংদুনা তাদুনা লৈরি: নোংপোকথংবা মায়কৈদা নাপী- শিংবীনা লেপথূম্না হৌখি, খূরবা লম্বী অমা, অশোঙবা নারক অদুগী মনুংদা মখাপাংনা চঙখরি, মদু নত্তনা লাইফম য়ৌনবা লম্বী অতৈ লৈতে। লম্বী অদুদগী খরা চথোক্লগা নোংচুপথংবা মায়কৈদা লোকচপ অমা লৈখরি: মফম অদুদি লম্মৈ চাকখ্রদুনা ইকোক কোকই। বীরেন্না মাগী কাঙবুদগী চীখহৌদুনা মপূক্লিং মণ্ডল- মণ্ডল খন্দুনা অৱাংবা চীংথক্তগী তম্পাক্লোমদা য়েংথরকই - অচৌ অচৌবা খোংনাং পাম্বী, হৈনৌ পাম্বীনচিংবা হৌরিবা অদু মনাপূংবা তুলসি পাম্বীগী মতৌগুম্না উরে, চুমদ্রিং চুম্না লৈরিবা লম্বীশিং অদু খুদৈ ফীশাং তাদুনা লৈবগুম্না নীংথিজরি, করিগুম্বদা লম্বীশিং অদু অশংবা উ- ৱাগী মরক্তা মাঙখরি- মফম অমদা অশংবা চীং- নাপোম্না ঙমখৈ ওইখ্রি। চীংদগী ৱা- ৱা চেম্বরক্লপা ইচেল খোয়রবা তুরেল মচা মচা অদু উরগা, চীংলাইনা লোক্লুংদগী তমদা মচীঞ্জাক থিবা পাইথবগুম্না উরে। অশংবা উ-ৱাগী মরক্তা ফূরা- দলানশিং অদু ইঙৌ- ঙৌনা উরি, অশংবা নাপীনা কূপ্পবা পাৎশিং অদু ফিরাংজি অশংবা থাদুনা থম্বগুম নীংথিজরি, লৌরীনা ঙমখৈ ওইরিবা লৌবুকশিং অদু কৈ- য়েনগী পোরম য়েকপগুম্না ফজখ্রি।

নীংথিজবা দৃশ্য পূম্নমক অসি য়েংদুনা মপূক্লিংদা মওল- মওল খন্দুনা লৈরিঙৈগী মতমদা ইখঙ- খঙহৌদনা অশোঙবা নারক অমরোমদা ড্রুং ড্রুং লাউনা লম্মৈ চাক্লক্লে; লৈরম লৈরম্বা উ- ৱা, নাপী- শীংবী উৎকী মপৈ ওইনা তুমহনখ্রে। অতিয়া মৈখুনা পূমকুপ কৃপখরে - মনুংদা লৈরম্বা শা- ঙা চেনবা নংহৌদনা চাকথেকপনা হানখ্রে। উচেক- ৱায়া পূম্নমক লাউ- খোংবা, কোয়পাই- পাইবা হৌরক্লে। লম্মৈ অদু মতৌ অসুম্না তাংথক নাইদনা মীয়াম তম্না পাইশিল্লক্লে। মীয়াম পূম্নমক অদু মথৱায় খূবাক্তা হাপ্তুনা অঙম্বনা ঙম্না, ঙমদবা, মপাঙ্গল শোনবা কাঙবু অদুনা অকনবা পাখংশিংনা মতেং পাংদুনা মমাংঙৈদা লম্মৈ চাকখ্রবা লোক্লুং অদোমদা চেন্থনখ্রে। অরাপ্পদা লৈদুনা বীরেন্না উরে - নুপী মচা অমদি খুদোংথীরবা চীং কারকপদা ৱারদুনা, নুংশাগী মৈশানা য়ৈবদা অনৌবা খূজংগুম পথরদুনা, খরা হেক চেনবগা খুদি হেক থী, খরা হেক চেনবগা উরীনা হেক য়েৎশিন তৌদুনা লৈহৌরে, - তুংলোমদদি অকিবগী মশক ওইরবা লম্মৈনা লাউ- খোংদুনা চাকশিল্লক্লে। অদুক য়াম্বা মী পূম্নমক অদু মশা হিংলগা লোইরে হায়দুনা কনাসু কনগে থৌরাং তৌদ্রে। বীরেন্না করিগুম্বা উপায় অমত্তং তৌবা ঙম্বরা য়েংগে হায়দুনা মায়কৈ অদোমদা চেনশিনখ্রে।

পাঠক! নুপীমচা অসি অতৈ কনাসু নত্তে, উপায় লৈত্রবী উরীরৈনি। বীরেন্না চেনশিল্লকপা অদুবু ভুবন্না তানশিল্লক্লিবনি খন্দুনা মতুংদা শাদানবনা তাল্লকবী, মাঙদা লাংনা থৎলবী শজী অমোমগী মতৌগুম্না নুংশা থবেৎ- থবেৎ হোন্দুনা চপ লেপ্লে, লম্মৈরোমদা মমায় ওনশিন্দুনা চেঙ থোইদিং অদু পায়দুনা হায়রকই - 'ঙসি ঐগী নুমিৎ শুরমাল্লে, তুংদা লম্মৈ নঙনা তানশিল্লক্লে, মাঙদা তমথিরবা ভুবন্না থত্তুনা লৈরে; য়াম্না ফরে, ভুবন্না ফাবগী শরুক্তি লম্মৈ নঙনা চাকথেকপিরো, হয়েংমুক্কী মপোক্তা নীংবা থুংজগে" অসি হায়দুনা মমীৎ উইশিন্দুনা লৈখ্রে। বীরেন্না থুংলবা মতমদদি লম্মৈনা হান্না য়ৌশিনখ্রে। মৈশানা শাবী শানৌ অনীমক অমুনবা উইহেংগুমখ্রে। বীরেন্না, মাঙলে হায়দুনা নুপীমচা অদু চিংদুনা চেনবদা মখোঙ

নামা পৃথখ্রে - পুথ্রীরা করিনো হায়না য়েংথরকপদা ফুম্না কৃপ্না পুথ্রী অমগী ঈশিং তরং- তরং উবা অহাঙবা মচী অমা লৈরে। খুৎলৈ থুনা নুপীমচা অদুবু শৃপকোন কোনশিন্দুনা বীরেন্না ঈশিং মনুং অদুদা লূপথখ্রে।

হায়খ্রিবা থবক পুম্নমক অসি মীকুপ খরদংগী মনুংদা থোকখ্রিবনি। লম্মৈ অদুসু তাংথক নাইদনা পাইখিদুনা মফম অদুদগী লাম্থোকখ্রে। ঙাইহাক লৈরগা ঈশিং মনুংদা লূপথখ্রিবা পাখং- লৈশাবী অনী অদুসু ফাওগৎলক্লে। অশাইমখৈ শাবী- শানৌ অনী অসি মশক খঙনরমদ্রি। ফাওগৎক্লবা মতম অসিদা মমায় ওনশিন্নদুনা বীরেন্নি অমসুং উরীরৈনি হায়বা খঙনরে। উরীরৈনা ভুবন্নি নীংদুনা শিনিংলম্বা অদু হৌজিক্তি শিনিংদ্রে অমসুং শিরম্বা থোক্লবদি মখুৎকী মণি মশক খঙদনা শিরমগনি হায়না খল্লকই অমসুং লৈগী দোলাই তোংববু য়েক্লবগী লাংনি নীংদুনা শিরমগনি হায়দুনা নুংশামপী হোনখ্রে। বীরেনসু মীকুপ অমত্তং থিল্লম্লবদি মাগী থম্মোয়গী লন মৈনা চাক্লমগনি হায়দুনা নুংশামপী হোনখ্রে। মতম খরদং ব্রা- মচেৎ অমত্তা ঙাংনদনা মহৈ- মহৈ য়েংনদুনা লৈনখ্রে। মীত্তগী পি তরং- তরং শিম্থখ্রে। মখোয় অনীগী পৃক্লিংদা পুথ্রী অদু মহৌশা লৈরম্বা পুথ্রী ওইনা নীংখিদ্রে, বারুণী মহাদেবনা মখোয় অনীবু কনবিগে হায়দুনা পাইরক্তা পীবা পুথ্রীগুম নীংখ্রে। ঈশ্বরগী মফমদা হান্ননা থাজবগী মথক্তা অমুক হেন্না থাজখ্রে অমসুং শাবী- শানৌ অনীমক পুথ্রী মপান্দা খুরু- খুদক কূন্দুনা মহাদেবগী খুয়াদা হন্না- হন্না লৈশি- লৈথোনখ্রে। মফম অদু তুংফাওবা অশেংবা তীর্থ অমা ওইহৌরে।

ঙাইহাক লৈরগা বীরেন্না হায়রকই- "ইবেম্মা! বারুণী খুরুম্নীংবনা পোন্দগী নাম্থোক্লবা তেনব্রাগুম্না নথন্তা পাইরক্লবী! লম্মৈনা চাকনি হায়বগী পৃক্লিংদা চিংনদ্রবী! হৌগৎলো, মতম খরা লৈরবদি ঐখোয়গী চাকথেক্লবা হকচাং থিগদবগী মী ময়াম লাক্লগনি। ময়াম্না লাক্লিঙৈদা মফম অসিদগী খোঙশাল্লসি; ঐখোয়বু কনবীরিবা মহাদেব অদু দর্শন তৌরুবসি, ভক্তিগী লৈনা মহাক্কী খুয়াদা কৎলুরসি। মীৎকী পিনা শঙ্গোম ওইদুনা হৈরুবসি।"

উরীরৈনা খুল্লকই, - "মাগী মাগী ফননবতা য়েংবা সংসার অসিদা অমুক হন্না মাম্ন উৎলুদুনা কান্নবা লৈত্রে। ঙসিদগী হৌনা নঙগী তুং ইঞ্জবী ওইরগে, মী চীকপা নারক- শীংলক্তা কোয়না- কোয়না চৎলসি, ঈশ্বরগী নাম শোন্দুনা থব্রায় হিংনরুরসি উফুল ব্রাইফুল- তৈবনা ঐখোয়গী ফিজেৎ- লৈতেং ওইরুরসি। লম্মৈনা চাক্কুনা মাঙলমগদৌরবা ঐগী হকচাং অসি নহাক্না কনবিরে; ঐহাক অমুক হন্না হকচাং অসি পামদ্রে নঙগী খূয়াদা ঙসিদগী হৌনা কৎলবনি"

বীরেন্না হায়রকই - "ইবেম্মা! নঙগী থব্রায়- হকচাং কনবদি ঐ নত্তে, বারুণী মহাদেবনা ঐখোয় অনীমক্কী থব্রায় কনবিবনি, ঐখোয়বু থৌজানবীরিবা ঈশ্বর অদুগী খূয়াদা নুংঙাই য়াইফবা বর নিরুসি।"

উরীরৈ- "ঐগী কান্ননবগীদমক ঈশ্বর খুরুম্বা লাকপা নত্তে, নীংবা থুংননবগীদমক ঈশ্বরদা চীরোল তৌগে হায়দুনা লাকচবসু নত্তে, মহাদেবগী খূয়াদা থোইদোকপা বর নিজরোই, চুম্না খুরুম্বা লাকচবতনি। ঐনা পামজরিবা বরদি (থম্মোয়গী থূপ্লবা কাচিন্দা য়েক্কুনা থমজরে, করিগুম্বা ইখুত্তগী নাম্থোকখ্রবসু ঐগী লকানুংদা য়েক্লিবা অসিদি কদৌনুংদসু মূৎলরোই)। অসুম তৌনা ব্রা অমা অনীদং ঙাংনদুনা শাবী- শানৌ অনীমক মহাদেবনা লৈবা মফম অদু তান্না চৎখ্রে অমসুং উরে, - মফম অদুদা লাইশং মণ্ডপ অমত্তসু লৈতে, চাউরবা উপাল অমগী শন্দোকখিবা মশা- মরেং অমসুং অকংবা উনাশিং অদুনা মণ্ডপকী মতৌগুম্না খন্দুনা কাতু- কারল য়েৎপা উরী- ব্রারীনা লাইশংগী মতৌগুম্না খন্দুনা প্রকৃতিনা শেম্বা মণ্ডপ অমসুং লাইশংগী মখাদা পূক্লিং নুংঙাইনা শিবলিঙ্গ অদু ঙাম্থোইরি। মীওইবগী অমকপা ফূরা- দলালগী মমি পামদদুনা মীনা য়ৌবা ঙমদ্রবা অচীকপা মফম অসিদা ঙাম্থোইরিমাল্লে! তৌইগুম্বসুং মতম কয়া কুইনবু চীকপগে? মাগী ফংঙমদ্রবা খূয়া তান্নরকপদা মীনা পুমথন থনখ্রে।

শাবী- শানৌ অনীমক মহাদেবগী খূয়াদা থরো- থরো ওন্দুনা লৈশি- লৈথোনবা হৌরক্লে। সিন্দুর লৌদুনা লাইবক্তা নম্নখ্রে অমসুং

উরীরৈনা অসি হায়না বর নিরক্লে:-

"পোকমিন্নরগা লৈগী জাৎতা,
শাৎচগে লৈখোক অমদা।
পোকমিন্নরগা উচেক্কী মপোক্তা,
তোংমিন্নজগে উশা খূদিংদা
হৌমিন্নরগা পাম্বী ওইনা,
য়েৎচগে উরী ওইদুনা।"

## খুদোংথীবা

বারুণী নুমিৎকী সন্ধ্যানি। পাকচাউরবা অতিয়াদা থবাম্মিচাক্না মুৎলি মুৎলি থোক্কুনা খরা খরা ঙানফুং ঙানফুং তৌরি। অমম্বা হিংচাবীনা তাইবংপানবু য়োৎলগে হায়বগুম্না থুনা য়াঙনা পাইশিল্লক্লে। নোংমাইজিং চীংমায়দা হৌরিবা উজাউশিং অদু অকীবগী মশক ওইবা হিংচাবগী মতৌগুম্না মুশিন- মুশিন মুনা, তুমিন- তুমিন্না লেপ্তুনা লৈরি। নুংথিন্দা, চীংথক্তা মীনা পীক থল্লম্বা অদু হৌজিক্তি মী মখোল অমত্তা তাখিদ্রে। মতম অদু শা ঙাওই হায়দুনা মী পুম্নমক থুনা হন্নখ্রে।

খঙহৌদনা নুংশিৎ শীৎপা হৌরক্লে। চীংথক্তা থোইদোক্লসু নুংশিৎ কন্না শীৎকল্লি। নোংলৈগা লোয়ননা নুংশিৎনা অমুক অমুক হুল্লকপদা উ-ব্রা পুম্নমক মতোল লৈপাক শোকপগুম্না হাই- হুমখ্রে, উশা অমগা অমগা থেংনদুনা, উনা অপুঙবা মরক্তা হুমজিন্দুনা, মচী- মচী খুদিংদা শ্বাই- শ্বাই লাউখরে। অকংবা উশা কয়া তেক্কুনা তারক্লে। উপান্দা মহুম শারিবা উচেক্কী মহুম হুমদোক্কুনা উচেকশিংনা অকিবা খোঞ্জেন্না লাকনা লাকনা খোংবা হৌরক্লে। লমহুই খোঙ্গৎলক্লে। শজিশিংনা লৈফম লৈত্রদুনা তুবৎ- তুবৎ চেনবা হৌরক্লে। লোক্লুং খুদিংদা 'প্রোক' 'প্রোক' 'শ্বাই' 'শ্বাই' লাউবা খোঞ্জেলতা মঙায়খরে।

অসিগুম্বা খুদোংথীরবা মতম অসিদা রাজকুমার বীরেন্দ্রসিংহনা উরীরৈগী খুজেং নামা পায়রদুনা অমম্বগী মরক্তা চীংখাদা কুমথরক্লে। নুংশিৎ নোংলৈনা অমুক অমুক হুমজিল্লকপদা নুংশাম্বর হেক থিংদুনা চপ হেক লেপই; অমুক মা-দুনা, মা-দুনা খরা হেক কুমথৈ। লম্বী নীংথিনা লৈবা মফমসু নত্তে, খোঙকাপ অমা হেক থাংবগা নুংজাও অমদা ঘম হেক থেংই,

খরা হেন্দোকপদা উজাউ অমদা হেক থেংই। চীং- নাপোমনা মরোল- মরোল খঞ্জিনখিবনে, থা শিরমদাইগী অহিংগা ওইবনে মনাপুংবা উপাল খিবিক্লা ক্রক ক্রক ইন্ননা হৌবনে, উরী- ব্রারীনা য়েৎশিনবনে মফম অদু মীৎ উইশিনবগুম্না মমখ্রে। নাক- য়েত্তা ফক্লাংগুম্না চপ ঙমখ্রবা শূক্লবা লোকচপ লৈখ্রি। খোঙফম খজিক্তং নাম্থোক্তুনা লোক্লুংদা হেক নাম্থখিবদা মীকুপ অমগী মনুংদা থব্রায় মাঙগদৌরিবনি। চীং লৈবাক্কী নুঙদুম মচা- মচা অমসুং মচীনতুম্বা উচুক্তা নেৎলুবদা খোঙ থিনগাইদুনা খোঙ থাবা য়ারক্রে। নাক- য়েত্তা শা খোংবগী খোঞ্জেল তারক্লে, ইনক- নক্লা শাহিং- ঙাহিং মনম নল্লক্লে, য়েংখিবদসু অমম্বা নত্তনা করি অমত্তা উবা লৈখিদ্রে, তাইবংপান অসি অমম্বগী লাংনা পূমকুপ কৃপখ্রে; উপাল, উরী, নুঙপাক, শা, উচেক অমম্বদা লোইনা তিনখ্রে।

বীরেন অসি হূমাং মরীক- মরীক শৌরক্লে, মশা অদু শ্বাই শ্বাই পাখৎপা হৌরক্লে। মপূক্লিংদা অকিবা পোক্লব্রা? অকীবা পোক্তি তৌইগুম্বসুং নুংশাথীবা পোক্লে। মশা মথন্তা ঙায়রবদি মানা থোকপা উপায় অমা তৌদুনা মযুম য়ৌবা ঙমগদবনি। তৌইগুম্বসুং মহাক্লা খূজেং পায়দুনা পুরিবী উরীরৈগীদমক থোইদোক্লা ব্রাখ্রে। খল্লকই, - "অমম্বদা করিসু খঙদনা চৎলিঙে অসিদা করিগুম্বা শা অমা থেংনদুনা ঐবু থনমদুনা উরীরৈবু থব্রায় মাঙহনখ্রবদি, - অদু নত্রগা করিগুম্বা খোঙফম নাম্থোকখিদুনা লোকখাদা হায়থখ্রবদি করম তৌনি। ফরে, লাইগী নোংদম্লি উরীরৈনা মথব্রায় থাবা মফম অদুদা ঐসু থব্রায় থাগনি।" ব্রাখল অসি তৌদুনা খজিক- খজিক কূমথরকই। নুমিৎ লৈরিঙৈদগী হৌনা উরীরৈ অদু চারা হেন্দুনা অঙম্বা চীং কারকপগী ব্রাবনা চোকথরদুনা অহানবদা উখোং খূদিংদা ফমদুনা পোত্থারমই; হৌজিক্তি খুদোংথীরবা মতম অসিদা চীংমায়থক্তা হাইথদুনা ব্রাম্থবা হৌরক্লে। ভুবনবু কিদুনা মাঙদা চৎলম্বা মী পূম্নমক হেঙ্গত্তুনা ঙল্লবা চীংগী লম্বীদা য়াক্লবা নুংশাদা মায়োক্লদুনা চেন্না- চেন্না কাখৎখি, মতম অদুদদি নুংশা থীবনা অব্রাবা খঙলমদে হৌজিক্তি নুংশিগী মনাক্তা য়ৌজরদুনা

শরুক চামা হেন্না অৱাবা ফোংদোক্লক্লে। অপঙবা অঙাংনা মমাগী তম্পাক্তা লৈরিঙৈদা, মমাঙদা লাকপা শওম, কৈ, শামুনচিংবা করি অমত্তা কিদবগুম্না বীরেনগী মনাক্তা য়ৌজরবদদি তাইবংপানগী মনুংদা কনাবু কিবা লৈখিদ্রে; অমরোমদা মাগী পাঙ্গলসু করি অমত্তা লৈরক্ত্রে, বীরেন অৱাবদা তাখ্রে। খূজেং অনী পায়দুনা খোঙকাপ অমা অনীদং চিংদুনা পুজেমই অমুক হেক ৱাম্থখি। বীরেনগী গত্তি লৈখিদ্রে। তম্পাক য়ৌগদবসু কয়া ৱাৎলিবা অমম্বদা করিসু খঙবা লৈখিদ্রে।

উচিন্নাচিন্না তম্পাক য়ৌরদুনা বীরেন অদু নুংশা স্বর খরদং হোনফম ফংজরে, তৌইগুম্বসুং হুমাংমক্তা তৈথোকপা লোইফাক্ত্রিঙৈনা "ঈশিং ঈশিং, ঈশিং খজিক্তা পীয়ু, খৌরী চরম কংখ্রে, খৌরাংবনা থৱায় থাগদৌরে।" অসি হায়দুনা উরীরৈ অদু অমুক হন্না ৱাম্থখ্রে। শোঙলবা নারক অদুদা মীচীক মীরাওখোল তারক্রুবা অমসুং হন্না য়েংবদা কনাসু উখিদ্রবা মফম অদুদা উরীরৈনা নীংশিংবা লৈতনা ৱাম্থখিবা উৱবদা বীরেন ঙমখৈ লৈতনা ৱাখ্রে। খুদোংথীরবা মতম অসিদা খুদোংথীরবা মফমদা ঈশিং কদায়দগী থিরুসিবা, থিবা চৎলবসু, ৱাম্থদুনা লৈরিবা উরীরৈবু হুন্দোক্নুনা করম্না চৎসিবা, অসি পূম্নমক খন্দুনা চীনবান মথক মখা খ্রক খ্রক কংখ্লে, অনকপদগী উনা হেক্নুনা হুমাই ওইদুনা উরীরৈগী কোকথক্তা হুম্বা হৌরক্লে। মতম অদুদা মখারোমদগী তপ্না হুন্নকপা নুংশিংকা লোয়ননা চীংগী লোক্নুং অমদগী 'ত্রোং' 'ত্রোং' লাউবা খোঞ্জেল অমা য়াম্না নক্না তারে। মখোল অদু তাবদা, লোক্তগী ঈশিং চেম্থরক্লিবনি হায়বা খঙলদুনা তপ্না- তপ্না উরীরৈবু কৌদুনা হায়রকই - "ইবেম্মা, অনকপদা ঈশিং লৈরে, ঈশিং শোক্লুগে; ঙাইহাক্তং হৌগৎত্নুনা ফমউ।" অদু তারবদা উরীরৈ অদু খৌরাংবগী মৈচাক্লা য়াম্না ৱানা হৌগৎলক্লে। অদুদগী বীরেন্না খোঙকাপ মরি- মঙাদং চখোকখিবদা "হন্না হন্না য়েংবীয়ু, শা- কৈনা থল্লবা শোঙলবা নারক অসিদা পাঙ্গল শোনবী ঐবু ইথন্নতা হুন্দোক্নুনা চৎলগেরা, নঙগী চেংলৌ উদদুনা শিবগী শরুক্তি ঈশিং ফংদদনা শিবনা ফৈ" অসি হায়দুনা

অমুক হন্না লৈমায়থক্তা তুখ্রে। বীরেন্না খল্লি "মতম মাঙহন্দুনা কান্নররোই, ঙম্বমখৈ থুনা ঈশিং শোক্লুরগে; অদুপকী মতীক থেঙজিল্লক্লগা অদুপকী মতীক খুদোংথীবা হেল্লক্কনি।" অসি খন্দুনা 'ত্রোং' 'ত্রোং' লাউবা খোঞ্জেল তারকপা মায়কৈ অদোমদা থুনা য়াঙনা চঙশিনখ্রে; খরা চৎলগা য়ৌগব্রা মনীংই, খক য়ৌবা নাইদে, অহানবদা খোঞ্জেল অদু নুংশিৎনা হুল্লক্তুনা য়াম্না নক্না তারমই - হৌজিক্তি খরা খরা লাপথোকখিবগুম তৌরে। মরুভূমিগী ময়ায়দা মরিচিকানা ঈশিং খৌরাংলবা মীবু ঈশিংগী মপৈগুম্না উহন্দুনা ঙমখৈ লৈতনা অব্রাবদা তাহনবগুম্না 'ত্রোং' 'ত্রোং' লাউবা খোঞ্জেল অদুনা শুক্লত্তুনা বীরেনবু খরা খরা লাপ্না পুথোকখ্রে। মঙলা তাইবংলা মফম খঙখিদ্রে। হনসি কদায়নো, চৎসিনসি কদায়নো মফম খঙদ্রদুনা ঙাইহাক্তং চপ লেপ্তুনা লৈরে, অকোনবদা উরীরৈনা হায়হৌবা ব্রা পূম্নমক অদু হন্না হন্না নীংশিংবা হৌরক্লে। "চীক্লবা মতম অসিদা অসুমতৌনা ফকচীনবা হৌনদে, হায়দুনা অমুক হন্না চঙশিল্লক্লে। অসুমতৌনা খরা খরা চংশিনখিবদা ওম্থোকপনি, উরীরৈবু য়াম্না থাপ্না হুন্দোক্লম্লে! অমরোমদা ঈশিং চেনবগী খোঞ্জেল তারম্বা অদুসু তাখিদ্রে। উরীরৈনা লৈহৌবা মাইকৈ অদোমদসু শানা খোংবা খোঞ্জেল তারক্লে। অদু ফাওবা বীরেন্না অতৎপ। লৈতনা মাঙলোমদা চঙশিল্লক্লি। খরা চঙশিল্লগা উ, ব্রানা কোয়শিনবা খ্বাইদগী হেন্না শূকপা মফম অমা লৈ হায়বা খঙলে। চীংদগী চেম্থরকপা পীক্লবা ঈফুৎকী খোঞ্জেল অমা অরাপ্পদগী তারকপা বীণাগী খোঞ্জেলগুম্না থেঙলবা অহিং অদুদা বীরেনগী ব্রারবা থম্মোয় অদুবু "ব্রাগনু ব্রাগনু" হায়না থেমজিনবা হৌরক্লে, খোঞ্জেল অদু অমম্বদা, উমংদা অতিয়াদা তিনখ্রে। ঈশিং শোয়দনা লৈরে হায়বা খঙলদুনা খোঞ্জেল অদুগী মতুংইন্না মা- মাদুনা মা- মাদুনা অমম্বগী মরক্তা চঙশিনখ্রে অমসুং উচিন- নাচিন্না ঈশিং খোং অদু য়ৌখ্রে। ঈশিং খোং অদুগী মচী অমদা 'চোপ, চোপ' লাউনা করিগুম্বা জীব অমনা ঈশিং থকপগুম তারে। য়েংথোকখিবদা মৈবুনগী মতৌগুম্না ইরং- লংবা মীৎ অনী উরে। মদু কৈ

নত্তনা অতৈ করিসু নত্তে হায়বা খঙলে। মদু উবদা বীরেন অদু কোকচাউবী কাখ্রে, লৱাইলেম্ফুগী শম চপ য়ুংখৎখ্রে। ঈশিং শোকসি কদায় শোক্কনুসি কদায়, অরেপ্পা খঙখিদ্রে।

"ঈশিং ফংদদুনা উরীরৈগী থৱায় থাবগী শরুক্তি ঐবু কৈনা চারগা চাসনু" অসি খল্দুনা ঈশিং শোক্কে হায়না কূমথরক্লে, তৌইগুম্বসুং পাত্রদি কদায়? উরীরৈগী অৱাবা উদুনা ঈশিং শোক্কনি হায়দুনা হেক্তেমলাকই; পাত্র লৈ লৈতে হায়বা ৱাখলসু তৌরুদে, হৌজিক ঈশিংদা কূমথরবা মতম অসিদদি পাত্র য়াওদে হায়বা খঙলে। মমাঙদদি কৈজাউ অমনা মমীৎ কৃপ্তুনা ঙাইদুনা লৈরি, পাত্রগী ৱাখল তৌদুনা লৈখিগদ্রা? পাইরক্কী লৌশিং অমা লাক্লুনা গুঞ্জা চিংথোক্লুনা মদু ঈশিংদা লূপশিল্লে; মখুৎ অনীনা গুঞ্জা অদু পায়দুনা মমায় ওল্লক্লে। মখুৎ অনীসু গুঞ্জা পায়দুনা লৈখ্রে। খর- চৎলা নুঙদা হেক থেংই, খর- চৎলা তিংখংদা হেক পল্লি, - তূমিন্না চৎনিঙবা মফম অদুদা শ্বাই শ্বাই লাউখ্রে। চৎনা চৎনা তুংলোমদা শোৎ- পেক লাউবা শানা তুংইল্লকপগী মখোল তারে, অসুম তৌনা চেন্না চেন্না- তুর- হৌগৎলা তৌদুনা লাকপদা লম্বী লম্মুক্লদুনা ওম্হোকপনি উরীরৈনা লৈহৌবা মফম অদু থিবা ফংখিদ্রে! মতম খরা কোইচৎ- চৎলবগী তুংদা উরীরৈনা মখোঙদা হীপ্তুনা লৈহৌবা উপাল অদু মুশুক- মুনা উবা ফংলে, উরীরৈদি লৈরমদ্রে। থৱায় য়াওদ্রবা হকচাংনা অকিবগী মশক ওইবগুম্না উরীরৈ লৈত্রবা উপাল অদু অকিবগী মশক ওইখ্রে অমসুং হিংচা- য়াইতম্বা অমনা উরীরৈবু চাথোক্লগা উগী মশক লৌদুনা মুশুক মুনা লেপ্লমাল্লে হায়না চিংনরক্লে। অমম্বগী মরক্তা থোইনা মমখ্রে। মফম লান্নরমাল্লে হায়দুনা য়েংবদা হান্না উরীরৈনা মোন খাঙহৌবা নুঙপাক অদুসু উখোং মনাক্তা অদুম মরৈ। মশা মথন্তবু মথন্তনা থাজদ্রদুনা উপালগী অকোয়বদা মায়কৈ মরিমক্তা কোইচৎ- চৎপা হৌরক্লে অমসুং করিগুম্বা শৃৎ- নানবা পোৎ অমা মখোঙদা থেংনরে। খুঙ্গত্তুনা য়েংবদা মখুম য়াওদবা থাংশাং অমা ওইরম্লে। অদুদসু নত্তনা অনকপদা শা অমা মুশুক মুনা ফমদুনা লৈরে। "কৈ অসিনা উরীরৈগী

থৱায় মাঙহনখিবা তারে, মীগী ঈ থকপদা ময়াই কারদুনা ঐবুসু ঙাইদুনা লৈরিমাল্লে, ফরে ঐবুসু হাৎলসনু, তৌইগুম্বসুং নিংথৌমচা ওইবা ঐহাক্না ইখুৎচাবা থাংশাং অমা পায়রবদা করম্না ইচম চম্না শিসিগে, নুপা মচা থৌদাং য়েংগে'' অসি হায়দুনা মফেজোম মরে মরে তাখৎলে নুঙপাক অদু থাঙ্গত্তুনা কৈ তম্না হুঞ্জিনখ্রে। কৈ অদুনা ঙ্রুং ঙ্রুং ঙংদুনা চীংনুংদু থ্রক থ্রক নীকহন্দুনা খুবাক্না ইরায় লায়না খত্তোকখ্রে। বীরেন্দ্র সিংহনা থীন্দনা থাঙগী কদম তৌদুনা মশা অদু থাঙনা পূময়োম য়োমখ্রে, শাউনীংবনা হাকমনখিদুনা কৈ অদুবু অচম্বা করিসু লৈত্রবা লমহুইগী মতৌগুম কিখিদ্রে। তাঞ্জা অদুদা করিগী কিগবা? মীতৈ মচাদি য়েক্লবগা হাকথেংনরবা মতমদা করিগুম্বদসু কিদুনা চেন্দে। বীরেন্দি থোইদোক্লসু রাজবংশনি। ভারতকী মনুংদা অথোইবা রাজবংশগী ঈনা চাউরক্লবা বীরেনগী মপূক্লিংদা অকিবা পোকখিদে। খুদোংথীবা তারবদা, য়েক্লবগা হাকথেংনরবদা মথৱায় হরাওজবা রাজবংশনি। অদুগুম্বা অকনবা অথৌবা রাজবংশদা পোক্লবা বীরেনগী মখুৎচাবা থাঙশাং অদু পায়দুনা, থাঙগী কদম্না মশা অদু পুময়োম য়োমদুনা মৈবুনগী মতৌগুম্না কৈগী মায়কৈদা পায়শিনখ্রে। ও: কদায়দগী লেম্না মাঙগদগে য়েংউ - কৈজাউ অসি মশাগা মকোক্না তোঙান তোঙান তাখ্রে।

পাঠক! য়েংবিয়ু চীংথক্না লম্মৈনা তানশিল্লক্লদুনা চঙজফম লৈত্রবী নুপীমচা অমা শিগদৌবা মতম অদুদা বীরেন্না হকচাংগী পাঙ্গল শীজিন্নবা য়াখিদদুনা পূক্লিংগী পাঙ্গল শীজিন্নখ্রে, মশা শিগনি হায়বগী পাম্মুবা লৈতনা নুপীমচা অদুবু কনখি, হৌজিক্তি কৈগী মমাঙদা পাঙ্গল থোকপা মতম য়ৌরদুনা মাগী থাঙগী হৈ- শিংবা শীজিন্নদুনা কৈবু ইরায় লায়না হাৎখি।

কৈ হাৎলবা মতুংদা বীরেন অসি নুংপাকথক্তা ফমদুনা ঙাইহাক্তং পোত্থারে। মতম অদুদদি অতিয়াদা নোং মংলম্বা কোক্তুনা থৱাম্নিচাক পরেং পরেং থোক্তুনা খজিক খজিক্তং ঙানবা হৌরক্লে।

চীক্লবা মফম অদুদা মথন্নতা শিরবসু শিমিন্নরসি হায়না লাকমিন্নরবী উরীরৈবু মফম খঙদনা মাঙখিবা অদুদা ঙমখে লৈতনা ৱাখ্রে। উশা অমত্তদা

তোংমিন্নবা চেক্লা অনীগী মরক্তগী অমা ফাখ্রবগুম লৈখোক অমত্তদা খাব্রাংনা শাৎপা লৈ অনীগী মরক্তগী অমা হেকখ্রবগুম হৌজিক্তা থৌরাংবগী মৈচাক্লা ঙৌদুনা লৈহৌরিবী উরীরৈ অদু মাঙখ্রবদা নীংবা পূম্নমক কায়রদুনা হায়রকই, - "কৈনা ঐবু হাৎপ্রা হায়ববু ঐনদুম কৈ হাৎলে, হে থাঙশাং নহাক অসি অচম্বা থাঙ নত্তে, লাইনা পীরবা থাঙনি, নঙগী নপান্না কৈ হাৎলে। নঙোন্দা কৎনবা ঐগী করিগুম্বা পোৎ অমত্তা য়াওজদ্রে, ঐগী ঈ তৈদুনা নহাক পেনবীরো। পাঙ্গল শোল্লবী, মিপাই থীরবী উরীরৈ অদু স্বগগী লম্বীদা লোয়নবা মী লৈত্রদুনা মথন্নতা ফ্রিং ফ্রিং চোংদুনা লৈররিগনি, ঐহাক মাগী মতুং ইনখ্রগে, চঙজরক্লবা মী কনবা ঙমদ্রবা ঐগী পুক্সি অসি অরেম্বনি।" অসি হায়দুনা মথন্তগী মঙকশম তম্না থাঙ অদু হাইগৎখ্রে অমসুং কক্লগে হায়না থৌরাং তৌবমক্তদা মখারোমদগী শীৎলকপা নুংশিৎকা লোয়ননা "হাৎলে হাৎলে ঐবু কনবিয়ু" হায়বা নুপীগী খোঞ্জেল অমা য়াম্না ৱাংনা অচীকপা থুগাইদুনা হন্না হন্না তারক্লে। খোঞ্জেল অদুনা মচীন থৌরবা তাগী মতৌগুম্না বীরেনগী থম্মোয়দা থিনবা হৌরক্লে। বীরেন্না, "মসি হান্না কল্লুখিবা থোকই" হায়দুনা থাঙ অদু শেগাদা য়েপশিন্দুনা খোঞ্জেল লাকপা মাইকৈ অদোমদা কন্না চেনশিনখ্রে। খরা চৎলগা নুপা মরি- মঙানা নুপীমচা অমা চিংদুনা পুবা অদু উক্লরে। বীরেন্না থুনা য়াঙনা চেনশিল্লক্তুনা লম্বীদা ফৈগাক ফৈনা থত্তুনা হায়রকই, - "কনা অমত্তা চৎপা য়াদে, লমহেনবা অমত্তং য়াওবদা থাঙশাং অসিনা নকোক কক্কনি। চৎনীংলগা নখোয়না পুরিবী নুপীমচা অদু থাদোক্লমউ।" ৱা অসি হেক তাবদা নুপীমচা অদুনা চোংথোক্লক্তুনা বীরেনবু কোল্লদুনা হায়রকই "পাম্মুবা! নহাক্লা ঈশিং শোকখ্রিঙৈদা নুংশি- হৈতবা কাঙবু অসিনা ঐবু ফাদুনা পুরক্লিবা অসিনি!" অসি হায়দুনা নুংশা থবেৎ থবেৎ হোল্লক্লে। শিখ্রে হায়না নীংলম্বা উরীরৈবু অমুকহন্না ফংলবদা বীরেনগী নুংঙাইবা হায়নিংঙাই লৈত্রে। অদুদগী নুপা মরি মঙা অদু "নুপী হূরানবা ফাওরক্লে", হায়দুনা ফত্তবা থৌরাংগীদমক শাজেন তৌদুনা পুরকপা থাংশাং অদু

থিনরক্লে; তৌইগুম্বসুং মখোয়না থিরিবা থাঙ অদুদি বীরেনগী মখুত্তা লৈরে। থাঙ থিবা ফংদ্রবদা চৈবুন অমমম পায়দুনা বীরেনবু অমুক হন্না কোয়শিনখরে। বীরেন্না উরীরৈবু মনাক্তা থমদুনা থাঙগী কদম তৌদুনা উরু-রু লৈবা হৌরক্লে অমসুং উরীরৈসু অৱা-অনা হুন্দোক্তুনা "পাম্মুবগী মতেং পাংগে" হায়দুনা খ্বাংজেৎ লাকশিনবা হৌরক্লে। মতম অদুমক্তদা য়োখোক অমমম পায়দুনা নুপা তরামুক নুংশা ফূয়না ফূয়না হোন্দুনা মফম অদুদা চেনশিল্লক্লে। মখোই অদুগী মরক্তগী নুপা অমা চেনশিল্লক্তুনা উরীরৈগী খুজেং পায়দুনা "ইবেম্মা! নুপীমচা অমা লম্মৈনা চাকখ্রে হায়বা পাউ তাবা অদু ইচাবু ওইরমাল্লে খন্দুনা ইপাদি ওন্থোক্লা থৱায় ৱারুরেদা! ইচা শিরমদবা অসিদি মহাদেবনা কনবিরবনি" অসি হায়দুনা অকোনবগী কাঙবু অদুনা উরীরৈবু পুদুনা চৎখ্রে। মুন্নরিবা পোৎ অদু পুদুনা চৎখ্রবা অদুদা বীরেন অমসুং নুপী চিংলম্বা কাঙবু অদু ইঙক- ঙক্তুনা ঙাইহাক্তং, তূমিন তূমিন্না লৈনখ্রে। নুপী চিংলম্বা কাঙবু অদুগী মরক্তা ভুবন য়াওরি। উরীরৈগী মপা লাক্তুনা উরীরৈ পুখিবদা ইঙক- ঙক্লরিঙৈগী মতমদা ভুবন্না বীরেনগী মখুত্তগী থাঙ মুনখরে। ভুবন্না হায়রকই, - "ঐগী কাদা য়েৎলিবা নুপা অসিগী মথৱায় লৌরসি" অসি হায়দুনা ময়াম অদু বীরেনবু ইকোয় কোয়শিনখ্রে। বীরেন অদু তৌফম খঙদ্রদুনা তূমিন্না ময়ায়দা লেংগুনা লৈখ্রে। মতম অসিমক্তদা "ইতাও ইবুংঙো করি অমত্তা ৱাগনু ঐখোয় ময়াম লৈরি" অসি হায়দুনা নারক্তগী নুপা অনী চোংথোক্লক্লে। অদু উবদা ভুবনগী কাঙবু অদু মী ময়াম লাক্লে হায়দুনা অমম্বগী মরক্তা মহৈ মহৈ মাঙনখ্রে। বীরেন্না য়েংলকপদা মাগী মরুপ শশী ওইরম্লে। বীরেন্না হায়রকই, "শশী, নঙদি অসুক থেঙলবা ফাওবা কদায়দা লৈরুই? নঙগা লোয়নরক্লিবা নুপা অসিদি কনানো? ইচন য়াওরক্ত্রবদি কদায়দা লৈহৌই?" শশীনা খুম্লকই, - "রাজকুমার! নঙগী কাদা ঐনা থৱায় থাগে হায়না লেপ্লিবা অসিগুম্না লোয়নরকপা মরুপ অসিনা ঐগী কাদা থৱায় থাগে হায়না লেপ্লি। নহাক্লা নচনগী ৱা হংবদি খুম্বু খুম্নিংদে। নহাক্লা ঐবু হুন্দোক্তুনা চৎখ্রবগী তুংদা

নঙবু কয়া থিরে, ফংলক্তবদা থুনা য়াঙনা লাই খুরুমদুনা চীংখারোমদা কৃমথরকপদা লমখাংদা পাখং মঙা তরুক্না ঐবু য়েথুরমদুনা নচন পুখ্রে। ঐনা তুদুনা লৈরিঙৈদা লাকমিন্নরিবা মরুপ অসিনা ঐগী সেবা তৌদুনা মহাক্না লম্বী চিংদুনা কৃমথরক্লিবনি। নঙগী পৃকচেল পূন্নমক ঐ লোইনা খঙই - চীংখাঙদা নঙগী ফীজি য়াল্লম্বী নুপীমচা অদুগী মতুং ইন্নরুরিঙৈদা নচন মাঙখ্রবনি। নচন অমা হুন্দোক্লমই হায়বা ৱাখল ইতৌ- তৌদনা নুপীমচা অমগা লোয়ননা নাপল তৌদুনা চৎলিঙৈদা ডাকুগী খৃৎপুগা থেংনদুনা কয়া নংলবনো! ঐখোয় লাক্লমদ্রবদি নঙগী নথৱায় মাঙলমগনি। কৈগা থেংনদুনা নহাক্না কৈ হাৎপা নথন্নতা শিজগে তৌবা পূন্নমক ঐখোয় লোত্তুনা য়েংই। থৌনা ইফৎ- ফত্তবদি নত্তে, নঙগী কৃম্মে নুংঙাই। নিংথৌমচা ওইনা পোক্লবা হায়বা অসি নঙনা থোকপা অমদি মতৌই। অদুদগী নঙনা হৌগত্তুনা চেনখ্রবদা ঐখোয়সু নঙগী নতুং ইন্নরক্লি। নঙনা অৱাবা তারবদা কনগে হায়দুনা তুংওই- তুংওইননা চৎলিবনি, নঙনা কৈ হাৎকে থৌরাং তৌবা মতম অদুমক্তদা ঐখোয় চীংখাঙদা হেক থুংবদা মঙায়রি, মদুগী মমাঙদা করি করি থোকখিবগে মদুদি ঐখোয় করি অমত্তা খঙদ্রে।”

“ৱারম পূন্নমক অসি শুগাইনা, মরীক চুম্না সনখ্বাদা তমগনি নঙবু মতীক চানা ৱারকহনগনি।” অসি তারবদা বীরেন্না (মমীত্তা মপি তরং তরং চেল্লদুনা) হায়রকই, “ইতাও ইবুংঙো, নঙগী খুয়াদা খুরুমজগে পাবুংদা অদুম্না তম্লবদি ঐবু চঙহল্লরোই; ঐখোয় অনীবু য়েথুরমদুনা পুখি হায়না তম্বিয়ু। হৌজিক্তি ঐহাক ইচনগী খোঙ্গুল লীরুখিগে। ইচনগী লৈফম অরেপ্পা খঙদ্রিমখৈ ঐ য়ুমদা হঞ্জিল্লরোই। হা ঈশ্বর ওম্থোক্না অৱাবনিদা! মপোকঙৈদগী নাওথি শাদুনা মনীংমখা তৌদুনা লৈজরবী ইচন অদু কয়াদা অৱাবা ফংলরিগবা” অসি হায়দুনা বীরেন অদু মমীত্তগী মপী তরং তরং শিম্থরক্লে। শশীনা হায়রকই - “রাজকুমার, নঙ য়াম্না ৱারমাল্লে ৱারুগনু, লাইনা তমখ্রবা হায়বা অদুনি। কপ্পুনা কান্নররোই। য়ুমদা চৎলসি। করিগুম্বা

লাইগী নোংদম্না নচনবু পুদুনা চৎখ্রিবা কাঙবু অদু লম্বীদা থেংনরবদি নহাক কয়ামুক নুংঙাইগনি!" বীরেন্না "ইতাও মদুদি ওইররোইদবা থবক্নি, মদু থেংনরবদি নুংঙাইমনখিদুনা ইথন্তনা মখোয় পূম্নমক মকোক থুগাইবা ঙমগনি, হরাওমনখীদুনা ইচন ফাওবা নঙোন্দা কথোকপা ঙমগনি", হায়রা অসি তারবদা শশীনা বীরেনগী খূয়াদা শাংদ্রোং শাংনা খুরুমদুনা হায়রকই, - "লেপ্লিবা মরুপ অসে নুপা নত্তে, নচন ইবেম্মা থম্বালসনানি। নুমিৎ তারমদাইদা, চীংথক্তগী কূমথরকপদা ভুবনগী কাঙবুনা থম্বালসনাবু চিংদুনা পুগে তৌরবদা ইনাক্তা লৈরম্বা পাখং খরনা ইতেং পাংবিদুনা ঐনা মখোয়বু ফূদুনা তানখ্রে; অদুদগী থেঙজিল্লক্লবদা ইথন্তনা নুপীমচা অমা পুদুনা চৎপা অসি খুদোংথীবনি খন্দুনা থম্বালসনাবু নুপাগী ফিজেৎ শেৎহল্লে। হৌজিক্তি নচন ইবেম্মবু উরেদো। রাজবংশনি হায়নখ্রবা হায়রা শোয়ননুসি।" বীরেননা মীকুপ অমগী মনুংদা অৱাবা, নুংঙাইবা, ইকাইবা অমসুং নোক্লীংবনা পুল্লপ তিন্দুনা লূখম খোৎল- খোৎলদুনা হায়রকই - "হূরানববু হূরানবনা ফারবদি কনানা বিচার তৌগনি?"

## অনীশুবা পুন্দুপ
## ধীরেন্দ্রসিংহগী অঙকপা

নোংপোকথংবা অতিয়াদা নুমিৎনা তরং তরং হুন্দোরক্লে। মতম অসিদা হৈরোকচীংগী নোংপোকথংবা চীংয়াদা লৈরিবা পাৎকী ফজবসু ঙমখে লৈত্রে। নুমিৎকী মঙাল ফংলদুনা থম্বাল কয়া কয়ানা মকা ফন্না শাৎকায়রক্লে। ঙরাং শাৎখিবা থম্বালশিং অদু ঙসিদি লৈখোক লোয়রদুনা, নীংখায়দুনা লূরবা ঈশিং মথক্তা তাউরি। অহিংগী লীক্লা মরীক অমমম অনী- নী অশংবা থম্লা মথক্তা তাবা অদু পূনশিল্লক্তুনা মণিমুক্তাগী মতৌগুম্না ইরংলংনা উরি অমসুং থম্না খেঞোংগী মখোক্লা অরুম্বা অদু খাঙবা ঙমদদুনা ঙমথদুনা পাৎকী ঈশিংদা হৈথরি। থম্বালতা নত্তনা থরো থারিকথা কয়াসু শাৎলিবা ! খোইমু কয়ানা ঙংদুনা ঙংদুনা লৈগী লৈহী চূপ্লিবা! চীংদগী পাইথরকপা ঙানু কয়া কয়ানা কয়া হরাওনা পাত্তা ঈরুপ্তুনা মচীঞাক খূল্লিবা! লোক্লুংদগী চেম্থরকপা ঈফুৎ মচা কয়ানা 'ত্রোং' 'ত্রোং' লাউনা পাৎকী ঈশিংদা তারিবা! দৃশ্যা পূম্নমক অসিগী ফজবা হেঙ্গৎহন্দুনা থাপ্না হি অমদা পাখং অমগা লৈশাবী অমগা তোংদুনা মমায় মখা পাংনা শেম্বাং পাইবগুম্না হোম্থরক্লি। শাবী শানৌ অনী অসি অশাইমখে ব্রা মচেৎ অমত্তা ঙাংনরক্তে। পাৎ ময়ায় য়ৌরবা মতমদা পাখং অদুনা নৌ অদু হি মথক্তা থল্লদুনা থরো মরী অমা থৎল-থৎলদুনা হায়রকই, - "ইবেম্মা ঙসিদি অরেপ্পা ব্রা অমত্তং খঙহনবীদবা য়াদ্রে। ঙসিবু অরেপ্পা ব্রা অমতং খংহনবীদ্রবদি হয়েংদগী হৌদুনা লাইবকথীবা ঐগী খোঙ্গুল অমুক হন্না ইবেম্মগী শঙ্গায়দা তাদ্রে হায়না খঙবিয়ু।

নুরা ঃ নুপা ওইবনা ঙাংবা ৱা হায়বা অসি করি অমত্তা থাজনিংঙাই লৈতে। পাখং কয়া কয়ানা লৌশিংথেনবী নুপীমচাশিংবু লৌনম তৌদুনা নুংশিহল্লগা হুন্দোকপিদুনা কয়া অৱাবদা তাখিবা য়াম্না উজরে।

পাখং ঃ অদুবু ইবেম্মা মী খরনা ফত্রগা খ্বাইমক ফৎলোই হায়বগী অরেপ্পা করি লৈবগে। মীগী ৱাদি ঙাংদুনা কান্নদে ঐগী ৱাগী অরেপ্পা খঙহনবিরো।

নুরা ঃ ঐহাক হৌজিকমক্তি অরেপ্পা হায়জবা ঙম্মোই।

"অদু ওইরবদি ঐহাক হি হোল্লরোই" অসি হায়দুনা পাখং অদু হি মনুংদা খোঙ্গ্রাই চন্দুনা হুই খোংদুনা লৈখ্রে। হুই খোংনা খোংনা নুংশিৎ শীৎলক্তুনা হি অদু উরুরু লৈবা হৌরক্লে। লৈ-ন লৈ-না চীংগী চীংয়া য়ৌশিল্লক্লে। নুরা অদুনা "অরেপ্পা ৱাদি হয়েংমুক্কী মপোক্তা খঙহঞ্জরগে" অসি হায়রম্লগা ঈশিং মনুংদা ঝম লাউনা চোংথখ্রে। পাখং অদুনা হন্না য়েংখিবদা হি মথক্তা কনাসু লৈরমদ্রে, খাম্বসু ঙমহৌদ্রে। থৱায় ৱাবা, অকিবা অমসুং অঙকপনা পুল্লপ তিন্দুনা পাখং অদুসু ঈশিং মনুংদা ফল চোংথদুনা কোয়থি- থিবা হৌরক্লে তৌইগুম্বসুং খক ফংবা লৈখিদ্রে। অমরোমদা নুপীমচা অদুদি ঈরুপুনা চৎখিদুনা উ-ৱা খরগী মরুমদা ফাওগত্তুনা চীংথক্তা কাখৎখরে অমসুং পাখং অদুনা নুংশা য়াম্না থীনা কপ্লীং কপ্লীং তৌদুনা মাবু থিরিবা কুম্মৈ অদু য়েংদুনা লৈরুরে। ঙাইহাক লৈরগা "ফংলরোই, ফংলরোই হন্দক মপোক্কী থীবা ফংলরোই হন্দক মপোক্কী থীবা ফংলরোই" অসি হায়রম্লগা মমায় ওন্দুনা চেনখ্রে। পাখং অদুনা মানা ঈশিং মনুংদা থিরিবা মী অদু চীংথক য়ৌখিবা উরবদা ঙকপগী হায়নিংঙাই লৈখিদ্রে; খল্লকই, -'মঙাও থীনা ঙাওরেদা! নুপা ওইনা পোক্কদবা মীবু নুপী ওইনা পোক্লেদো! অসুক নীংথিজরবা নৌরবা শক অসীনা অসুক অঙাওবা পূকচেল চেনগনি হায়না থাজরমদেদা! ঙাওরবসু ঙাওসনানি। অদুবু হন্দক্কী মপোক অসিদা মাগী থৌজানগী মরীক খজিক্তং ফংদুনা, নুংশিগী মৈনা চাক্লবা ঐগী থম্মোয় অসি ঈংগনি হায়বা থাজদ্রে,

অদুমকপু মানা চেল্লমদাইদা নুংশিবগী মীৎয়েংনা য়েংদুনা নোক্লম্মী। অদুনা মানা ইনুং- নুংশিদবদি নত্তবা মাল্লে' অসি হায়দুনা মাগী পৃকচেল ফাজিনবা হৌরক্লে। নুংশিবনা ঙ্গওরবা মীগী পৃকচেন্দি অসুম তৌবা মাল্লে। শাউনা ঙাংলে নুংশিরে, থীনা ঙাংলে নুংশিরে - ফজনা ঙাংলে হেন্না নুংশিরে! ও: অঙকপনিদা!

নুপীমচা অসি মমাংঙৈদা চীংয়াগী লৈকোন্দা উরীরৈগা লোয়ননা লৈ থিরম্বী মাধবী কৌবী নুপীমচা অদুনি অমসুং পাখঙ অসি ধীরেনগা ক্লাস অমত্তদা তম্মিন্নবা ছাত্রনি। মমীং ধীরেন্দ্রসিংহ কৌই। মখোয় অনী অসি মমাংঙৈদগী হৌনা নুংশিনরকই তৌইগুম্বসুং নুপীমচা ওইবগী হৌনশা নুংশিরবমক্তদা নুংশিদবা শাশিন্নরি। 'নুংশিবা' হায়বা লাই অসিবু অসুমতৌনা লৌনম তৌদুনা উৎ চাইবদা মানসু মরক মরক্তা লম্মন খুমদনা তোক্তে। মমাংঙৈদা খম্বদা থোইবীগী নুংশিবগী চাং য়েংবদা মখোয় অনীমক নহা ওইনা মথল্লাই থাখি। চহী খরগী মমাঙদা নীংথেম মচা অমসু মহাক্কী চান্নথোইবীগী পৃকচেল য়েংবদা চান্নথোইবী অদু মথল্লায় থাখি। অসিগুম্বা খৃদম মরক মরক্তা ফংই। অওইবমক্তি মাধবীনা ধীরেনবু মাগী থম্মোয়দা চেৎনা কোনশিন্দুনা থমখ্রে।

# অৱাবগী পাউ

খঙহন্নীংদবা থবক, তাহন্নীংদবা পাউ, উহন্নীংদবা পোৎ হায়বা অসি মতমকুইনা খক থূগ্নুনা থম্বা য়াদে। থোইদোক্লসু লাইরিক তন্লিবা ছাত্রশিংনা অহল- লমনগী মমীত্তা উৎ চাইদুনা লাইখুরুম্বা চৎশিন্নদুনা অরেম্বদা কোয়বা, মমান্নবগা লাইরিক ঔরাইমিন্নবা শাদুনা ৱাচোই ঙাংবা অসি পূম্নমক থুনা ফারকই। বীরেনগীসু মদুমক থোকখ্রে। মাগী লমচৎ, ৱারী পূম্নমক মাগী পাবুংগী নাকোং য়ৌখ্রে, মরম অসিনা মাগী পাবুংনা চিংনরদুনা বীরেনগী লমচৎ মুন্না য়েংবা হৌরক্লে। লাইরিক ঔরাইফম শঙদা চঙদুনা য়েংবদা লাইরিক অয়াম্বা কোকফাই কাদুনা লৈবা উরে। বীজগনিত, পাটিগণিতনচিংবা লাইরিক খরনা টেবল মখাদা তাদুনা লৈরে। শকুন্তলা, কাদম্বরী, সেক্সপিয়ারগী দ্রামানচিংবা লাইরিক খরদি মাগী মোন মখাদা চেকশিন্না থম্বা উই। মাগী নোটবুক্কী মচি- মচি খূদিংদা প্রনয়সঙ্গীতকী কবিতা মচা মচা য়াম্না ইদুনা লৈ। পরীক্ষাদা চহী খূদিংগী মকোক ওইদুনা ফাষ্ট প্রাইজ ফংলম্বা অদু হন্দক্তি ফংখিদ্রে। মমাংঙৈদদি মাগী লাইরিকশঙদা লাইরিক তমদবা মমান্নবা অমত্তং চঙবদা য়াম্না শাউরমই। হৌজিক্তি মদুগুম্বা মীতা লাক্লগা তরাম তরাম্না কৌশিনবা উই। চাকশঙদসু মাগী শরুক পুখমগী চাক অদু চখোম অমা অনী হূক্লগা ঈশিং খর থক্কুনা হেক মতোকখি। পূম্নমক অসি য়েংদুনা স্নাখ্না অসিনা বীরেনগী লমচৎ হোংলে হায়বা খঙলে অমসুং অথাপ্পা মীরৈবাক্তা থাদ্রবদি বীরেন অসি মহৈ মপূং ফাদনা লমখাঙদা মাঙবা তারে হায়না খঁনখ্রে।

নোংমা বীরেন্না মাগী লাইরিকশঙদা মথন্নতা ফমদুনা হূরানবগুম্না তুং হন্না হন্না য়েংদুনা উরীরৈদা পীনবা চিঠি অমা ইনবা লাক্লরি, মতম অদুমক্তা

মাগী পাবুং খণ্ডহৌদনা চঙলক্কুনা হংলকই - 'করি ইরি?" বীরেন্না - "ঐগী মরুপ অমা কলিকতাগী প্রসিডেন্সি কলেজদা তল্লি, মঙোন্দা চিঠি অমত্তং ইগে তৌরিবনি" হায়না খুমই। মপাবুংনা তাঞ্জা ফংলদুনা "য়াম্না ফরে, প্রসিডেন্সি কলেজদা নঙগী মরুপ লৈ হায়বা, নঙসু হয়েংমক কলিকতাদা চৎলো মফম অদুদা লাইরিক তম্বা তারে, থৌরাং পূম্নমক লোইরো"। অসি হায়রম্লগা থুনা মপান থোকখ্রে। ব্রা অদু হেক তাবদা বীরেন অদু মকোক উরু- রু লৈখ্রে। ফননবা হায়দুনা খুম্লুবা পাউখুম অদু হীগায়ব্রা ওইখ্রে। মথন্নতা ফম্বা ঙমদ্রদুনা মফম অদুদগী চখোকখ্রে।

# খাইনবা

"মচা ফাখ্রবী শজি অমোম্না
মৈচাক খাঙবগুম চেন- চোংদুনা
উনাথক্তা তা'গুম অহিং লীক্লানা
পি শিন্থরি, মৈচাক খাঙলি ওন্ন- থোইনা।"

কালেনগী পূর্ণিমা য়ৌরক্লে। মরক মরক্তা নোং চুদুনা পুখ্রী, খোংবাল পাৎনচিংবা ঈশিং তুংফম পূম্নমক ঈশিংনা চাংজৌ মান্ননা লৈবা হৌরক্লে। থরো থম্বালনচিংবা ঈশিংগী লৈ খিবিক মরক মরক্তা শাৎকায়বা হৌরক্লে। উরীরৈ, লৈহাউ, নাগেশ্বর, মাল্লিকানচিংবা কংফালগী লৈ খিবিক্লা, লৈকোন্দা, শূমাঙ ময়াদা, শম্বন্দা মনীংথুংনা শাংগা হৌরক্লে। নুংথিলগী নুংশা মৈচাক পূম্নমক কোকহন্দুনা অহিংদা থানা ঈংলবা মঙাল পীবা হৌরক্লে। অনৌবা উনা য়েন্নিং হুল্লকপনা মনা পৃংলবা উপাল, মকাফন্না শাৎকায়রবা লৈ- শূ, ঈশিংনা চাংজৌ মান্নরবা পুখ্রী, পাৎ, তুরেল - অসি পূম্নমক থাগী থাবন্না য়েদুনা ইঙৌ ঙৌখ্রে। লৈনম পুরবা লিরি লিরি শীৎপা নুংশিৎনা মীওইবগী হকচাংদা য়েদুনা, নুংথিলগী নুংশা মৈচাক কোক্লখ্রে। থাবন্না চামথোক্লবা অশংবা উনাশিং অদু তপ্না শীৎলকপা নুংশিৎনা য়েবদা ইলংলংনা উখ্রে। অসিগুম্বা নুংঙাইরবা অহিংগী মতম অসিদা রাজকুমার বীরেন্দ্রসিংহনা মাগী মরুপ শশীগা লোয়নদুনা যুমদগী মপান থোরক্লে অমসুং মথংশিৎনা চৎখিদুনা উরীরৈখোয়গী থোঙ্গান্দা হায়জিনখ্রে।

শূমাঙ মতোন্দা মনা পৃংলবা মাল্লিকা পাম্বী অমা হৌরি। বীরেন অমসুং শশীনা ইমুং- মনুংদা হেক চঙশিনবদি ইকায়রদুনা লৈ হেকশিন্নবা শারদুনা

লৈপাল অদুগী মরুমদা লৈখ্রে। মতম অদুমক্তি উবীকৈসু ইমুং-মনুংগী থবক-থনা শূবকপদগী, হূমাং শৌরদুনা হকচীক লাংগে হায়বগীদমক হূমাই মচা অমা পায়বদুনা মপান্দা হেক থোবকই। থাবন্দা মাল্লিকানা ইঙৌ-ঙৌনা শাৎপা অদু উরদুনা লৈ হেক্কে হায়না লৈখোং তান্না চঙশিনখ্রে। বীবেন অমসুং শশী - মখোয় অনীসু ইমুং-মনুংদগী কনাগুম্বা মী অমা থোবক্লে হায়বা খঙলদুনা লৈখোংদা পিশক পীক্লা থূপচিনখ্রে। উবীরৈনা লৈ মথং মথং হেক্লকপদগী লৈখোংদা মী খরা লোত্তুনা লৈবে হাযবা খঙলবদা কিদুনা মযুমদা চেনশিনগে হায়না মমায় হেক ওল্লকপমক্তদা বীরেন্না ফূক হেক হৌগৎলক্তুনা "তপথবিয়ু তপথবিয়ু হাক্লা ফিংবিগনু" হাযদুনা উবীবৈগী খুজেং তাপ পায়খ্রে। হন্না যেংলকপদা বীবেন ওইবল্লবদা খঙহৌদনা নুংঙাইবগী চাং হেনমনখিবনা হূমাং মরীক মরীক শৌখ্রবী উরীবৈ ব্রা ঙাংথোকপা ঙমখিদ্রে। অমহিক্তি নুংশিনববা শাবী শানৌ হায়বা অসি উনদ্রিবৈঙগী মতমদা ব্রা অসি অসি হায়গে খনবা অদু উনববা মতমদা হাযদোকপা ঙমদবনা, অমদি অদুগুম্বা অচীকপা মতমদা বীবেনবু উগনি হায়বা থাজদবদগী শেম-শাদুনা লৈহৌদবনা থোইদোক্লা মযুম হায়বা অসি নুপীমচা ওইবীশিংগী ইকায়ফম ওইবা মবমদগী উবীবৈ মক লূকথদুনা তূমিন্না লৈখ্রে। বীবেনসু তুমিন্না লৈখ্রে; শশীনসু ঙাংথোরকপা লৈখিদ্রে। মতম খরদং মফম অদু উনমুক চীকখবে। মাল্লিকাদা লৈহী চূপ্পম্বা খোইমু অমা নোক্লীংবনা খাঙবা ঙমদ্রবগুম্না ঙ্গুং ঙ্গুং ঙংদুনা পাইথোকখ্রে। নুংশিৎনা তপ্না তপ্না শীৎলকপদা উনাশিং অদু অমগা অমগা থেংনদুনা খূবাক খূদুনা নোকপগুম তৌখ্রে। থরন্মিচাকশিংনা অমগা অমগা মমীৎ খৎনবগুম্না তগুপ তগুপ্না থোকখ্রে, অদু ফাওবদা উরীরৈ মমায় হঙ্গৎখিদ্রে। বীরেন্না তপ্না তপ্না হায়বা হৌরকই, "ইবেম্মা ওস্থোক্লা থুনা কাউবীখ্রেদা। বারুণী খুকম্বদা উনখিবা, হৈবোকচীংগী লৈকোন্দা হায়নখিবা অমসুং উনখিবা পূম্নমক নুমিৎ থরদংগী মনুংদা কাউবীখ্রবোই। অসুক থুনা কাউবীরমগনি খঙলম্লবদি মরেম্বদা নুংশি-ব্রাখল তৌদুনা হকচাং মাঙহল্লম্লোইদবনি।" ব্রা অসি

তারবদা উরীরৈগী পূক্লিংদা শোক্লদুনা তপ্না তপ্না খুন্নকই, - "করম্বা মতমদা অমুক্তং লেংবিরক্কদগে হায়না ঙাইজরিবী ঐহাক্লি, ব্রা ঙাংথোকপা হৈজদদুনা তূমিন্না লৈজবতনি" অসি হায়দুনা মরু লূকথদুনা খোঙবীনা লৈপাক্তা তকপা হৌরক্লে। অদু তারবদা শশী কুমারসিংহ (খ্বাইনা কৌবা মিংদি - শশী)না হায়রকই, - "ইবেম্মনা ব্রা ঙাংবা হৈতে হায়বগী সাক্ষী ঐ লৈ - হৈবোকচীংগী লৈকোন্দা অহানবা বীরেনগা উনবদা ব্রা অমত্তা ঙাংথোকখিদমাল্লে।" অসি তারবদা অমুক হেন্না ইকায়খ্রদুনা হান্নদগী হেন্না মরু লূকথখ্রে। উরীরৈগী মতেং পাংবীনবা অমা লৈরমদুনা "ময়ুমদদি নুপীমচাশিংদি মরোল থোক্তে" হায়না খুম্বীরবদি মতীকচাবা পাউখুম ওইগদবনি। হৈবোকচীংগী লৈকোন্দদি উরীরৈগী মতা অমসু য়াওরমই - বীরেন্না মথন্নতা মঙায়রম্মী, হৌজিক্তি বীরেন্না মরুপ অমগা লোয়নরক্লে, উরীরৈনা মথন্নতা মঙায়রে মরম অসিনা ইকায়থীবী উরীরৈগী ইকায়বা অসুক য়াম্না হেনখিবনি হায়বা অসি উরীরৈনসু হায়দোকপা ঙমখিদ্রে, - বীরেন অমসুং শশীনসু খঙখিদ্রে। বীরেন্না মাবু কাউরে, থৌওইদ্রে অমসুং ভুবনগা নুংশিনরম্বা য়ারে হায়না খন্দুনা মপূক্লিংদা থোইদোক্লা নুংঙাইতবা পোকখি। বীরেন্না হায়রকই, - 'ইবেম্মনা কাউবু কাউবিরবসু কাউবু কাউবীদ্রবসু হায়নখিবা মতুংইন্না করিগুম্বা ব্রা খরদং নীংশিংজগে হায়দুনা লাকচরি, - হয়েংদগী হৌনা ঐহাক মীরৈবাক্তা চত্তুনা চহী মঙা তরুক লৈরুবা তারে, - ঐনা হল্লকপা মতমদা ইবেম্মবু য়ুম অসিদা অমুক হন্না উবা ফংজগনি হায়বা কয়া থাজদে; অদুম ওইনমক লাইবকথীবা ঐবু করিগুম্বা মতমদা নীংশিংবরিক্লবদি, থেঙখ্রবা অহিংদা পুখ্রী মপান্দা হৌরিবা লৈহাউ পাম্বী অসিদা তোংদুনা খোংবা কোকিল অদু ঐনি হায়না নীংবিয়ু।" "হয়েংদগী হৌনা মীরৈবাক্তা চৎলনি" হায়বা ব্রা অসি তারবদা ব্রাখিবনা নুংশামপী ফুয়না হোন্দুনা করিগুম্বা ব্রা খরদং হায়জগে হায়না হেক তৌরকপদা ইমুংদগী মমানা "উরীরৈ" "উরীরৈ" হায়না তোয়না তোয়না কৌশিল্লক্লে। বীরেন অমসুং শশীসু থুনা চৎখ্রে। উরীরৈ অদু বীরেনবু খাম্বসু

নংহৌদ্রে। খাইনমৈচাক্লা লকানুংদা চাকশিল্লক্কুনা মথন্নতা তঙক তঙক য়েংদুনা লৈহৌরে।

মমানা তোয়না তোয়না কৌশিল্লকপনা চঙদবা য়াদ্রদুনা, মীৎলুদগী শিন্থরকপা পিনা চোৎলবা চায়রুং অনী অদু মমাবু খঙহন্নীংদবনা হন্না হন্না তকথোকপদগী পোম্লবী উরীরে অদু ইমুং- মনুংদা চঙখ্রে। "থেঙলক্লে চাক থোংলুরো" হায়বা মমাগী ৱা তারবদা থুনা- য়াঙনা চাক থোংদুনা লোইখ্রে। মমানা মহৌশানা মচাগা চাক চামিন্নে, অদু নক্ত্রবদি মথন্নতা খক চাদে মরম অসিনা উরীরৈবু কৌশিল্লক্লে, চাক্লুক মপান্দা ফল্লে হায়বা মদু মঙায়রে, চাখোম অমত্তসু নীংথিনা হূকখিদ্রে। অমত্তা পোকপী মচাগী মতৌ উবদা মপা মমা অনীমক মথৱায় ৱাখ্রে। মখল মখা অয়াম্বা অহাও- অথুমনচিংবা পুথোক্কুনা পীবা "হকচাং ঙমদে" হায়দুনা য়াতোন তংখিদ্রে। "হকচাং ঙমদে" হায়বা ৱা অসি তারবদা নুমিৎ থা য়েংবগুম্না য়েংজদুনা লৈরিবা মচানীনা মপা মমা অনীমক মথৱায়দা ঙমখৈ লৈতনা ৱাখ্রে। মপা মমা অনীমক্লা মচাগী নাকল অমমমদা ফমদুনা হুমাই হুম্বা অমসুং হকচাং নোইবনচিংবা হৌরক্লে। হকচাং নোইবা অসিনদি কোকপা ঙম্বা লাইথুং নত্তে হায়বা মপা মমানা খঙখিদ্রে। উরীরৈনা "মসিনদি ঐহাক অচীকপদা পাম্মুবগী ৱাখল তৌবা য়াররোই" হায়না খন্দুনা "হকচাং খরা নুংঙাইরে ঐগী ফমুংদা তুম্লুরগে" হায়দুনা ফুক হৌগত্তুনা মাগী ফমুংদা কাখৎখ্রে। মপা মমা অনীমকসু ফদ- ফরবোই নীংদুনা মহে মহৈ তূম্নখ্রে।

অহিং নোংশোইবা উরীরৈ অমুক্তা মীৎ উইশিনখিদ্রে - খল্লকই, "নুপীমচা ওইবা ওস্থোক্লা তোল্লিদা! করম্বা কান্দা অমুক্তং উনবা ফংগদগে হায়না নীংঙম্বা মী অদু মখোঙনা থোংনা লাকদা, পূক্লিংনা নীংবা ৱা অমত্তসু হায়দোকপা ঙমহৌদে। হৌজিক্তি অমুকহন্না উনবা ফংলরোই, - মতুংইনসি হায়রবসু পাঙ্গল শোনবী ওইবনা ঙমদ্রেদো! পাম্মুবনা খনখিবা ৱাখল- মতা অদুনদি মীরৈবাক্তা লৈরিঙৈদা লাইবকথীবী ঐবু কাউবিরগনি হায়বা অসিদা চিংনবা লৈতে। ইকায়থীবা! নহাক অসি ওস্থোক্লা তমথিদা।

মীনদি ইকায়থীবা নঙবু নুপীমচা ওইবীশিংগী লৈতেংনি হায়নৈ, - ঐগী থম্মোয়দা ৱামৈ চাকপগুম্না চাক্লিবা অৱাবা অসিগী মরমদি ইকায়বা নঙনিকো! ৱাখল পূম্নমক অসি তৌনা মীত্তগী শিন্থরকপা পিনা মোন অদু পূমচোৎ চোৎখ্রে, - ফমুং অদু তিংখংগী মথক্তা হীপ্পগুম্না নুংঙাইখিদ্রে! নুংশি মৈচাক্লা অসুম অসুম হেঙ্গৎলক্তুনা ফমুংদা ফম্লে; খল্লু- খল্লুবদা মীকুপ অমত্তং পোত্থাফম লৈখিদ্রদুনা করিগুম্বা মাল্লিকা মখোঙদা লৈরমখিগদ্রা হায়না থোঙগী পৌরোন তূমিন্না হাংদোক্তুনা থেঙখ্রবা অহিং অদুদা মপান থোক্লক্লে। মতম অদু ফাওবা থাবন্না ইঙাল ঙাল্লম্লি, - মায়কৈ মরিমক্তদি উনমুক চীকখ্রে। উরীরৈনা থুনা- য়াঙনা মাল্লিকা মখোঙদা চঙশিনখ্রে তৌইগুম্বসুং বীরেন্দি লৈরমদ্রে। ইহাঙ- হাঙবা মাল্লিকা মখোঙ অদু উরবদা, নুংশি মৈচাক্লা হেঞ্জিল্লক্তুনা হায়রকই, - "হে মাল্লিকা! নহাক অসি ওম্থোক্লা নুংশিহৈতেদা! ঐনা পঙদুনা ইকায়থীদুনা পাম্মুববু পুনবা ঙমহৌদ্রবসু নঙদি করি তৌদুনা লৈহৌবগে? ঐনা নুমিৎ খুদিংগী ঈশিং চাইবা অমসুং নখোঙ ৱাইতৈবগী তৌবীমল অসিরা? হে মালংবা! অরেম্বদা, নারক্তা শাৎচবা লৈগী লৈনম পুদুনা শীৎলিবোই! লাইবকথীবী ঐগী অৱাবা পাউ পুদুনা পাম্মুবগী মফমদা অমুক্তসু শীৎলুবা!"

অসি হায়দুনা উরীরৈনা লৈমায়থক্তা ওন্ন- থোইনা লৈরম্বদগী লৌশিং তারক্তুনা করিগুম্বা মপা মমানা খঙখ্রবদি হায়না হেক খল্লকপদা অৱাবা খরদং কোক্তুনা ইমুংদা অমুক চঙশিনখ্রে। ইকায়বা! নঙগী পাঙ্গল অসিসু কল্লীদা! নিদ্রা কৌবী লাইরেম্বীনা মীকুপ অমত্তবু পোত্থাহনবা ঙমদ্রবা অৱাবা অসে ইকায়বা নঙনা ময়েং তাহল্লেকো। উরীরৈনা অমুক খল্লকই- নোংতবু হেক ঙাল্লবদি নুপীমচা ওইবগী ইকায়বা পূম্নমক হুন্দোক্তুনা পাম্মুববু অমুক্তং য়েংজহৌগে! আশা অসি তৌদুনা নোংঙানবা ঙাইরক্লে। ফরে, ইকায়বা নহাক্কা নুংশি মৈচাক্কা নখোয় অনীগী মরক্তা কনানা পাঙ্গল কনবগে ঐখোয়সু য়েংহৌরসি।

## নুঙ অনীগী মরক্তা হা

মীচীক মীরাওখোল তাখিদ্রবা
উচেক- ৱায়ামক্লসু খোংখিদ্রবা,
উমং, উখোং- ৱাখোং নাক্তা ফমদুনা,
চীংনুংগী তাম্না মানবী খোঞ্জেন্না,
মথন্নতা অৱাবগী ঈশৈ শকচরি।

মতমগী ঈচেল ওস্থোক্লা কল্লীদা! অকনবা নুংশিৎকী পাঙ্গল চীংনা থৎপা ঙমই, অচৌ অচৌবা তুরেলগী ইথিন- ইরৈ সমুদ্রনা থৎপা ঙমই - মতমগী ঈচেলবু থৎপীনবা কনা লৈবগে? করম্বা হিমালয় করম্বা সোরারেন, করম্বা রাবণ নিংথৌনা মতমবু ঙাইহাক্তং থিংদুনা থম্বা ঙমখিবগে? অচৌ অচৌবা নিংথৌরেনশিংগী অচৌবা বৈভব, মতীক-মগুণ য়েংনা য়েংনা মতমগী ঈচেল চেনখি, - ঙাইহাক্তং লেপ্তুনা লৈরমদে, লাইরবা অৱা- অনংবা মীশিংগী অৱাবা মতৌ য়েংনা য়েংনা চেনখি। মপুরোইবা খাইনরবা, মচা- মশু কায়নরবা মীশিংগী তেংথাবা ৱাহৈ তানা তানা চেনখি ঙাইহাক্তংবু হন্না য়েংলমদে। অচৌবা কোনুং কয়া, ফূরা দলান কয়া, হৈকোল- লৈকোল কয়া মতমগী ঈচেন্না থুগাইদুনা তাউহনখ্রবা! উজ্জয়িণী, হস্তিনা কয়া মতমগী ঈচেন্দা তাউখ্রে, কালিদাস ভবভুতি কয়া মতমগী ঈচেল মনুংদা লূপখরে, - অসুক য়াম্বা চীংজাও, কোনুং, উ- ৱা, শা- ঙা, মীওইবা লোইনমক নোংমদি মতমগী ঈচেন্দা তাউথরগদবা ঙাক্তনি।

মতৌ অসুম্না মতম্না কনাবুসু ঙাইদে, - অৱাবগী ৱানা হৌখি নুংঙাইবগী নুংঙাইনা হৌখি। উরীরৈগীসু অৱাবগী অহিং অসি হৌখিদুনা

নোংঙালক্লে। নোংপোকথংবা অতিয়া অসি ঙাঙ্কানবা মচুনা লৈতেংহন্দুনা নুমিৎনা অশংবা চীংগী মরুমদগী হুন্দোরক্লে। উচেক-ৱায়া খোংলক্লে। ঙানু পরেং পরেং পাইরক্লে। চীংনুংদগী শজী-শঙাই তমদা চেন্থরক্লে ঙরাংতা পোমহৌরিবা লৈশূ হৌজিক্তি মকাফন্না শাৎকায়রে। ঙরাং মশক উরমদবা লৈপাক্লে হৌজিক্তি লৈমায়থক্তা নেম্না শাৎকায়রে। জীব পূম্নমক্না পূক্লিং মকালামইবা অমসুং মহৌশাগী নীংথির্জবা অসি উদুনা মীওইবগী পূক্লিংসু য়াম্না নুংঙাই,- অদুদসু নত্তনা অয়ুক অঙনবদা উরী-ৱারীগী অনৌবা ময়োল চোংবগুম্না মীওইবগী পূক্লিংদসু অনৌবা আশাগী ময়োল চোংই - অদুগুম্বা আশাগী ময়োলগা লোয়ননা উরীরৈ ফমুংদগী য়াহৌরক্লে।

উরীরৈনা হৌগৎলকপা উরবদা মমানা হায়রকই - "ইচাদি মমীৎ মমায় ইপোম পোমইদুনা করি তৌরবগে?" মফম অসিদা উরীরৈনা করি খুল্লক্কনি। "পাম্মুৰগীদমক ৱাবনা অহিং-নোংশোইবা কপ্তুনা লৈরুরে" অসুম্না খুন্নবদি অচুম্বা পাউখুম ওইগদবনি। নুংশি মৈচাক ফংই হায়দুনসু লুহোংদ্রিবী লৈশাবীশিংগী মরক্তা কয়ানা অসিগুম্বা পাউখুম খুম্বা ঙমখিবগে। উরীরৈসু পাউখুম অদু খুম্বা ঙমখিদে। মীনম্বা পাউখুমগী মরক্তা "হকচাং ঙমদে" হায়বা অসি নত্তনা অতৈ খুম্নিংঙাই লৈরমদে, তৌইগুম্বসুং মদুসু খুম্নিংদবা ওইখ্রে, মরম অসিনা তূমিন্না লৈবা নত্তনা উরীরৈগী উপায় অতৈ লৈখিদ্রে। হে ইকায়বা! নঙগী লাংনা কৃপ্পা হৌরক্লবোইদো।

অমরোমদা নুংশি মৈচাক্না উরীরৈগী লকানুংদা পোথাবা লৈতনা চাকপা হৌরক্লে। অয়ুক্কী মতম অসিদা বীরেন্না খোঙশানখিগদৌরিবনি, মতম অসি খজিক্তং হেনখ্রবদি অমুক উবা ফংলরোই অসি খল্লদুনা হকচাং ঈংবা অয়ুক্কী মতম ওইদুনসু হুমাং মরীক মরীক শৌখ্রে। চিংনবা হায়বা অসিনা ইকায়বগী মতেং পাংদুনা নুংশিনরবা শাবী শানৌশিংবু থোইদোক্না অৱাবদা তাহল্লি। নুংশিনদ্রিঙৈগী মতমদদি ইফোং-ফোংনা কৌবা ঙমই তরাম তরাম্না হে অমত্তং লৈ অমত্তং পীবা ঙমই। নুংশিনরবা মতুংদদি হেক

কৌগদবদা মীনা তাখ্রগব্রা হায়না চিংনরে। পোৎ অমত্তং পীগদবদা মীনা উখ্রগব্রা হায়না চিংনরে। মরম অসিনা উরীরৈগী পূক্লিংদা চিংনবা পোক্লদুনা খল্লকই, - "নুপীমচা ওইবা ঐনা করম্না ইথন্নতা চৎসিগে?" উরীরৈ খোঙ থাংদোকপা ঙমখিদ্রে। মতম অদুমক্তি মপা মমা অনীমক উরীরৈগী মনাক্তা অমত্তা লৈত্রে। তাঞ্জা ফংলদুনা নুংশিবগী ঈচেন্না ইকায়বগী পল নমথেক্তুনা - থোক্লরবা হায়বা অদুনি মচৎলগে" হায়দুনা খোঙ থাংদোরক্লে, লমজাওদা মী হঙ্গৎহন্দা চৎপা উরক্লে। অদু উরবদা খোঙথাং অমুক লেপখ্রে। লম্বী অহাঙবদা নুপীমচা ওইবা মহাক্না মথন্নতা লৈবা অদুসু অমুক চিংনরক্লে। উপায় লৈত্রদুনা হৈবোকচীংলোমদা মমায় ওনখ্রে। মতম অদুমক্তি বীরেন্নে ধীরেন্নে অমসুং থিন্দোরকপা মরুপ- মপাং ময়ামগা লোয়নদুনা যাত্রা তৌখ্রে।

হৈবোকচীং অসি মহৌশানা অচীকপা মফম অমনি। চীং অসিগী চীংদোন্দা কাখৎলদুনা মরুপ- মপাংগা লোয়ননা থাপ্না চৎলিংবা বীরেনবু চিংনা চিংনা য়েংজরকই। অতৎপা লৈতনা মীত্তগী পি শিন্থরকপনা বীরেনবু তশেংনা উবা ফংখিদ্রে - অদুগী মথক্তা লৈচিন-নোংফাইনা পানা কূপশিনখিবনা মশেন- মরাং উরক্লে। বীরেন্নদি অতৎপা লৈতবনিনা খরা খরা অসুম লাপথোকখ্রে। নুংশিবগী চেংলৌ শকফমবু শেংনা উদবা মরমদগী অৱাংবা চীংথক্তা কাখত্তুনমকসু খুনীং কাঙখৎলবী উরীরৈনা মীৎ কূপ্তুনা য়েংবা হৌরক্লে। য়েংনা য়েংনা বীরেন অদু অশংবা চীং অমগী চীংখোংঙ য়ৌখ্রে। উরীরৈ নুংশামপী ফুয়না হোল্লক্লে; মৈগী কুণ্ডদা চোংথবগুম্না ঙাইহাক্তং পোত্থাফম লৈখিদ্রে। উরীরৈ অদু পূক্লিংগী মৈচাক পুক্লুংদা ফুমদুনা থম্বা ঙমলক্ত্রে, খোঞ্জেল থোক্লা কপ্তুনা চীংমায়থক্তা ৱাস্থখ্রে। হে খাইনমৈচাক! অহিংনা থেংলক্লবা, মীনা চীক্লক্লবা, থাবন্না ফরক্লবা মতমদা অমদি লৈ- শূনা নীংথিনা শাৎকায়রবা লৈকোল মনুংদা অমদি মীচীক মীরাওখোল তাদ্রবা উমং মনুংদা নহাক্না নরৈ লীশিং অমা তমথোক্তুনা খাইনমৈচাক ফংলবা শাবী শানৌশিংগী থম্মোয় থুগাইদুনা ঈ চূপই; তৌইগুম্বসুং ইকায়বনা খুদুম চল্লিবা লমদমগী মনুংদদি নহাক্না চঙবা ঙমদে।

অচীকপা মফমদা উরীরৈবু ফংলদুনা খাইনমৈচাক নহাক্কা মাগী ঈ চূপ্লবোইদো।

হে ইকায়থীবা! মীনা যাম্না চিল্লবা মফমদা, ইকায়খুম্নবা মীশিংগা লৈমিন্নরিঙৈদা ইকায়বা নঙগী লাংনা মী অদুগী মমায়দা কূপশিল্লি, অচীকপা লমদমদদি ইকায়বা নঙনা চঙবা ঙমদে।

ঙাইহাক ব্রাম্বুরুরগা লৌশিং তারক্লদুনা উরীরৈনা অমুক হন্না বীরেনবু য়েংলকপদি উবা ফংখিদ্রে, লোইবী চীং অমনা নুংশি হৈত্রবা হিংচাবগী মতৌগুম্না নুংশিগী মীৎয়েং অদু থদত্তুনা বীরেনবু খঞ্জিনখ্রে।

অসাইমখৈ বীরেনসু থিন্দোরকপা মরুপ- মপাংগা লোয়ননা চৎমিন্নরম্মী। হৌজিক্তি মখোয় ময়ামসু লৈহৌরগে হায়দুনা বিদায় লৌনরক্লে বীরেন্দ্রসিংহগা ধীরেন্দ্রসিংহগা মখোয় অনীতা মঙায়হৌরে।

মথংশীংনা চৎশিল্লক্তুনা ছাত্র অনীসিনা মণিপুরগী ঙমখৈদা লৈরিবা অৱাংবা চীংগী চীংদোন্দা কাখত্তুনা পোক্লফম মরৈপাকপু অমুক্তং য়েংথরকই। অৱাংবদগী থাপ্না য়েংথরকপগী নুংশিবা দৃশ্যনে, মহৌশা মরৈবাক্তগী মপাল থোক্তবগী মরৈবাকপু নুংশিবনে, চীংথক অদুগী মক্টৌশাগী নুংশিবা দৃশ্যনে, পূম্নমক অসিগী মথক্তা মাগী মাগী থম্মোয়বু মরৈবাক্তা হুন্দোক্লম্বা অসিনা ছাত্র অনী অসিগী পূক্লিংদা ৬মখৈ লৈতনা অৱাবা পোকখি। "অসিনা কৈথেন্নি" "অসিনা তুরেন্নি" "অসিনা ঐগী লৈফম্নি" হায়দুনা মহৈ মহৈ খূদোনবী থিন্দুনা য়েংনরক্লে। অহানবদা বীরেন্না নোংমাইজিং উরুবদা উরীরৈগী মরমদা মহাক্লা ৱাখিবা পূম্নমক নীংশিংদুনা লমদম তাম্না লৈহৌরবী উরীরৈগীদমক মীত্তগী পি শিন্থখি। অদুদগী হৈবোকচীং উরকপা, পোকনফম কাঞ্চিপুর উরকপা অসিদা উরীরৈগী ৱাবগা লোয়না- লোয়ননা মণ্ডল মণ্ডল খল্লুবদা মীত্তগী শিন্থরকপা পিনা পূমচোৎ চোৎখ্রে। ধীরেন্না হংলকই - 'ইতাও ইবুংঙো, করম্বা অৱা- নুংশি য়াওদুনা নঙনা কপ্লিবগে?" বীরেন্না খুম্লকই, - "যুমগী অহল- লমন অমদি ইনাওশিং - পিশক পিশক হুন্দোক্লম্বা খল্লুবদা নুংশিদুনা কপ্লিবনি!" থাঙ্গৈশেংবমক্তি উরীরৈগীদমক বীরেনগী পি

তাখিবনি। ধীরেনগী পূক্লিংদসু ইকায়বা খরদং পোকখি।

অসুম তৌনা মথংশিংনা চৎখিদুনা ছাত্র অনী অসি কলিকাতা য়ৌখ্রে। মথৌ শূদ্রবা মীগী পুন্সি হায়বা অসি থোইদোক্লা অৱাবগী মশক্লি। থৱায় য়াওনা মাগী মথৌ শূদুনা পোত্থাবা লৈতবনা মী অদুগী পূক্লিংদা অৱাবা ৱাখন্না ইরায়- লায়না চঙলকপা ঙমদে। বীরেন অসি মমান্নবা ছাত্র অতৈদগী হেন্দুনা, মমীং চৎপা অফবা ছাত্র অমা ওইগে হায়না নীংবা মরমদগী মথৌদা ওনশিন্দুনা উরীরৈগী ৱা খরা কাউরক্লে। চৎলমদাইগী মতমদা উরীরৈগী ইকায়থীবনা অমদি বীরেন্না মাগী পূক্লিং খঙদবনা খরদং শাউখিবা অদুনা উরীরৈবু খরদং কাউবা ঙমখি। মরম অসিনা উরীরৈবু পূমকাউ কাউবা ঙমদ্রবসু নুংশি- মৈচাক অদু হান্নগুম্না কনখিদ্রে; মরূপ অনী অসি কলেজগী অরোইবা পরীক্ষা থাদ্রিমখে মরৈবাক্তা থোক্লনুসি লেপ্লখ্রে।

# য়েংথিনবা

কাঞ্চিপুরগী মনুংদা ইনাকখুনবা নুপা অমা লৈ, মাগী থাঙ্গৈশেংবা মমীংদি ধনঞ্জয়সিংহ কৌই, তৌইগুম্বসুং চুড়াকরণগী নুমিত্তা নাপিতনা মাগী মশম অদু মশীং থীদুনা য়েংবদা তরামরিতা মশুই অদুগা মকোক অদু "ব" চীন্দুম্বগুম্না চিথেক অহুম নাইদুনা মরাইবক্লোমদা তোঙলগা লূখল্লোমদা পাকই। মরম অসিনা মীনা মাবু "মশুং অহুম" হায়বা উপাধি অসি থোন্দুনা থোইদোক্লা ইকায়খুম্নে। ইনাকখুনবা নত্তনা নুপা অসিনা লোন্না তৌবা ঙমদবা থবকসু থোইদোকপা লৈতে। মীগী ময়ুম মৈ থাবা অহিংদা মনাই- মশল থাদুনা মীগী মরল- মথুম লুট তৌদুনা লৌবা অসি পূন্নমক মাগী মথৌনি। নুপা অসিগী মতীকচাবা মগুণ চেল্লবা মচানুপা অমসু লৈ। মাগী মমিং ভুবনচন্দ্রসিংহ কৌই; তৌইগুম্বসুং খ্বাইনদি মাবু 'ভুবন' অদুগা নুপীনহাশিংনা 'ফুবন' হায়না কৌনৈ। পাখং অসিবুসু মমাংঙৈদা নুপী চিংলিঙৈদা পাঠকশিংনা থেংনখ্রে, মরম অসিনা মাগী তৌবা ঙম্বা মগুণ পূন্নমক নীংথিনা বর্ণন তৌদ্রবসু পাঠকশিংনা খঙবীরগনি। মগুণ চেনবা মচা অসি পোক্লবা মতুংদা ধনঞ্জয়সিংহবু খ্বাইনা "ভুবন মপা" হায়না খঙনরক্লে।

ভুবন মপানা উরীরৈগী মশক ফজে হায়বা অসি তাদুনা অমসুং মচা ভুবন্না উরীরৈবু পাম্মী হায়বা অসি খঙলদুনা উরীরৈবু মমৌ ওইগে হায়দুনা, মপা মমাদা হায়রুই, তৌইগুম্বসুং মগুণ চেনবা মপা মচা অনী অসি কয়া শম্ননীংদদুনা উরীরৈগী মপা মমানা পীখিদ্রে। মদুগী শাউবনা ভুবন মপানা মখোয়বু মাঙননবা তৌরক্লে। য়াউশং ঙকয়া য়ৌশিল্লক্লবদা লোন্না মনাইশিং থাদুনা, মনাইশিং অদুনা য়াউশং কোয়বা নুপামচাশিংগী মরক্তা য়েপ্তুনা

অহিং থেঙজিল্লক্লবদা উরীরৈখোয়গী ময়ুমদা মৈ চুরুরে। মপা মমা অমসুং উরীরৈ মখোয় অহুম থৱায়দি উচিন- নাচিন্না হিংহৌই। তৌইগুম্বসুং য়ুম, শঙ্গোয়, শঙ্গোল, ফৌ- কৈ পূম্নমক্তি উৎ ওইনা তুমখ্রে। মদুদগী হৌদুনা উরীরৈগী ইমুং অসি নোংমা নোংমগী নংথখ্রে। মীগী শেল তোনবনা খ্বাং কোয়খ্রে। মমৈথঙদদি মখোয়না হৌদ্রিঙৈগী মমাঙদা শেল থৌবা মীনা হান্না লাক্লুনা হৌদোকপিররে। মরম অসিনা য়াম্না নুংঙাইত্রদুনা উরীরৈগী মপা অসি মীরৈবাক্তা শেল তানগে হায়দুনা চৎখ্রে। চহী অহুম্লোম ওইখ্রে মাগী করিগুম্বা পাউ অমত্তা তাবা লৈখিদ্রে। নোংমদি টেলিগ্রাম অমা লাক্লুনা উরীরৈগী মপা অসি লংফৈদা শিখ্রে হায়না খঙহল্লকই। মমা মচানা অৱাবগী মথক্তা অৱাবা পাউ তাবদা নোং খোংবগুম্না কপখ্রে। মখোয়গী খরদং লৈজবা পোৎ- চৈ কোল- লীক লোইনা য়োন্দুনা শোরাৎ শোনখ্রে। ভুবন মপা মচাগী নুংঙাইজবা লোইরে।

# উরীরৈগী আশা

আশাগী শুদ্ধৎনবগী পাঙ্গল অঙকপগী মশক্তি। থাউমৈগী মশক ওইরবা আশাগী মুৎলি- মুৎলিবা মঙাল অদু য়েংদুনা মীওইবনা অমম্বা সংসারগী লম্বেন্দা চৎনরিবনি। আশানা নোকমি নোকমি তৌদুনা মীওইবগী পূক্লিং শুদ্ধত্তবদি সংসার অসিদা মীওইবগী অৱাবা অসি য়াম্না হেনগদবনি। নুংশা মরক্তা লংফৈ চৎপশিংনা উনা উপূংবা উরুমদা পোথাদুনা অৱাবা খরদং হন্থবগুম্না সংসারদা হঙ্গৎ- হন্দা চৎলিবা জীবশিংনা আশাগী মরুমদা পোথাদুনা অৱা- অনা খরদং হন্থরিবনি। লাইরবনা থবৎ তৎলবা অয়ুক চাবগা নুংদাং চরা হেল্লবা, ফদি- ফরাতা শেত্তুনা লৈরিবা মী অসিসু মতম অমদা নুংঙাইরকখিগনি হায়না আশা তৌরি। অনাবগী মৈচাক্লা অহিং নুংখিল লাউ খোংদুনতা লৈবা শরূদা উনশীতনা কৃপ্লবা অনাবা অসিসু মপাঙ্গল কল্লকখিগনি হায়না আশা তৌরি, - মচা পোক্তদুনা মচাগী নোক- খেবা কৃম্মৈ উবা ফংদ্রবা নুপা নুপী অসিসু মচা পোক্লকখিগনি হায়না আশা তৌরি। আশা শম্বা অসি পাম্বীগী অনৌবা য়েনিঙগা অম্মানি। অমুক্তং থদংখ্রগা মদু মরু ফংনা মাঙখিদে, অতোপ্পা ময়োল অমা ইনৌ- নৌনা অমুক চোংলকই। অহানবগী ময়োল অদু অমুক্তং থদংলগা অদুম কংখিবা থোক্লবদি, নুংশিরবা মচা- মচা অদুতা য়েংদুনা মীওইবনা আশাগী লৈকোল কয়া কয়া শেম্নরিবা - অদুগুম্বা মচা অদুনা শিখিবদা মপা মমাগী থৱায় হিংবা ঙম্মোইদবনি। আশাগী অনৌবা ময়োল চোংলকপগী মতুংইন্না, মতমগী ঈচেন্দা অৱা- অনংবা ৱাখলগী শরুক খরদং তাউখিবা মরম্না মীওইবনা মতম কুইনা পূক্লিং ৱাদুনা লৈতে। অদুগুম্বা আশাগী মঙান্না শকুন্তলানা মপরোইবনা হুন্দোক্লবী, চঙজফম লৈত্রবী

ওইদুনসু, উমংগী উখোং- ব্রাখোঙ নাক্তা লৈদুনা মথৱায় হিংবা ঙমখি। চিন্তা দেবীনা মপুরোইবা লৈত্রিঙৈদা হী লল্লোনবনা ফাখিদুনসু করিগুম্বা মওং অমা ওইনা হিংবা ঙমখি, - সাবিত্রীনা শিরবা মপুরোইবু কোন্দুনা থমখি, - অদুগুম্না আশাগী মপান্না উরীরৈসু পূক্নিংগী মৈচাক পুক্কুংদা ফুমদুনা থম্বা ঙমখি অমসুং বীরেনবু অমুকহন্না উনখিগনি হায়না আশা তৌদুনা মথৱায় হিংদুনা লৈবা ঙমখি। শিদ্রিবা মখৈ মীওইবগী আশা অমুক কংবা নাইদে; শিবনা আশাগী ঙমখৈনি।

# কাঞ্চী কোকিল

"ৱারক্তা পানবা তয়াল্লা?
লৈখোক্তা য়েৎপা লিনখাল্লা?
অমুনবা হৈদা চঙবা তিল্লা?
অথেঙবদা খোংবা কোকিল্লা?"

নীংথিজরবা শারদ পূর্ণিমাগী অহিংনি। মপূংফারবা থাগী থাবন্না মালেম অসি অঙৌবা ফীজংগী মতৌগুম্না পূমকুপ কূপখ্রে। অরাপ্পদা লৈবা শংবানবা চীং- মান খিবিক লৈচিল- নোংফাইনা পা- না কূপখ্রে। অহিংগী মতম থেঙজিল্লক্লে। কাঞ্চীপুরগী য়ুম খূদিংমক্তা অহল- লমন, পাখং, লৈশাবী, নুপী, অঙাং পূম্নমক মহৈ মহৈ নুংঙাইনা তূম্নখ্রে। মফম খূদিংদা উনমুক চীকখ্রে। মরক মরক্তা উনা অকংবা কেল্লকপগী অমসুং য়াওল্লকপা উচেক- ৱায়ানা খঙহৌদনা খোংলকপগী খোঞ্জেল নত্তনা অতৈ করিগুম্বা খোঞ্জেল অমত্তা তাবা লৈখিদ্রে। অসুমতৌনা উচেক- ৱায়া খোংখিদ্রবা, উ- ৱা পূম্নমক চপ- লেপ্তুনা লৈখ্রবা, জীব পূম্নমক তূম্নখ্রবা, মীচীক মীরাওখোল তাখিদ্রবা অহিং অসিদা নুংশি মৈচাক ফংলবী উরীরৈদি শেগায়রবা খাংপোকশঙ অমগী মনুংদা ৱাচেৎকী ফমুং মথক্তা ফমদুনা মীৎলুদগী পি তবং তরং শিন্থুরি। থেঙলবা অহিং অদুদা, পাক চাউরবা অতিয়াদা থা কৌবা লাইনা চীক্লা মথন্নতা থোক্কুনা লাইবকথীবী অসিগীদমক অৱাবা ফোংদোক্লিমাল্লে! ফক্লাংগী অহোবদা থাগী মঙাল চঙদুনা পিনা চোৎলবা খজাই অনী অদু পূন্নং লংখ্রে। করম্বা মতমদা বীরেনবু উবা ফংগদগে হায়বা ৱাখল অসিদা লূপ্তুনা লৈখ্রে অমসুং মহাক্কী থম্মোয় লকানুংদা য়েক্কুনা

থমখ্রবা, "থেঙখ্রবা অহিংদা, পুখ্রী মপান্দা হৌরিবা লৈহাউ পাম্বী অসিদা তোংদুনা খোংবা কোকিল অদু ঐনি হায়না নীংবিয়ু" হায়বা বীরেনগী খাইনরমদাইগী অকোনবা ৱাহৈ অদু হন্না হন্না নীংশিংবা হৌরক্লে। কোকিল হায়বা অদু মপোকঙৈগী মশক উদ্রি; মখোল করম তৌবা মদুসু তাদ্রি, অদুম ওইনমক অখঙবা মীদা কোকিলগী ৱা হংজবদা মীনা তাকপিবা অদুগী মতুংইন্না মশক, মচু, মখোল হন্না হন্না মবূক্লিংদা খনবা হৌরক্লে অমসুং কোকিল হায়বা উচেক অদুবু মপূক্লিংদা য়াম্না নুংশিখি- কোকিলগী ৱারী শাবনা অৱা পোত্থানবা ওইরি। মপূক্লিংদা হন্না হন্না খনবা মরমদগী কোকিলগী শকফম, খোঞ্জেল মাগী থোপ্তা চঙখ্রে। মীৎ উইশিনবদা মমাঙদা হঙ্গৎ- হন্দা পাইবগুম নীংলে।

অসুম তৌনা কোকিলগী ৱাখন্দা মপূক্লিং লূপ্তুনা লৈরিঙৈগী মতমদা খঙহৌদনা, উনা অপূংবগী মরক্তগী চেক্লা অমনা মিরবা খোঞ্জেন্না "কুউ" হায়না খোংলকপগুম তারে। ইচীক হুল্লক্লবা থেঙলবা অহিং অদুদা খোঞ্জেল অদু পাকচাউরবা অতিয়াদা তিনখ্রে। অমুকহন্না খোম্থাং অমা হেঙ্গৎনা, উনা অপূংবা অদু পুম্নিল নিলহন্দুনা "কুউ" হায়না খোংলকপা তারে। খোঞ্জেল অদু হেক তাবদা হকচাং পূম্নমক তুচুংলদুনা ফম্লম্বদগী চপ- হেক লেপখৎলকই অমসুং "করি উচেক্লো অহিং অসিদা ঐগী থম্মোয় থিঙ্গাইদুনা খোংলিবা অসিবো" হায়দুনা ফক্লাং অহোবদা মায়থোং থম্বাল অদু চেপ্লা য়েংথোরকই। হন্দকমুকসু পূক্লিংহূবা খোঞ্জেন্না "কুউ" হায়না খোঙলকপা তারে। উরীরৈ পূক্লিং তপথবা য়াখিদ্রে। নুপীমচা ওইবগী অকি- অখং হুন্দোক্তুনা মপান্দা চেম্থোক্লক্লে অমসুং কোকিল অদু হেক মফারগে হায়না খন্দুনা খোংলকপা মায়কৈ অদোমদা চেনশিনখ্রে। ওম্থোকপনি! অমুক হন্না খোংলকপা তাখিদ্রে।

বীরেনগী আত্মানা কোকিল ওইদুনা পাইরক্লব্রা নত্ত্রগা, উরীরৈগী ৱারবা থম্মোয় অদুদা করিগুম্বা চেক্লা অমনা খোংলকপবু কোকিলনি খনখ্রবনরা অমদি উরীরৈগী অৱাবমক্তবু হেঙ্গৎহনগে হায়দুনা করিগুম্ব

খঙবা ঙমদ্রবা নোংদম অমগী মতুংইন্না থাঙ্গৈশেংনা কোকিলমক পাইরক্লব্রা খঙদ্রে, খোঞ্জেল অদু তশেং তশেংনা “কুউ” হায়না উরীরৈনা তাখি। মতম অদুদা উরীরৈগী পূক্লিংদা খনখিবা অৱাবা ৱাখল অদু পূক্লিংদা পাল্লে, - লোলগী মপূং ফাদবনরা, মপূং ফারবসু মানা ইতেং পাংবীদবনরা খঙদ্রে উরীরৈগী অৱাবা অসি পূক্লিংদা পাল্লিবা অসিগা চপ- মান্নবা ফোংদোকপা ঙমদ্রে। মশাদি পান্দনা অতিয়াদা কোয়পাই পাইনীংবগুম্না, মমীৎ তাঙবনা প্রকৃতিগী ফজবা য়েংনিংবগুম্না লোল থোক্তবদা উরীরৈগী অৱাবা অদু ফোংদোক্কে লাক্লবা অরেম্বা থৌরাংনি।

থোঙ্গল মনাকমক্তা ময়ুংনা ঙম্বা চাউরবা পুখ্রী অমা লৈ। পুখ্রী অদুগী অকোয়বা মাইল মখায় অমরোম শাংই। পুখ্রী অদুগী মায়কৈ মরিমক্তা অচৌ অচৌবা উপাল হৌদুনা পুখ্রী অদু থোইদোক্না শূক্লা উরি। নোংচুপথংবা মপান্দা হৌবা অচৌবা লৈহাও পাম্বী অমগী অচৌবা মশা অমা পুখ্রীগী ময়ায়রোমদা শন্দোকখিদুনা মনাগী অরূম্বনা নেমথরক্তুনা ঈশিংগা শম্নরি। মীনা পুখ্রী অসিদা লাইরেন লৈ হায়নৈ।

খাইনমৈচাক্লা ঙাওরবী, নুংশিবগী ৱাখন্না খোঙথাং থীল্লবী অমহিক্তি কোকিল ফানীংবনা তনিক তনিক্লবা উরীরৈনা পুখ্রীগী মপাল য়ৌনা চঙশিনখ্রে। “পাম্মুবনা লৈহাউ পাম্বী অসিবু পূদোম্বীনা থিল্লম্মী” হায়দুনা অঙ্গৈংবা অহিং ওইদুনমকসু লৈহাউ পাম্বীগী মরুমদা ফল্লগা অৱা মৈচাক কোক্লব্রা হায়দুনা চঙশিনখিদুনা ফম্লুরে। তাঞ্জা অদুমক্তদা চেক্লা অদুনা লৈহাউ পাম্বগী মথক্তা ফুয়না ফুয়না ‘কুউ’ ‘কুউ’ হায়না খোঙ্গৎলক্লে মদু তারবদা উরীরৈনা মতম কুইনা মাঙখ্রবা বীরেনবু অমুকহন্না ফংবগুম নুংঙাইখ্রদুনা, থম্বৌমক্লসু তমজনবগী মশক ওইরবা, নৌরবা পাম্বোম অনী অদু থাঙ্গত্তুনা হায়রকই, - “লাউ লাউ কোকিল, অমুক্তদি পাইথরকউ, ঐগী পাপ চেল্লবা পাম্বোম অসিদা শগাইতোংগুম্না তোংদুনা ননীংতম্না খোংলো লাউ। ঐগী থম্মোয়না নঙবু কোনশিঞ্জরগা পাম্মুবগী মৈচাক মূৎচগে, নুংশিবগী সেবা ফংবা শকচগে। লাউ কোকিল, অমুক্তা

পাইথরকউ!” নুংশিহৈতবা চেক্লা অদুদি, মহাকমক্কী খোঞ্জেলদগীসু হেন্না মেঙলবা ৱাহৈনা পি মরীক মরীক্কা লোয়ননা হায়জরিবা ৱা অদু খক তাবা লৈতে। ময়া কাথোক্নুনা মনীংতম্না হন্না হন্না খোংলি। মতম খরা ঙাইরম্বদগী চেক্লা পাইথরকপা মরৈখিদ্রবদা, উরীরৈগী পূক্লিংদা চেক্লা অদু ফারগে হায়না নীংখ্রে! মপূক্লিং অদু নুংশিবগা নুংঙাইতবগা য়ান্নখ্রে। ঙমগনি ঙম্মোই ৱাখল ইতৌ তৌদনা লৈহাউ পাম্বী অদু কোম্দুনা কাখৎলক্লে। নুপীমচা ওইবনা, মহৈশানা উ কাবা হৈতদুনা অনীরক অহুন্নক নাম্থদুনা তারে - অদুফাওবা তোকপা লৈতে, মমৈথঙদদি মশা য়াম্না পানবা উপাল ওইবনা মথং মথং কাখৎখিদুনা উনা পূংবা মফম য়ৌখ্রে। মতম অদুফাওবা চেক্লা অদু খোংবা লেপত্রি: নীংবা থুংনা খোঞ্জেল ৱাংনা ৱাংনা খোংলি। পাঠক! শারদ থাবন্না মপূং ফারবদা, খাইনমৈচাক্লা ঙাওরবী উরীরৈ অসি অমুক্তা য়েংশিনবিয়ু। উপান্দা উরী য়েৎখ্রে। লৈহাউ পাম্বী অদু মতম নত্তনা লৈরোন শাৎখ্রে। কোকিল তোংখ্রে। মীকুপ অমগীদমক মফম অদু বসন্তনা থৌগল তৌখ্রে। কোকিল তোংলবা; মীকুপ অমগীদমক শাৎলরিবা লৈগা লোয়নরিবা উনাপূংবা উপালগী মমি পুখ্রী মনুংদা তাখ্রে! মীকুপ অমগীদমক নুংশিং লেপখ্রে। উ-ৱা পূন্নমক মীকুপ অমগী তুংদা থোক্লগদবা অৱাবা উরদুনা তূমিন তূমিন্না লেপখ্রে। থৱাম্নিচাক খিবিক্লা খাইনমৈচাক্কী খমথেংনা ৱাবা উদুনা তনিক তনিকখ্রে। থা কৌবা লাইনা অসিগুম্বা অৱাবা অসি য়েংহৈদ্রে হায়দুনা নোংচুপথংবা চীংগী মরুমদা হাইথরক্লে।

উরীরৈনা মথংশীংনা কাখৎলক্নুনা চেক্লা অদু ফারগে হায়না মখুৎ হেক তিংথোক্লকপমক্তদা চেক্লা অদু পাইথোকখিদুনা পুখ্রীরোমদা শন্দোকখ্রিবা উশা অদুগী মতোন্দা তোংলুরে। ফারনি হায়না নুংঙাইরম্বদগী চেক্লা অদু পাইথোকখ্রবদা উরীরৈগী পূক্লিংদা নীংবা কায়বা খিবিক্লা তিনখ্রে। লাকচৈদা হায়না খন্দুনা চীনবান মথক- মখা চীকখ্রে। অথোৎপা অমসুং অনৌবনা তিল্লবা শকফম অদু মীকুপ অমগী মনুংদা অশাওবগী শকফম পুখ্রে। ফৈ ফম্তে হায়বা লৌশিং মাঙখ্রে। চেক্লা তম্না, উশা মথক্তা মখুৎ

পূমথা থাদুনা পরপ পরপ চেনশিনখ্রে। হা ওম্থোকপনি! চেক্লাসু ফাবা ঙমদনা, খোঙফম নাম্থোকখিদুনা অরুবা পুখ্রী ময়ায়দা "ঝম" লাউনা তাখ্রে। ইপোমগা লোয়নরবা ঈথক্লা করিসু তৌনিংঙাই লৈত্রদুনা হন্না হন্না লৈরায়দা য়েবা হৌরক্লে।

# হূরানবা খূল্প

উরীরৈনা মপাল থোকখ্রবগী মতম খরদংগী তুংদা খদাংচেৎ লাকপা, ফিমু শেৎপা, মখুত্তা খুৎলায় পায়বা নুপা মঙা তরুক্কা, হান্না থোঙ হাংদুনা লৈরম্লবা উরীরৈগী ইমুংদা চঙশিনখ্রে। থাউমৈ থাঙ্গত্তুনা ইমুং- মনুংদা পোৎ- চৈ থিবা হৌরক্লে। মখোয়না মরুওইনা থিরক্লিবদি উরীরৈবুনি। ডাকুশিং অদুগী মরক্তা অমনা থাউমৈ পুশিন্দুনা ফমুংদা য়েংলকপদা ব্রাচেৎনা শাবা ফমুং অমগী মথক্তা, শেগায়রবা ফি অমত্তং শন্দোকচরদুনা চিন্তানা ময়াঙ কংলবী থম্বাল অদু তূমদুনা লৈরম্মী। ডাকুশিংনা 'মসিদি মমানি' হায়দুনা মফম অতৈদা থিবা হৌরক্লে। উরীরৈগী ফমুং থেংনরে; তৌইগুম্বসুং মফম অদুদা উরীরৈদি লৈরমদ্রে। মফম কদায়দা লোৎখ্রবনো, কাচিন- কোয়াদা থুম্মুক- তায়রুক্কা উপ্পা হায়দুনা কোয়থি- থিবা হৌরক্লে। উরীরৈবু মফংলক্রবদা মখোয়গী মরক্তা খরনা চঙশিন্দুনা তূমদুনা লৈজরিবা থম্বাল অদু মশম পায়দুনা চিংখৎলুরে অমসুং থম্বালনা ইফিং- ফিংলদুনা মমীৎ নোইর- নোইরদুনা হৌগৎলকপদা অকিবা শকফম অদু উরদুনা পাখৎখ্রে। ডাকুশিং অদুনা থম্বালবু হন্না হন্না ফৃদুনা 'নচা কদায়দা লোৎখ্রবগে' হায়দুনা হংলক্লে ফৃরকপগী চৈনাখোল অদুনা লাউ- খোংদুনা কপ্লক্লবদা, হূরানবা অনী অহুম্না ময়াদা ফীবুন নম্লক্লে অমসুং কপ্পা হেক তোকপদা 'নচা পীয়ু' হায়না হন্না হন্না লাউরক্লে। থম্বালনা খুম্লকই - "নখোয়গী খূয়াদা হন্না হন্না খুরুমজগে, ইমুং- মনুংগী অপাম্বা পোৎ- চৈ মখৈ লোইনা পুবিখো ঐগী উরীরৈদদি নখোয়না কনবিয়ু।" হূরানবশিংনা মদু তাবা লৈতনা হন্না হন্না ফৃদুনা উরীরৈতবু হংলবদা খুম্লকই - "নখোয়না ঐবু হাৎকে ঃ য়রবসু হাৎলু, উরীরৈতদি মাঙহনগনু।"

উরীরৈনা অথেঙবা অহিং অদুদা মপান থোকখিদুনা হূরানবশিং অদুগা থেংনহৌদ্রে হায়বা অসি থম্বান্না খঙদবা মরম্না মচা কনবিয়ু হায়দুনা নুংশিহৈতবা কাঙবু অদুদা হায়জরি; তৌইগুম্বসুং বলি কৎনবা, লাইমাঙদা চিংশিল্লক্লবা হামেঙনা কপ- লাউনা খোংদুনসু য়েংলিবা মীওইশিং অদুনা খক কনবিদবা, অহোইনদুম হরাওবা পোকপগুম্না, মহৌশানা তমথিরবা থবক্লা মশিল ওইরবা কাঙবুশিং অদুনা থম্বালগী কপ- লাউবা খোঞ্জেল তাবদা নুংশিবা পোকখিদে; অহোইননা মপূক্লিংদা কুম্মেগুম্না নীংখি। ফনা ফূদুনসু থম্বালনা উরীরৈগী ব্রা হায়দোকখিদ্রবদা থোক্লক্লে। ডাকুশিংনা মাবু ঈহিং- নাইহং শানা ফীবুল নম্লদুনা ইমুংদগী মপান থোক্লক্লে। হা ঈশ্বর, ইবুংঙো নঙগী তাইবংপান অসিদা অসুক য়াম্না নুংশিহৈতবা কয়া য়াম্না লৈরিবা! অসিগুম্বা অব্রাবা কয়ারক হন্না উখিগবা!

## লৌখৎপা

উরীরৈনা থেঙখ্রবা অহিংদা মপাল থোরক্কুনা কোকিল তান্নরকপা, মহাক্লা ঙাং- শক্লকপা ৱা, বীরেনগী মফমদা মহাক্লা কয়া নুংশিবা- অসি পূন্নমক য়েংদুনা অমসুং তাদুনা নুপা অমা লৈপলগী মরুমদা লৈরম্মী। উরীরৈনা কোকিল ফাগে হায়দুনা উথক্তা কাখ্রবদা, অমুক হন্না নুপা অদুগী মথৱায়দা নুংঙাইবা পোকখ্রে। উরীরৈনা হেক কূমথরকপদা 'নুপীনা উ কাবা হৈবী', 'নুপীনা অহিংদা কোয়বী', 'হেল্লোয় মানবী', অসিনচিংবা ৱা হায়দুনা লক্লগে অমসুং শাউহনগে হায়দুনা নুপা অদু শেমশাদুনা তূমিন্না লৈখ্রে। তৌইগুম্বসুং উরীরৈনা অমুক কূমথরক্তদুনা পুখ্রী ময়ায়দা তাখিবা উরবদা কুম্মৈ য়েংলম্বা নুপা অদু থুনা য়াংনা পুখ্রীদা চোংথখ্রে, অদুগা ঈরোইদুনা উরীরৈনা তাখ্রিবা মফম অদু ফাওবা চৎখ্রে। মতম অদুদদি উরীরৈ অদু ঈবাক্লদুনা ঈশিংদা লুফেৎ লুফেৎ তৌদুনা লৈরম্মী। পাখং অদুনা মখুৎ নাম্মনা উরীরৈগী মখুৎ অমা পায়রে, মখুৎ নাম্মনা ঈশিংদা হোত্তুনা উরীরৈবু চিংদুনা পুরক্লে। অসুম তৌনা কয়া কুইনবু চিংদুনা পুগদগে? লেপফংদনা লুখ্রবা অচৌবা পুখ্রীনি। ঙম্লক্ত্রে হায়দুনা ঙাইহাক্তং লেপ্পা য়াবা মফমসু নত্তে, মপাল য়ৌগদবসু য়াম্না ৱাৎলি। অহানবদা উরীরৈতা ঈশিং থকলম্মী হৌজিক্তি মখোয় অনীমক ঈশিং থকপা হৌরক্লে, অরেং খুদিংগী খরা খরা লূপথবা হৌরক্লে। নুপা অদুনা "শিরবসু শিখ্রগে, উরীরৈতদি থাদোক্লরোই" খন্দুনা খক থাদোকখিদ্রে। মমৈথংদা ঈশিং থকমনখিবনা মখোয় অনীমক লৌশিং মাঙলদুনা মহে মহে তাউনখ্রে। নুপা অসি অতৈ কনাসু নত্তে - বীরেনগী থাজরবা মরুপ শশীনি! মানা, বীরেন্না শিন্নরম্বা মতুংইন্না উরীরৈবু ঙাকশেন্দুনা লৈরক্লিবনি।

ডাকুশিং অদুনা উরীরৈ লোৎখ্রে হায়দুনা কোয়থি থিনরকপা পুখ্রীদা লুফেৎ লুফেৎ তৌদুনা ঈশিং থক্ল- থক্লদুনা মী অনী তাউবা অদু উই। ডাকুশিং অদুগী সর্দ্দারগী হুকুম মতুংইন্না ময়াম চঙদুনা, পুখ্রী মপান্দা তাদুনা লৈরম্বা উজাউ অমা পুখ্রী মনুংদা থাদরে, - মথং মথং কুমথরক্তুনা উজাউ অদুগী পাম্বৈনা মখোয় অনীবু লৌখৎখ্রে। কংফাল য়ৌরবদা মখোয় অনীগী মরক্তগী অমবুদি উরীরৈনি হায়না খঙলদুনা ডাকু অমনা হায়রকই, - 'লোৎফম ইলৈ- লৈত্রবগুম্না নিংথম্লবা অহিংদা পুখ্রী ময়ায়দা লোৎলুদুনা করি থোক্লবনো?" অমনা খুম্লকই - "নুপীমচা অসিদি করিসু খঙবা নত্তে, ফত্তবা লৌশিং হৌদোকপদি নুপা অসিনি অদুনা মাবু খরা নংহনবা থোকই" অসি হায়দুনা খদাংচেৎ অদু শশীদা লাকশীনবিরে, মানা শেৎলিবা ফি অদু শশীদা শেৎচীনবিরে অমসুং 'শিগে হায়রবসু শিজহৌরসনু' হায়দুনা শশীবু পুখ্রী মপান্দা হুন্দোক্লম্লে। উরীরৈবু পুদুনা কাঙ্কী উমংগী মনুংদা চঙশিনখ্রে অমসুং অকংবা উনাশিংনা খোমজিন্দুনা মৈ থাগত্তুনা মৈ য়াইহল্লে, - মখল মখা অয়াম্বা পাম্বৈ পুথোক্তুনা লাক্লরবগী মতুংদা উরীরৈ লৌশিং খরা খরা তারক্লে। উরীরৈনা লৌশিং তারক্লবা মতমদা, লায়রবী মমানা য়োক্তুনসু মথন্তা পোকপনা মহৌশানা কেথোক্লবী ওইদুনা অরা- অনা ফোংদোক্তুনা কপ্লাউদুনা য়েংথোরকপন্দা উরে মহাক্কী কেথোকফম ময়ুম অদু ওইরমদ্রে - অশোঙবা নারক- শীংলক ওইরম্লে, নাউথী শাফম মমা য়াওরমদ্রে, মওং থূপ্লবা হিংচা- য়াইতম্বা ঙাক্তনা ইকোয় কোয়শিল্লম্লে। করমতৌনা মফম অদুদা য়ৌরক্লিবনো হায়বা অদু নীংশিংবা থোকখিদ্রে। ডাকুশিং অদুগী মরক্তা মওং থূপ্লা য়াওরিবা ভুবনবু উরবদা, মাগী য়াথংদগী খুদোংথীবা অসি থোকহল্লিবনি খল্লদুনা, অকিবা পূম্নমক হুন্দোক্তুনা খোঙনা নেথৎলম্বা লিলগুম্না ফী ফী কাম্বা হৌরক্লে। ঙাইহাক শাউরুরগা - 'ঐগী হন্না য়েংবদা পাঙ্গল শোনবী ইমা নত্তনা কনাসু লৈত্রবীনি, শাউদুনা কান্নরোই" অসি খন্দুনা তপথবা হৌরক্লে অমসুং মাগী গুঙ্কৎপা অমেংবা খোঞ্জেন্না হংলকই, - "করি মরমগীদমক পাঙ্গল শোনবী ঐবু শোঙলবা নারক অসিদা

পুরক্লিবনো?" ভুবন্না খুল্লকই - "থম্বালমানবী ইবেম্মা, নঙনা ঈশিংদা তাদুনা লাইরেন্না লৌদুনা শিগদৌরবা মতমদা, ঐগী ইথৱায় শিবা পাম্মুদনা নঙবু লৌখত্তুনা হিংহল্লিবনি, হৌজিক্তি ঐগী ইরন-ইথুম, সনা-লুপা, ইনাই-ইশল নঙোন্দা লোইনা কখোক্লগে নুমিৎ খূদিংগী ঐগী প্রেমগী লৈ পরেংনা নঙোন্দা হুকচরগে মমাংঙৈদা শাউরম্বা পূম্নমক থাদোক্তুনা ঐবু নুংশিবীবো।" অদু তারবদা উরীরৈনা হায়রকই, - "তাদ ভুবন, ঐনা ঈশিংদা ঈরাক্লবা মতমদা লৌখৎপিদদুনা অদুম থৱায় থাহল্লম্লবদি, ঐগী অৱাবা পুন্সি অসি থুনা ককথৎপিবগীদমক, ঐগী আত্মানা নঙবু য়াম্না থাগৎলমগদবনি নত্ত্রগা ঐবু লৌখৎপিরগা লাইবকথীরবী ইমাদা শিন্নবিরম্লবদি, লাইরবী ইমা ইচানা করিসু লম্মনখুম্বা ঙমদ্রবসু ঈশ্বরগী খূয়াদা নঙগী মঙ্গলগীদমক প্রার্থনা তৌরমগদবনি; হৌজিক্তি ঐগী থম্মোয়তবু পামদুনা ঐবু লৌখৎপিরগা উমংদা পুশিল্লকপা অসিদি নুমিৎ- থা থোক্লিবমখৈদি ঐগী থম্মোয় ফংবা ঙম্লরোই; থুনা ঐবু থাদোকপিরো মিপাইথীববী ইমাগী মনাক্তা চৎচখ্রগে।" অদু তারবদা ভুবন্না অশাওবগা লোয়ননা হায়রকই, - "ঐনা হায়বা ৱা তূমিন্না যারবদি ফৈ, নত্ত্রবদি যাদ্রিবমখৈ নঙবু পুন্দুনা থমগনি, মখল মখা অয়াম্বা অৱাবা পীগনি। অদুগী মতুংদা নুংশাদা ফৌদুনা কংহনগনি, লাংজা, ক্লাক্লচিংবা মীশা চাবা উচেক্তা পীজগনি, হিংনা নউন খোক্তুনা ঐগী খোংউপ তূনগনি।" অদু তারবদা উরীরৈনা নোংশা অমোমগী মতৌগুম্না ঙংলদুনা হায়রকই, - "হূরানবা! নবুংঙো অমা লৈরি হায়বা খঙনা খঙনা করিগীদমক ঐবু ফারিবনো? শিগনি হায়না কিদুনা ঐগী পূকচেল হোংগনি খনবশারিব্রা? লৈখোক্তা য়েৎপা লিনখাক্লম্বা! অমূনবা হৈদা চঙবা তীলগুম্বা! নঙগী পূক্লিংদা থৌজাল হায়বা অদু মরীক অমত্তা পত্ত্রবোই! হূরানবা নঙনা থাঙ্গৈশেংবা প্রণয়ী অমা ওইরম্লবদি খঙগদবনি- নুংশিবগী মরীদা শিবা হায়বা অসিদি লৈগী দোলাই তোংবগুম্বনি। নঙনা নুপামচা থোক্লবদি ঐবু পুল্লিবা অসি থাদোক্তুনা থাঙ অমমম পায়নদুনা নুংশিবগী চাং য়েংনসি"। অসি তারবদা "পূকচেল

চুমদ্রি” হায়দুনা ভুবন্না ইঙ্গিত তৌবদা ডাকুশিং অদুনা উরীরৈবু মখোঙ মখুৎ পুনশিনখ্রে। উরীরৈনা উপায় অতৈ লৈরক্রবা মতম অদুদা ময়ুমদা লৈহৌরবী মমা অমসুং শিখ্রবা মপাবু কৌদুনা খোঞ্জেল ৱাংনা কপ্লক্লে অমসুং অরাবা পূম্নমকপু কোকহনবিবা শ্রীমধুসুদনগী নাম হন্না হন্না শোল্লক্লে।

মতম অদুমক্তদা লান্দা চোংথোক্লক্লবী ভৈরবীগী মশক মাল্লবী নুপী অমনা মশম- মনা ইফা ফারদুনা, মরৈ তমথোক্তুনা থাংশাং অমা মরেংবান্দা হাইগৎলদুনা, “ঙসিদি লৈরম্মু” হায়দুনা মায়কৈ অদোমদা পাইশিল্লক্লে। মহৌশানা মফম অদু হিয়াং অথৌবনা তম্নে হায়দুনা মীনা চঙনদে। ভুবনগী কাঙবু অদু হিয়াংঅথৌবা ফাওরক্লে হায়দুনা কায়দুনা চেন্নখ্রে। লাইরেম্বীগী মশক পুরবী নুপী অদুনা খুৎলৈ থুনা উরীরৈবু পুল্লিবা অদু থাদোক্লে অমসুং “উরীরৈ নঙ চয়োল অমা উমং অসিদা লৈদুনা লাই নীংউ; চয়োল অমা ফাবদা ঐ নঙগা অমুক উনগনি অমসুং নঙগী অৱাবা পূম্নমক কোক্কনি” অসি হায়রমদুনা, নোংথাং কৃপ্পগী মতৌগুম্না তুংগী আশা অমত্তং উহল্লমদুনা মফম খঙহৌদনা উমং মনুংদা মাঙখ্রে।

অসোমদা নোংঙাল্লক্লবদা উরীরৈগী মমানা অঙাওবীগী মতৌগুম্না চেম্থোরকপদা, ফিমু শেৎপা, খদাংচেৎ লাকপা নুপা অমা পুখ্রী মপান্দা হীপ্তুনা লৈবা উরদুনা ‘ইচা পীয়ু’ ‘ইচা পীয়ু’ হায়দুনা মনাক্তা ওম্থোইনা কপ্লুরে। শশীদি মতম অদুদা লৌশিং খরা খরা তারকপদা মঙায়রি; য়াম্না ৱানা হৌগত্তুনা ফম্লে। মহাক্না মথংশীৎনা- করম তৌনা উরীরৈনা অহিংদা মথম্তা থোরক্তুনা লৈহাউ কাবা অমসুং মদুদগী ঈশিংদা তাখিবা, করম্না মানা লৌখৎকে হোৎনবা, করম্না মখোয় অনী ঈরাক্লবা- পূম্নমক অদু তম্লে। অদুদগী করম তৌনা মানা পুখ্রী মপান্দা লৈরম্বা, করমতৌনা মাগী ফিজেৎ হোংলম্বা, উরীরৈ শিখ্রবা হিংলিব্রা করি অমত্তা খঙদ্রে হায়বা অসি তম্লে অমসুং থবক পূম্নমক অসি মঙোন্দা মঙগী মতৌগুম্না অমসুং হেলোয়না পুবগী মতৌগুম্না থোকখ্রে হায়বা অসি তম্লে। মী অমমম অনীনী লাক্তুনা মফমদু ক্রক ক্রক ইন্নবা হৌরক্লে। কোয়েৎ অঙাংবনা খোইরেন- মশা পাইবা

অদু মঙায়রে। শশীগী ব্বানা চুম্লবদি পুখ্রী মনুংদা উরীরৈগী মশা ফংগনি হায়দুনা থিনরকপদা ফংবা মরৈখিদ্রে। থোক্লিবা থবক অসি অতা- অতাবা মীনা পূমঙক ঙক্লখ্রে অমসুং কনানসু রহস্য অদু ফোংদোকপা ঙমখিদ্রে। পুলিস কর্ম্মচারীশিংনা শশীবু (উরীরৈ মমাগী জবান মতুংইন্না লৌদুনা) মীহাৎপশিংগী মরক্তা অমনি হায়না চিংনদুনা মীহাৎপা মী পুথোকপা ঙমদ্রিবমখৈ জেলদা থমখ্রে। ওস্তোকপনি! তাইবংপানবা অসিদি মরাল ইরৈ লৈতবা মীসু মরক মরক্তা অসুম তৌনা ইকায়বা অমসুং মায়থীবা ফংই! শশী অদু "ঐ মঙলাক্লরে, কদৌঙৈ মঙফাওনগবা" হায়না মুরুম মুরুম শোন্দুনা জেলদা চৎখি।

মরাইবকথীবা নুপা অসি অহিং অদুদা উরীরৈবু ফাগদৌরি হায়বা পাউ লোন্না তাদুনা করিগুম্বা কনবা ঙম্বা য়েংগে হায়দুনা অহিংদা লোন্না লাকপনি। পুলিস কর্ম্মচারীশিংগী লৌশিং থেনবা মরমদগী অরানবা মীদি ফাদ্রদুনা মরাল ইরৈ লৈতবা মীবু ফাদুনা কয়াদা ইকায়বা অমসুং অরূম্বা দণ্ডি পীরবনো!

# থম্বালগী অৱাবা

লাইবকথীবী থম্বালদি করম্না পালহৌরি? ঙমখে লৈতনা অৱাবদা তারবসু মপুরোইবা অমুক হল্লকখিনি খন্দুনা অৱাবা পূম্নমক নমথত্তুনা পাঞ্জরক্লিবনি, - অদুম ওইবা মপুরোইবা অদুসু মাবু হুন্দোকপিরমদুনা লমন তোনবগী নুংঙাইতবা মৈচাক পূক্নুংদা ফুমদুনা, নুংশিরবা মচাগী মায়থোং উবা ফংদনা লংফৈদা শিখ্রে হায়বা পাউ তারে। অৱাবগী মশক ওইরবা সংসার অসিদা, থম্মোয়গী মনুংদা লোত্তুনা থমজরবী উরীরৈবু য়েংজদুনা, লাইরবগী, মপুরোইবা খাইনবগী মৈচাক পূম্নমক খাঙদুনা মওং অমা ওইনা পূক্লিং ফাজিন্দুনা মথৱায় হিংজরক্লি, - হৌজিক্তি অদুগুম্বা মচা অদুসু মফম খঙখিদ্রে, - য়েক্লবনা মথৱায় মাঙহনখ্রেসু খঙদ্রে, ঈশিংদা তাদুনা শিখ্রেসু খঙদ্রে। পাঙ্গল লৈত্রবী, চঙজফম লৈত্রবী, পাকচাউরবা তাইবংপান অসিদা মাগী মীচঙনি হায়বা কনাসু লৈত্রবা থম্বাল অসি পোল মনুংদা ফাজিন্দুনা থম্বা চোংঙাগুম্না মথন্নতা ফ্রিং ফ্রিং চোংদুনা লৈখ্রে। য়েক্লবনসু পূমকোয় কোয়খ্রে। য়েক্লবনা মায়কৈ মরিমক্তগী খা- না খা- না য়েংশিল্লকপা মীৎয়েংনা ইখ্োলগী নাপী ফাওবা কংশিল্লক্লে। কল্লকপগা লোয়ননা হোঞ্জিল্লকপা নুংশাস্বরনা অশাবা নুংশিৎ ওইনা শীৎখ্রে। থম্বালগী অৱাবা অসি উরগা ভুবন মপা মচানা হরাওদুনা খাক্লা খাক্লা নোকলি। লিন্না চীকপগী হীদাক লৈ, - ফত্তবা মীনা চীকখ্রবদি হীদাক লৈত্রে। হূ- মক চারুরবসু ওথোক্লগা ফৈ, ফত্তবা মীগী লাংদা অমুক্তং থুরবদি নাম্থোক্লবা উপায় লৈত্রে। কৈমক ওক্লরবসু মপুক থল্লিঙৈদদি মী শোক্তে, - ফত্তবা মীদি তূম্বা- হীপ্পা চাবদা মীগী মাঙনবতা খন্দুনা লৈ। থম্বাল! কনাবু য়েংদুনা পানগদগে? নতম্বাক্তগী নচা মুনখ্রবী, নপুরোইবা খাইনরবী, য়েক্লবনা কোয়শিল্লবী,

করম্মা হিংগগে?

থম্বাল অসি নোংম নোংমগী শোঞ্জিল্লকুনা ফমুংদগী হৌগৎখিদ্রে; ময়াঙ কংখিবনা শরূদা উনশাতনা কৃপখ্রে - অতৎপা নৈতনা মীত্তগী পি শিম্থবনা মমীৎ উখিদ্রে, - মথন্নতা ফমুং মথক্তা থরো থরো ওন্দুনা লৈখ্রে। মাগী মনাক্তা কনা অমত্তা চঙগনু হায়দুনা ভুবন মপানা কাঞ্চীগী মী অমত্তা চঙহনখিদ্রে। ওঃ লুপাগী মগুণ অসিদে!

কাঞ্চীবাসী! ওম্থোক্লা তোনখ্রেদা! নশা নশাগীবু কান্নরবদি হায়দুনা ফমুংদগী হৌগৎপা ঙমদ্রবী থম্বাল অসিবু কনা অমত্তা মীৎচিনা য়েংদ্রবোই! ভুবন মপাবু ওম্থোক্লা কিশ্রবোই! কাঞ্চীবাসী নখোয়দসু নত্তে, - সংসারগী মী পূম্নমক অসুমতৌনা ইনাকখুনবগী মীচঙ ঙাক্তনি। লায়রবগী কনা লৈ? তাইবংপান অসি নুংঙাই য়াইফবা মীগীদমক ওইরমাল্লে। অৱা- অনং পালহৈদ্রে; অসিগুম্বা অৱাবা অসি কয়া কুইনবু উখিগবা!

# মাধবীগী পূকচেল হোংবা

মাধবীবু মতমকুইনা উখিদ্রে। মাবু নুংশিবা ইখঙ- খঙদবা নুপীমচা অমা ওইনা ঐখোয়না উখি। অওইবমক্তি মদু নত্তে। ধীরেনবু ইনুং- নুংশিদবা নত্তে। ইহান হানবা উনবদা মহাক্কী মপুক্সি ধীরেন্দা কখোকখ্রে, অদুম ওইনমক মহাক্কা পাখংগী অরেপ্পা নাইদনবা পূকচেলবু য়াম্না হঙ্গোইখি অমসুং পাখংশিংগী নুংশিবা হায়বা অসি থম্মোয় লকানুংদগী পোক্লক্তমাল্লে মীত্তগী পোক্লকপমাল্লে হায়না থাজখি; থোইদোক্লসু নুপীমচা ওইবশিংনা মপূক্লিংদা নুংশিবা পোক্লবসু নুংশিদে হায়শিন্নে, য়েংনীংবমক লৈরবসু য়েংনীংদে হায়শিন্নে - করিননো হায়ববু ৱানা ফংবা পোৎ অদু মমলসু খরা কাওখৎলি। মরম অসিনা মাথবীনা ধীরেন্দা থোইদোক্লা নুংশিবা উৎখিদে তৌইগুম্বসুং ম:গী থম্মোয়দদি ধীরেনবু চৈৎনা ফাজিন্দুনা থমখ্রে। মহাক্কী অঙাওবা পূকচেল অদুদা নুংশি মৈচাক চঙ্খ্রে। নক্লরিঙৈগী মতমদা লাপ্পা নীংলম্বা অদু লাপ্লরবা মতমদা নক্লা নীংলক্লে,- মসি নুংশিবগী হৌনশা ওইরমাল্লে। মতম কুইনা ধীরেনগা উনরম্লে’ই খনবদা, হান্না খরা খরা ৱারম্বা অদু শরুক চামা হেন্না ৱারক্লে, - অহানবদা নুংশিরম্বা অদুদগী শরুক চামা হেন্না নুংশিরক্লে। মহাক্লা করেম্নদুনা, ফাগী- ফরাং তৌদুনা ঙাংখিবা ৱা পূম্নমক অদুনা হৌজিক্তি মহূ পুবা লিনগী মতৌগুম্না মাগী থোপ্তা চীকপা হৌরক্লে। মাধবীনা খল্লকই, “নুংশিবা হায়বা অসি অতোপ্পা সংসার অমনি, - সংসার অসিগী মনুংদা চঙখ্রবদি মমল য়াম্বা পোৎ ঙাক্তনা মমল য়ামদে, অহাওবা পোৎ ঙাক্তনসু থোইনা হাউতে - নুংশিরিবা পোৎশক অদুগা মরী নক্লবা পোৎ অদুনা মমল য়ামদ্রবসু য়াল্লে, হাউত্রবসু হাউরে থীরবসু ফজরে। খঙলে, - নুংশিবা হায়বা অসি পোৎশক অমত্তদা তূংদুনা লৈরবদি, মখ্ম

খুমজিনবা উপুগী মনুংদা ফাজিনবগুম্না য়াম্না অৱাবগী মশক্লি। ঐগী নুংশিবা ৱাখল অসি মী অমত্তদা লেপ্তুদুনা তাইবংপানবা পুম্নমক্তা চাইথোকপা ঙম্লবদি অৱাবা পুম্নমক কোক্কদবনিকো। অসুক য়াম্না অৱাবগী মপৈ অসি কোন্দুনা থীরেন্না লাক্লিবা মতম ফাওবা থৱায় হিংগনি হায়বা থাজদ্রে, অৱাবা অসি কোক্লবগীদমক হৈবোক চীংগী লোক্লুং অমদা লাই নীংদুনা লৈরগে মদুগা লোয়ন- লোয়ননা খুদোং থীবদা তাওবা লম্বী চৎপা মীশিংগী মতেং পাংগে”

“তাইবংপানবদা মী ওইনা পোক্লগা পূক থন্না চাদুনা, ফজবা ফিরোল শেত্তুনা থৱায় হিংবদি করিসু কান্নদে, মীগী উপকার তৌবা ঙম্লবদি অথোইবনি। অথোইবা থবক অসি তানগে হায়রবদি স্বার্থত্যাগ তৌগদবনি, ইকায়বা থাদোক্কদবনি, মীনা য়েংথিবা কিরোইদবনি, - মীনা চৈববু থাগৎপনি নীংগদবনি, মীনা ফৃরগা নুংশিঁবীদুনা নানবিবগা চপ মান্ননা নীংগদবনি। হা ঈশ্বর! পাঙ্গলশোনবী নুপীমচা ওইনা পোক্লবা [illegible] সমদ্রুগী মতৌগুম্না পূকচেল চাউরবা স্বার্থত্যাগকী মরীক অম[illegible] [illegible] ঙম্নবা পাঙ্গল পীবিগদ্রা? সমাজগী কান্নবা খজিক্কং লাক্লবা অথৌবা পূকচেল পীবিগদ্রা? হে দয়াময়! হকচাংগী পাঙ্গল শোল্লবী, পূক্লিংগী পঙ্গল শোল্লবী, অন্ধবিশ্বাসকী কুয়োম্না য়োমদুনা পোক্লক্লবী ঐঙোন্দা অন্ধবিশ্বাসনা কৃপ্তুনা থম্লবা অমম্বা সমাজগী মনুংদা স্বার্থত্যাগকী মঙাল খজিক্কং উৎননবা পাঙ্গল পীবিয়ু।”

ৱাখল পুম্নমক অসি তৌদুনা মাধবীনা হৈবোক চীংগী লোক্লুংদা মখন্নতা লাই নাংগে হায়না মপূক্লিং লেপখ্রে! অহানবদা ফিজেং- লৈতেংগী মরমদা পূক্লিং ফাজিনবা হৌরক্লে। নুপীমচা ওইবগী শেৎনীং- চানীংবা, অরু- অহেনবা থাদোক্লুনা লৈঙাংশঙবা ফি শেৎপা হৌরক্লে। অদুগী মতুংদা চাবা - থকপগী মরমদা পূক্লিং ফাজীনবা হৌরক্লে। মখল মখা অয়াম্বা অহাও- অতুম চারম্বা থাদোক্লুনা চাক- কা থুমগতা চাদুনা মপূক থনবা হৌরক্লে। অসুম তৌনা চীংগী লোক্লুং অমদা লম্বোইবীগী মশক লৌদুনা লাই নীংবা হৌরক্লে। লমদম অদু খরা চীকপা মরমদগী ডাকুশিংনা, কনাগুম্বা

মথন্নতা লংফৈ চৎপা মীশিংগী মপোৎ- মচৈ মুন্দুনা লৌবি। করিগুম্বদা মীগী মথৱায় মাঙহনবসু য়াওই। মাধবীনা মশম- মনা ফাদোক্তুনা মরৈ তমথোক্তুনা, মখুত্তা থাঙশাং অমা পায়দুনা, লাউ- খোংদুনা চেনশিল্লি। অসুম তৌনা খুদোংথীবা তারবা লংফৈচৎপা মীশিংবু ডাকুগী মখুত্তগী কনবী। উরীরৈবু কনবিখিবসু মহাক্লি। মতুং অদুদদি "হৈবোক লাইরেম্মা মথি ফোংই" "হিয়াং অথৌবা থোকই" অসিনচিংবা হায়দুনা ডাকুশিংমকসু কিদুনা মফম অদুদা চৎনখিদ্রে, উপদ্রপসু খরা ফখ্রে।

ধন্যনি মাধবী, নঙগী থৌরাং! থম্বাল চামনিপালগী মতৌগুম্না থোৎলবা নঙগী থম্মোয় মনুংদগী বজ্রগী মতৌগুম্না কল্লবা পূকচেল অসি লোৎলিবোই। লশিংগী মনুংদা তীল লৈবা অঙকপা নত্তে, - কোঙ্গ্রেংগী মনুংদা মুক্তা লৈবা অঙকপা নত্তে, - চোঙ্গাংগী মনুংদা মচি কাবা, মরুভূমিদা মরুদ্যান লৈবা, সমদ্রুগী মনুংদা চীং লৈবা ওইথোক্তবা নত্তে, তৌইগুম্বসুং পঙলবা, ওইন- চাউগনবা, নিংঙাই- চাউগনবা মরৈবাক্তগী মপান থোক্লিবা মাধবী নঙগী থৌরাং, ৱাখল অঙকপনি!

মৈতৈমচাগী মরাইবক থীবা মরম্না স্বাথত্যাগকী খূদম উৎখিবা মী খরা তাঙই। স্বাথত্যাগকী ৱাংলবা অমসুং মনা পূংলবা শিদহীদাক পাম্বী অদু মশক য়েংগে হায়রবদি মণিপুরগী অৱাংবা চীং কাখত্তুনা, তুবেল অচৌবা চেনবা, পাল্লবা লৈতেম মান্নবা ভারতকী লমদম অতৈদা য়েংথবা তাবে, - মদুদা উগনি- মশা- মরেংনা ফল্লবা উজাউ কয়ানা মাগী মরুমদা অৱা- অনা কয়া পোত্থাহনখ্রবা! উজাউ কয়ানা চাবা ফংদ্রবা লায়রবদা উহৈ পীজে, উজাউ কয়ানা নুংশিৎ, নোংলৈ ঙাক্তুনা মাগী মরুমদা মী কয়া পোত্থাহনখ্রবা! উজাউ কয়ানা মথক্তা তোংহন্দুনা মতু শোনবা মীবু মায়কৈ মরিমক্কী ঈরাং উহল্লি, উজাউ কয়ানা হি ওইদুনা সমাজগী অখূবা তুরেল মনুংদা ঈরাক্লদুনা শিগদৌরিবা মীশিংবু মথক্তা তোংহন্দুনা পাক- চাউরবা শান্তিগী মশক ওইরবা সমদ্রুতম্না চেন্থরি। মৈতৈগী লমদমদা করিগুম্বা অচৌবা পাম্বী হৌরক্লবসু মদু চীংবু নমথত্তুনা হেন্না ৱাংবা ঙমদে অমসুং ভারতকী লৈতেম

মান্নবা লমদমগী মথক্তা শীৎ্লিবা সমদ্রুদগী হৌরকপা অঙীংবা নুংশিৎ অদু মৈতে লমদমদা য়ৌবা ঙমদে।

## অহুমশুবা পন্দুপ
## শিলং

এম, এ, পরীক্ষা থারবগী মতুংদা কলিকাতা থাদোক্লুনা বীরেন অমসুং ধীরেন মরুপ অনী অসি শিলংগী দৃশ্য য়েংখিসি হায়নদুনা শিলংলোমদা লাক্লে। শিলংগী হৱা ফবা, মহৌশাগী ফিভমগী নীংথিজবা অদু উদুনা মফম অদুদা খরা কুইনা লৈসি ঙাংনরে।

শিলং হায়বা অসি ফনা নীংথিজবা সহর মচা অমনি, - হেক য়েংবদা পাক- চাউরবা ভারত সম্রাজ্যগী কাচিন অমদা, মী চীকপা চীংলৈবাক অমদা সহর মচা অমা লোত্তুনা থল্লিবোই নীংই। সহরগী নিলখোংবা খোঞ্জেলগা লোয়ননা, মী তাদবা নারক্কী অচীকপগা তিন্নখ্রে, চীংনুংদগী খোংলকপা তাম্নাগী খোঞ্জেলগা, গীর্জ্জা মনুংদগী শক্লকপা খাসি নুপীমচাশিংগী খোঞ্জেলগা তিন্নখ্রে- খূৎশেমগী নীংথিজবগী মরুমদা মহৌশাগী নীংথিজবা লোত্তুনা লৈখ্রে। ভারত্তা চাওখৎলবা ইনাক- কৈরাক খুল্লবা সহরগী মশীং থোইদোক্লা ৱাত্তে, - শা- কৈনা থল্লবা শূক্লবা লোক্লুং, উন্তনা কূপখ্রবা ৱাং- চাউখ্রবা চীং মশীং নাইদে, - অদুগা সহরগী নিল- খোংবা অমসুং নারক্কী অচীকপা অনী অসিবু পুল্লপ্না মতম্বাক্তা পমজবা ফংবা অসিগুম্বা সহরগী মশীংদি খর মতাঙই, করিনা হায়ববু প্রকৃতিগা খূৎশেমগা মহৌশানা য়েংথীনবগুম তৌই; খূৎশেম্না য়াম্না ৱানা শেমগৎচরবা সহর ফূরা- দলান, য়ুম- কৈ ঈশিং ঈচাওনা মরক- মরক্তা তুম্না মাঙহল্লি, নত্ত্রগা য়ুহারাদুনা নীংখায়হল্লি নত্ত্রগা অতোপ্পা পাম্বৈনা মাঙ তাকহল্লি, অদুগা প্রকৃতিনা ৱানা শেমগৎলবা উমং, অশোঙবা নারক তুম্না য়াম্থত্তুনা খূৎশেম্না অচৌবা সহর শেমগৎলি, অচীকপা লম্হাং কয়াগী মথত্তা রেল গাড়ীনা

লাউ- খোংদুনা চেলহনখ্রে, অসুম তৌনা অমনা অমবু মাঙহনগদবগী লাক্লে, - অদুবু সহর মচা অসিগী মনুংদদি প্রকৃতি অমসুং খূৎশেম অনী অসি চান্নদুনা হরাও হরাও লৈমিন্নবগুম তৌই। রাজপথগী নাক- য়েত্তা দুকান পরং- পরেং লৈরিবা দুকান খূদিংদা মখল- মখা অয়াম্বা লূরবা পোৎ শেম- শাদুনা থম্লিবা, লম্বেল ময়া ময়াদা ইলেট্রিক্কী থাউয়েনা ঙাম্লিবা কয়াদা নীংথিজবনো? অদুগা রাজপথদগী খজিক্ক ৮খোক্কুনা খরা থাপ্না য়েংলবদি উগনি, - উচান পাম্বীমক্তা পরেং পরেং হৌখ্রি, - অনকপদা, অথাপ্পদা, চীংথক্তা, চীংমায়দা উচান পাম্বী ঙাক্তেনি, - মীৎনা য়েংবদা মীৎয়েং তামখিবা লমদম অদু ফাওবা উচান পাম্বী হৌখি। মরক মরক্তা খাংপোকশঙ অমা অনীদং লন্না লন্না উচান পাম্বীগী মরুমদা লৈরি, লৈতেম মান্নবা কাঙজৈবুঙদা থাপ্না শন্দোকখিবা লম্মাংদা শল, শগোল, হামেংনচিংবা যুমশানা শজিক চারি; মফম মফমদা চীংদগী থাক থাক নাইনা চেন্থরকপা ঈফুৎকী নুংশিরবা খোঞ্জেলনা পূক্লিং শুম্মৎলি, অদুদগী নাকল অমরোমদা অমুক য়ৌশিনখিবদা য়ুম- কৈ, ফূরা- দলান লাইরিক তম্ফমশঙ, নাট্য মন্দির অসিনা পরেং লেংখি। প্রকৃতিগী নীংথিজবা অমসুং খূৎশেমগী ফজবা অনীমকপু য়েংগে হায়রবদি মদুগী মতীকচাবা মফম শিলং অসি অমনি। সহরগী ময়ায়দা পাৎ মচা অমনা খুৎশেমগী ফজবগী খমথেংবা উৎলি। লূরবা ঈশিংনা চাংজৌ মান্নরবা পাৎ অসিগী মপান মপানদা মখল- মখা অয়াম্বা লৈপালনা মাগী মাগী মতম্লি, মতম নত্তে হায়বা ব্রাখল তৌদনা কুম্বী- কালেন নাইদনা শাৎলি, - মখলমখা অয়াম্বা উরীনা উচান পাম্বী মখোঙদগী মতোন ফাওবা থুংনা য়েৎহল্লি, - মচি মচিদা উরী- উনা অপূংবনা কোয়শিনবা খাংপোক মনুংদা ঙানু- কাংঙা য়োল্লি, - পাৎ ময়ায়দা, - মফম মফমদা শাৎকায়রবা লৈ- শূনা লৈতেংলবা লৈপুঙ খরনা থাপ্না উবা, সমদ্র ময়ায়দা লৈবা দ্বীপ পরেংগী মতৌগুম্না নীংথিজরি, থাবল ফরবা অহিংদা মপান্দা হৌবা উ-ব্রা, লৈ- শূ পাম্বীগী মমি পাৎকী ঈশিং মনুংদা তারি, - নুংশিৎনা লিরি লিবি শীৎলকপদা ঈশিং ঈথক হৌরক্কুনা তারিবা

মমি অদু হাইরপ হাই- হুম্বগুম্না উরি। ভারতকী মনুংদা মমীং চৎপা য়েক- খোৎপা হৈবা নুপা অমনা মপৃক্লিংনা শাজিন্দুনা পাৎকী মনুংদা মসিনা মফজরে হায়না চিত্র অমা য়েক্তুনসু পাৎ অসিগী চিত্রদগী থোইদোক্লা হেনগনি হায়না থাজদে।

অদুগা, মায়কৈ অমরোমদা মহৌশাগী ফিভমগী খমথেংনা নীংথিজবা খুদমগী মরক্তা, অৱাংবা চীংদোন্দগী লীক্লাই মহী চেনবগুম্না চেম্থরক্লিবা বিদন জলপ্রপাত অসি অমনি। ভারতকী অথোইবা কবি অমনা কল্পনাগী মীৎনা য়েংদুনা মহাক্কী পৃক্লিংগী অচীকপা লমদমদা ফজবনা অসি মঙায়রে হায়ন জলপ্রপাত অমা য়েক্তুনসু বিদনগী দৃশ্যদি মদুদগী থোইনা হন্থগনি হায়না নীংদে। কবিগী পৃক্লিং লৈকোন্দা কল্পনাগী পাঙ্গন্না নীংথিজনা থাখ্রিবা লৈ- শৃ, উরী- ৱারীনচিংবা অদু মশামক্লা চিত্রকার ওইদুনসু তুরিকা যন্ত্রগী মতেংনা অদুক ফজনা য়েকপা ঙমদে। মরম অসিনা তাইবংপানবগী অথোইবা কবিনা মাগী লৈকোন্দা মহৌশানা শেমখ্রবা জলপ্রপাত অমগা, কনাগুম্বা চিত্রকার অমনা য়েকপা পোৎ অমগা পান্দম্নবা য়াবা নত্তে।

নোংমা নুমিৎ অমা অয়ুক অঙনবদা হৌগত্তুনা বীরেন অমসুং ধীরেন মরুপ অনী অসি অয়ুক অঙনবগী দৃশ্য য়েংসি হায়নদুনা খোঙ শান্দোক্লক্লে। বীরেন্না থোইদোক্লা প্রাকৃতিক দৃশ্য য়েংনীংবদগী লমচিংবা হৌরক্লে। নোংচুপ্পাংনা চঙলক্লে। খরা চঙশিল্লগা অৱাংবা চীংদোন অমা উরে। মফম অদু য়াম্না তরু- তরুই, অৱাংবা মফম ওইবনা নুংশাসু থোক্লে। মখোই অনী অৱাংবা মফম অদুদা কাখত্তুনা মমায় অৱাং ওন্না য়েংলকপদা য়াম্না থাপ্না লুপাগী মতৌগুম্না ঙৌরোক ঙৌবা ৱাংলবা চীং পরেং অমা উরে। মদু হিমালযনি হায়না লেপ্লরে। উন্না কৃপ্লবা হিমায়ল চিংজাওগী মথক্তা অয়ুক অঙনবগী নুমিৎ মশেক্লা য়ৈদুনা লুপাগী চীংজাওগী মতৌগুম্না ইলংলংখ্রে, দৃশ্য অদু মরুপ অনীগী পৃক্লিংদা য়েক্তুনা লৈখ্রে। অদুগী মতুংদা অৱাংপাংনা চঙলক্লে। মফম অদু মী চীক্লক্লে। হৌজিক্তা নুংশা শারম্বা অদু খঙহৌদনা লৈচিল থারক্তুনা পুন্মম মমখ্রে; খব চৎলগা লম্লোঙ মরি ফাংবা অমা উরে।

নোংচুপ্পাংনা চঙখিব্রা লম্বী অদুগী মতুংইন্না চঙশিল্লক্লে, লম্বী অদু শোঙলবা নারক অমগী ময়ায় হেক য়ৌরকপদা মাঙখ্রে। মফম অদুগী অকিবা শকফম অদু উবদা লম্বী অদু কিদুনা লোৎখ্রবোই! লম্বীনা মাঙখিবা মফম অদু, চীং অনীগী মরক্তা অকৃৎপা মোংফম অমা ওইরম্লে। মচি মচি খূদিংদা শরূনা মপৈ মপৈ তাদুনা লৈবা উরে; মচি অমদা মীগী মখোঙ অতৎপা লাংজানা চেন্দুনা পুরি, মচি অমদা লৈনুংদগী শল, শগোল অশিবা লমহূইনা চিংথোকপা লাক্লরি। অকিবগী মশক ওইরবা দৃশ্য অসি উরবদা ধীরেন্না হল্লসি হায়না তক্লরক্লে। বীরেন্না করি অমত্তা খুমদনা অদুম চঙশিনখ্রে। ধীরেনসু মতুং ইন্দবা য়াদ্রদুনা ইল্লক্লে। খোঙ থাংফম লৈরক্লে,- শরূ ঙারূ মখোয়- মরীন ঙাক্তা মঙায়খ্রে। নমথীবা মনম্লসু নুংশাস্বর হোঞ্জিনবা ঙল্লক্লে। খরা চঙশিল্লগা মীগী নাহেবা খোঞ্জেল অমা তারে! বীরেন্না ইঙক ঙক্কুনা কোয়েং- য়েংলকপদা অহিংবা মী অমখক মখ্বাং ফাওবা লৈনুংদা ফুমজিন্দুনা লৈবা উরে! মরুপ অনীমক থুনা য়াংনা চঙশিন্দুনা লৈবাক খোত্তোক্কুনা নুপা অদুবু চিংখৎলে। হংনরকপদা, নুপা অদু লল্লোনবা মৈতৈমচা অমনি; লমখাঙদা ডাকুশিংনা লুপা- শংবা লোইনা মুন্দুনা মফম অদুদা তঙ্খাই অমা ফুমদুনা থল্লম্লিবনি হায়বা খঙলে। "ঙসিগী ভ্রমন অসি হকচাং শাজেন্তা নত্তনা মী অমগী মথৱায়সু কল্লে" হায়দুনা মরুপ অনীগী পূক্লিংদা ঙমখৈ লৈতনা নুংঙাইখি, থোইদোক্লসু বীরেন্না মাগী মরী য়াম্না নক্লবা মী অমগী মথৱায় কনবগুম্না মথৱায়দা হরাওখি।

# শেষ মিলন।

ওল্লাংথাগী মমৈ ওইরক্লবদা নোংমগী নুমিদাংৱাইরমদা, মকোইমরাং চোম্বা লংফৈচৎপা নুপা অমা মখোঙ তপ্লা তপ্লা থাংদুনা কাঞ্চীপুরগী লম্বীদা চৎলি। মোৎলবা ফৈজোম অমগা, মোৎলবা ফুরিৎ অমত্তংগা নত্তনা থোইদোকপা ফিরোল শেত্তে; মনঙ্গন্দা নম্বো মচা অমত্তং পোরিবা অদুগা মখুত্তা থাঙশাং অমত্তং পায়রিবা অদু নত্তনা মাগী থোইদোকপা পোৎচৈসু য়াওদে। লম্বীগী নাকল অনীমক্তা মহৈ- মরোংগী পাম্বীনা ইশং- শংনা হৌরিবা, লৌখোংদা তরু তকবা ঈশিংনা চেল্লিবা অদু লম্বী চৎলিবা নুপা অদুনা য়াম্না মুন্না য়েংলি। মহাক্কী মায়থোং অদু উরগা, মতম কুইনগী তুংদা পোক্লকম লমদম উরদুনা মথৱায় খরা হরাওরমাল্লে হায়না নীংই। মথংশিংনা চঙশিনখিদুনা কাঞ্চীগী ময়ায়দা নোংচুপ্লাংনা চঙখ্রিবা লম্বী অরোমদা মমায় ওনখ্রে। খুল্লক্কী মনাক নকশিল্লক্লিবা অদুপকী মতীক মাগী মপূক্লিংদা অৱা- নুংশি য়ান্নবা ৱাখল পোক্কুনা থোইদোক্লা তপথবা লৈখিদ্রে, করিননো খঙদে মাগী থম্মোয় অদু পিং পিং চোংবা হৌরক্লে অমসুং মপূক্লিং তয়াং তয়াংখ্রে। খরা চঙশিল্লগা মায়কৈ মরিমক কোয়েং য়েংবদা অচৌবা পুখ্রী অমা, মদুগী নোংচুপ থংবদা লৈহাউ পাম্বী অমা, অমসুং লৈহাউ পাম্বী অদুগী মোইরাংলাইজীদা শেগায়বা খাংপোকশঙ অমা উরে। খাংপোকশঙ অদু মতম কুইনা মী লৈত্রদুনা হুন্দোক্কুনা থম্বগুম্না উরে- মদু উবদা নুপা অদু মীত্তগী পি খাম্বা য়াখিদ্রে মথন্নতা ঝর ঝর শিন্থখ্রে। শূমাং ফাওবা চঙশিনখিবদা উরে- মতম কুইনা ৱাই শীত্রদুনা মফম অদু নাপীনা ইশোঙ শোঙলে, লিন অমসুং হঙোইগী শান্নফম ওইখ্রে। খাংপোকশঙগী ফক্লাংদা লৈক্রক লাওনা লাওনা চৎলে; মচি মচিদা অঙে বসু য়াওরে অমসুং শেবোৎ

মাইরেন্না মরী চত্তুনা ফক্লাংলোমদা কাখৎলি। মাঙ্গোন্দা কাখৎলকপদা মচি মচিদা উনা- শিঙনা, থুনাম- নাঙৈ পৈদুনা লৈবা উরে। থোঙদি থিংদুনা লৈবা উই। নুপা অদুনা মপূক্লিং তয়াং তয়াংনা, নিংদোল পীং পীং চোংলদুনা, মখোল নীক্লা নীক্লা হংলকই - "য়ুমদা কনা কনা লৈবগে?" লক্কাংদা ৱা ঙাংবগী মতৌগুম্না কনা অমত্তসু খুম্লক্রে। নুপা অদুনা অমুকহন্না "উরীরৈ" হায়না কৌরকই, - কনা অমতসু খুমলক্রে। মাগী মতৌ তমদুনা অহাঙবা য়ুম অদুনা "উরীরৈ" হায়না প্রতিধ্বনি তৌরক্লে। নুপা অদুনা ইফিং ফিংনা থোঙ অদু খোঙনা কাওথেক্কুনা ইমুংদা চঙলক্লে, অমসুং ইমুং- মনুংদা তৌরম্মিবা অবস্থা অদু উবদা নুপা অদু পাখৎখ্রে, ফুঙ্গারোমদা মনঙ্গন ওন্থোক্কুনা ময়াঙকংলবী নুপী অমা, উনশাতনা কূপ্পা শরূ মপুনগী মতৌগুম্না হীপ্তুনা লৈ, মদু উরবদা নুপা অদুনা অশিবা হকচাং ওইরমাল্লে হায়না নীংখ্রে। মনাক্তা চঙশিন্দুনা নুংশাশোর হোল্লিব্রা হায়দুনা য়েংবদা মতম অদু ফাওবা নুংশাস্বর হোল্লি। নুপা অদুনা হন্না হন্না 'থম্বাল' হায়দুনা কৌবা হৌরক্লে। হন্না হন্না কৌরবদা অনাবা অদু মমীৎ পাঙথোক্লক্লে অমসুং য়াম্না ৱানা থ্রাওনগে হায়দুনা হোৎনবদা ঙমখিদ্রে। খোঞ্জেল য়াম্না পীক্লা ৱাহৈ মচেৎ মচেৎ ওইনা হায়রকই, "কনানো অসিদা লৈরিবা? ঈশিং খজিক্তা পীয়ু, - খৌরাঙবগী চাক্লবা থম্মোয় অসি ঈংহল্লু।" অদুম ওইবা অৱাবা খোঞ্জেল অদুনা মচীন থৌরবা তাগী মতৌগুম্না নুপা অদুগী মপূক্তা লেংখ্রে। কোয়েং য়েংঙকপদা ইমুং অদুদা পাত্র অমত্তসু লৈতে। নুপা অদুনা থুনা য়াঙনা মপাল থোরক্কুনা থম্না থন্না ঈশিং শোক্কুনা অনাবা অদুগী মচীন মনুংদা তপ্না তপ্না হৈজিল্লে। অদু ফাওবা অনাবা অদু ময়া কাখত্তুনা লৈরে। নুপাদুনা অমুক হন্না ঈশিং শোকউদুনা মদুসু পীথক্লে। অনাবা অদুনা ইরায়লায়না থক্তোকখ্রে। মপূক্লিং খরদং তপথরদুনা অনাবা অদুনা হায়রকই,- "ঐগী খৌরী চরমদা ঈশিং মরীক অমত্তা তাদবা চয়োল অমরোম শুগদৌরে, ইনাক্তদি কনাসু লৈতে, কনাদা ঈশিং পীয়ু হায়সিরা? নহাক অসি কাঞ্চীগী মনুংদা লৈবা মীদি ওইরম্মরোই, অমম- অঙান

খাযরিবা ঈশ্বরনা নঙগী য়াইফবা পীবিসনু।” নুপা অদুনা খঙলে,- চাদ- থক্তবমক্তনা অনাবা অসি অসুক য়াম্না শোম্থখ্রবনি। ঙাইহাক তূমিন্না লৈরুরগা নুপা অদুনা হংলকই, “নঙ ঐবু খঙব্রা”?

অনাবা : খঙই!

লম্বীচৎপা : অদুদি ঐ কনানো?

অনাবা : নঙদি স্বর্গগী দুতনি।

লম্বীচৎপা : ঐ স্বগগী দুত নত্তে। মতম কুইনা শোল্লদুনা নঙগী বুদ্ধি লৌশিং ইচোই- চোইরমাল্লে,- মুন্না খল্লু।

অনাবা : চামরক হন্না খল্লে - নহাক লাইগী দুতনি।

লম্বীচৎপা : করম্না খঙই?

অনাবা : লাইগী দুত নত্তনদি কাঞ্চীগী মনুংদা লৈবা মীদি থম্মু থমখো; হূই- হৌদোং ফাওবা ঐগী ইনাক্তা করম্না চঙলক্কদগে? ভুবন মপা হৌজিক হিংলি!

অকোনবগী ৱাহৈ খরা অসি অনাবা নুপী অদুনা অসুপকী মতীক মথৱায় শোক্লা হায়রকই, মাদু তাবদা লম্বীচৎপা নুপা অদু চুম্না ফম্বা ঙমখিদ্রে,- মশা থক থক নীকখ্রে। অৱাবা পূম্নমক অসিগী মরু ভুবন মপানি হায়বা মীকপ লমগী মনুংদা খঙলে। ৱাহৈং অমা অনীদংগা হংলবদি অনাবা নুপী অদুগী অবস্থা ফৎলরোই হায়বা অদুসু খঙলে, অদুম ওইনমক মাগী খঙনীংবা অদু কুইনা থিংদুনা থম্বা ঙমদ্রে। অমুক হন্না হংলকই, - “করিনো ভুবন মপানা করি তৌরবগে?” অনাবা অদুনা খুল্লকই, - “ভুবন মপানা ঐবু লাক্লরিবা অসিদি করিদবু হায়সিবা! অহানবদা মচাগীদমক ইচা উরীরৈবু পীয়ু হায়, মদুদা ঐখোয়না পীদে, মদুগী মলোম্না মানা ঐখোয়গী য়ুম মৈ থায়। অদুদগী নংথরকপনা লৈত- লাইরা থিবা চৎপদগী লংফৈদা ইপুরোইবসু থৱায় থাখ্রে অদুগা...” ৱাহৈ খরা অসি হায়রম্বদগী অমুক মখা তাবা ঙমখিদ্রে, মীত্তগী পি তরং তরং শিম্থরকপনা কংলবা চাইরুং অনী অদু চোৎখ্রে- নুংশাস্বর থিংখ্রে, - মিহুল পীকথখ্রে।

লম্বীচৎপা নুপা অদুনা চিংনরম্বা অদুমক থোক্লে। মতম অসুক কুইবা অৱাবা পূম্নমক পুক্নুংদা ফুমদুনা থম্লম্মী, অৱাবা ফোংদোক্লবা মনাক্তা মী অমত্তসু লৈরমদে হৌজিক্তি লম্বীচৎপা নুপা অদুবু মনাক্তা উরবদা, অদুক শোল্লবী অমসুং ৱাহৈ অমত্তা ঙাংবদা শদৌ থোংলবী মহাক্না মথং মথং ৱাহৈ কয়ামরুম হায়দোকখ্রে অমসুং খঙহৌদনা নুংশাশোর থিংখ্রে- ।

নুপা অদুনা থুনা য়াঙনা পুখ্রীদগী ঈশিং শোক্তুনা লৱাইলেম্ফুদা তপ্না তপ্না য়ৈবা হৌরক্লে। অনাবা অদু তপ্না তপ্না হন্থরক্লে। অকোনবগী ৱাহৈ খরা অদু মপুংফানা হায়দোক্কদৌবদা অনাবা অসি মথৱায় থাগদৌরি। ৱাহৈ খরা অদুগী মনুংদা মাগী জীবনগী আশা- ভরশা পূম্নমক ফুমদুনা লৈখ্রমাল্লে,- অমসুং ৱাহৈ খরা অদু অনাবা অদুগী মৃত্যুশর ওইরমাল্লে! নুপা অদুনা খঙনীংলিবা ৱাসু মদুতনি। অনুমান্না, হায়দোক্কদৌরিবা ৱাহৈ অসি তমথিরবা ৱাহৈনি হায়বসু খঙলে, - অমসুং ৱাহৈ অদুনা অনাবা দুগী মৃত্যুশর ওইবতা নত্তনা মাগীসু মৃত্যুশরনি হায়বা খঙলে। অদুম ওইনমক খঙনীংই। ফাঁসী তৌদুনা শিগদবা থৌরী থাদবা ঙাইবগুম্না নুপা অদু ঙাইরক্লে। অরোমদা অনাবা চুম্না ফম্বা ঙমখিদ্রে। অঙাও- অফৈগুম্না খঙনীংবগী ময়াইনা কনমনখিবনা হঙলকই- "অদুদগী করম তৌখ্রে।"

অনাবনা খুম্লকই - "হা জগবন্ধু!! করম্না তমসিবা! হে স্বগগী দুত! নঙদি লোইনা খঙলিবনি। ঐগী থম্মোয় লকানুংদা লোত্তুনা থমজরিবী উরীরৈবু অহিংদা ফাদুনা পুখ্রে, - মথৱায় মাঙহনখ্রে! ইচা লৈত্রে- ইথন্নতা খাংপোক অসিদা- " অসি হায়দুনা উরীরৈবু কৌদুনা তেংথারক্লে। নুপা অদুগী মশা থক থক নীকখ্রে, তীল- কাঙদগী হৌদুনা সংসারগী মনুংদা লৈবা জীব পূম্নমক মাগী য়েক্লবা ওইনা নীংখ্রে। হৌজিক্তি নুপা অদু মওং থুপ্তুনা লৈবা ঙম্লক্তে কপ্ল- কপ্লদুনা হায়রকই,- "লাইবকথীবী থম্বাল! অৱাবনা নঙগী শরুক ওইববী! খাইন- মৈচাক ফংলবী! নতম্বাক্তগী নচা মুনখ্রবী! ঐ স্বগগী দুত নত্তে - নপুরোইবা নবীনচন্দ্রসিংহনি। নঙগী নতৌ য়েংবদা ঐ থৱায় পুবা ঙমদ্রে, ইচা উরীরৈগী পাউ তাবদা থৱায় মপাল

থোকখিগদৌরে, নঙ ঐ পুল্লপ্পা কৃফাং চন্দুনা শিমিন্নরসি, অসুক্কী মতীক মীচং মীখাই নাইবা সংসারদা হিংবগী কান্নবা লৈত্রে। অমুক্তদি হৌগত্তুনা ফমউ, নঙগী কংলবা মায়থোং অদু অৱোইবা মীৎয়েংনা অমুক্তদি য়েংহৌগে। জীবনগী মহাবিদায়গীদমক অমুক্তং তম্বাক্তা পমহৌগে।"

থম্বালনা মতম কুইরবগী তুংদা, শিরমদাই য়ৌশিল্লক্কবদা, শিখ্রে হায়রম্বা মপুরোইবগী খোঞ্জেল অমুকহন্না তারবদা মতু চুংলে, মঙলা তাইবংলা মফম খঙদ্রে, - বুদ্ধিনা চোইশিল্লকপনে, শিরমদাইনা নকশিল্লকপনে করি অমত্তা লেপ্পা ঙমদ্রে। মপূক্লিংদা খল্লকই, - 'ঐগী শিরমদাই য়ৌরদুনা ঐগী শিখ্রবা ইপুরোইবগী আত্মানা ঐবু লৌবা লাক্লিমাল্লে" অমসুং হায়রকই, - "ইপুরোইবদি শিখিবা য়াম্না কুইখরে, শোরাৎনচিংবা লোইখরে, ঐগী শিরমদাই য়ৌরদুনা ইপুরোইবগী প্রেতমূর্ত্তিনা ঐবু লৌবা লাক্লিব্রা! অদু ওইরবদি য়াম্না ফরে পাম্মু নতুং ইঞ্জরগে।" নবিন্না হায়রকই, - থম্বাল! ঐগী থম্মোয়গী থম্বাল! ঐবু প্রেতমূর্ত্তিনি হায়না চিংনগনু থাঙ্গৈশেংবমক ঐ নবীন্নি। শেল তানবা চৎপদা, লমখাঙদা ডাকুশিংনা ঐবু ফাদুনা লোক্কুং অমদা, মোংফম মরক্তা খ্বাঙ ফাওবা ফুমজিন্দুনা থম্লন্নগা ঐগী লুপা- শংবা পূন্নমক মুন্দুনা পুখি। মসি পূন্নমক ভুবন মপাগী থৌরাং ঙাক্তমি। ডাকুশিংগী মরক্তা ঐনা মশক খঙবা মী অমা য়াওই। ঐবু শিরে হায়না শন্দোক্লিবা অসিসু ভুবন মপাগী খূজীল ওইরমগনি।"

খল্লু খল্লুবদা নবীন অসি অশাওবা ফাজিনবা ঙল্লক্তুদুনা, মনাক্তা তারিবা থাঙশাং অদু খুঙ্গত্তুনা ময়া ক্রক ক্রক চীক্তুনা ৱাশক্লকই,- "ঐবু ৱাহল্লিবা, ঐগী নুপীবু অসুপ য়াম্না খুদোংথীবা তাহল্লিবা, ইচা উরীরৈগী মথৱায় মাঙহনখ্রিবা অদুগুম্বা ভুবন মপাগী মশুং অহুমশুবা মকোক অদু মশুং অহুমশুনা খায়দুনা লমন খুমগে।" তৌরিবা মতা অদু উবদা মীপাইথীবী থম্বাল অদো কিবনা থুক লাউখ্রে। ইফিং ফিংনা তুরোই ঙল্লোই হৌগৎলক্লে, মখোল নীক্লা নীক্লা হায়রকই, - 'করিগী ৱাশক অদুক কন্না

শকপগে? ঈশ্বর লৈরিবমক্তদা করিগী মীনা মীগী লমন খুমগদগে? ঙাকপিয়ু, কনবিবগা মান্নবা অথোইবা ধর্ম্ম অমা লৈত্রবনি। অসি হায়না হায়না মপুরোইবগী খুয়াদা লেপ্তুনা তুখরে। নুংশাশোর থিংখরে, মীৎ উইশিনখরে - মিহুল লেপখরে! ও! অৱাবা সংসার অসি থাদোক্তুনা নুংঙাইবা মফমদা চৎখ্রমাল্লে! মীকুপ অমগী মনুংদা মাগী পুন্সিগী অৱাবা মতোল লোমখ্রবোই।

থম্বালনা ইখঙ- খঙহৌদনা মথৱায় থাখিবা অসি উরবদা নবীন অদো নুঙগী মূর্ত্তিগুম্না, ফম্লম্বা মফম অদুদা অদুম ফমদুনা লৈখ্রে। তাইবংপান অসি নুমিৎ- থা থোক্তবা ইমম্মম্বা তাইবংপান অমা ওইনা উখ্রে। শোরারেন্না খঙহৌদনা কীন্থরক্তুনা মকোক্তা ননববু হেন্না ৱাখ্রে। ঙাইহাক তৃমিন্না ফমদুনা লৈরুরগা হৌগৎলক্লে। খাংপোকশঙ অদু থুদেক্তুনা অকংবা উ- ৱা লৌথোক্তুনা মদুনা কৃ অমা শেম্লে। কৃ অদুগী মথক্তা সতীগী পুণ্য চেল্লবা হকচাং অদু থাঙ্গৎলক্লে। হকচাং অদুগী মথক্তা কৃপন্নবা ফিরোন কঁরি অমত্তা লৈতদুনা মানা লীৎলিবা ফৃরিৎ অদু লৌথোক্তুনা কৃপশিল্লে, মৈগী মফমদা দান তৌদুনা চিত্তা অদুদা মৈ চৃরক্লে। মৈ চৃরম্লগা পুখ্রীগী মপাল্লোমদা চঙলক্লে। সংসার অসিদা মানা অপাম্বা পোৎ অমত্তা লৈখিদ্রে। পুখ্রীগী মপান্দা ফমদুনা মানা খরদং তাঞ্জরকপা শেল অদু পুখ্রী মনুংদা শ্বায় শ্বায় চাইথখ্রে অমসুং হায়রকই, - "শেল নঙগীদমক্লি ঐনা অসুক য়াম্না নংখ্রিব! নঙবু তানবা চৎপদা মীরৈবাক্তা লৈরুবনি, ইতু খাইনবনি, ইচা খাইনবনি, নঙবু থমদুনা অরেম্বনি। শক হায়বসু অরেম্বনি। শক্তীদমক্তা ইচা উরীরৈগী মথৱায় মাঙখিবনি।" অসি হায়দুনা পৃখ্রী মনুংদা চোংথদুনা মশা অদু লৈখোম্না পৃমতৈ তৈশিল্লে। লম্বোইবগী ফিজেৎ শেত্তুনা মফম অদুদগী চৎথোক্লক্লে। চৎলমদাইগী মতমদা চিত্তারোমদা অমুক্তং হন্না য়েংশিল্লম্মী, - চিত্তাদগী থোরকপা মৈখুনা চুমদ্রিং চুম্না স্বর্গদা কাখৎলক্লি, মতম কুইনগী অৱা- অনংগী মতুংদা মফম অদু মোংফম ওইহৌরে।

# হূরানবা ফাবা

"কংখিবা থোক্লবদি করিগুম্বা,
হৈদোকখ্রনীনে লম্মাংদা
মনম নুংশিবা, নশক ফজবা
লৈমন চনখ্রনি অরেম্বদা।"

শিলংদা লৈরিঙৈদা নোংমদি বীরেন্না মথন্নতা কোয়থোরকই। ঙরাং নুংদাং মমঙদা উরীরৈবু উরম্মী, - উরীরৈ অদু শেগায়বা ফি অমত্তং ইন্দুনা চীংয়া অমদা মথন্নতা কপ্তুনা লৈরি, খঙহৌদনা ভুবন্না লাক্তুনা উরীরৈবু ফূদুনা চিংবা লাক্লরি, উরীরৈনা বীরেনবু কৌদুনা কপ্লি অমসুং চৎলোইদবগী খাঙবা লাক্লরি। বীরেনসু মপাঙ্গল থোক্লা চেন্দুনা তান্নবা লাক্লরি তৌইগুম্বসুং মপাঙ্গল ইথোক থোক্তে, অমরোমদা ভুবন্না উরীরৈবু লশিং মফোলগী মতৌগুম্না অৱাংবা চীংদোল অমদা পুখৎখ্রে। অৱাংবা চীংদোল অদু য়ৌবদা ভুবন্না উরীরৈ অদুবু মখুত্তা পায়দুনা "সে নঙগী নুপী লৌজরো।" হায়দুনা ফি লংথরকপগুম্না চীংখাদা লংথরক্লে। মতম অদুমক্তদা ধীরেন্না 'থেংলে থেংলে' হায়না হৌদোক্লকপদা মঙফাওনখ্রে। ঙরাং নুংদাংগী মঙ অদু নীংশিংদুনা ঙসিদি বীরেনগী পূক্লিংদা য়াম্না লাংতক্লখ্রে অমসুং হৌখ্রবা থবক পূম্নমক অদু হন্না হন্না খনবা হৌরক্লে। অচীকপা লমদমগী নীংথিজবা য়েংদুনা পূক্লিংগী লাঙতক্লবা অসি কোকহনগে হায়দুনা নোংচুপ্পাংনা বিদন জলপ্রপাত তম্না চৎখ্রে। খরা ৱাংবা চীংথক অমদা ফমদুনা লোক্লুংগী কল্লবা ঈশিং ঈচেন্না অৱাংবা চীংথক্তগী মখাদা ৱা ৱা লাউনা তারিবা কল্লবা ঈচেল অদুনা নুংপাকথক্তা য়ৈদুনা পাইথোরকপা ঈশিং মরীক অদুনা মনাক্তা লৈবা

চীংমায়দা হৌবা উরী- ৱারী, উনা- ৱানা অদু লেক লেক লাউরিবা, অসি পূম্নমক মুন্না য়েংবা হৌরক্লে, তৌইগুম্বসুং দৃশ্য পূম্নমক অসিনা মাগী পূক্লিংগী লাঙতক্লবা অদু খক কোকহনবা ঙমদ্রে; অহোইনদুম অৱাবা ৱাখল পোক্লক্লে অমসুং খল্লকই, - "মতম অসিদা ঐগী ইনাক্তা উরীরৈ ফমদুনা, অৱা- নুংশিগী ৱারী শাদুনা দৃশ্য অসি য়েংমিন্নরবদি শরুক চামা হেন্না ফজগদবনিকো! ঐগী পূক্লিংদা ইৱাৎ ৱাৎপগুম, ইহাঙ- হাঙবগুম নীংলিবা অসি উরীরৈ নত্তনা কনানসু কোকহনবা ঙল্লরোই।" ঐখোয়নদি বীরেন অসি উরীরৈবু কাউরমাল্লে খল্লি, - কদায়দগী খংকাউ কাউগদগে? মহাক্না চৎলমদাইদা উরীরৈবু শাউরম্মী হায়বা অদু অঙাংমচানা চাক ওইনবগুম্বতনি; ইখৎ- খৎনদনা চান্নরিবা অদুদি লময়ৌদ্রি, অমুক্তং খৎনদুনা, ওইনদুনা, নাউথি শানদুনা মতুংদা চান্নরকপা অদুদি লময়ৌবনি। মহাক্না উরীরৈবু শাউরম্বা অদুদি শূমাং মনুংদতনি, থোঙ্গাল য়ৌরকপদা অশাওবা অদুদি বিদায় লৌদুনা থাপ্না চেনখ্রে। মরম অসিনা উরীরৈবু খক কাউবা ঙমখিদ্রে। হে প্রণয়! ওম্থোকপনি, নহাক্না মী অদুগী লকানুংদা চঙখ্রবদা মী অদুনা ফজবা পোৎ, দৃশ্য লখা অমা য়েংদুনসু মপূক্লিংদা মপুঙফানা খক নুংঙাইবা ফংদে। মতম লৈবা খিবিক্তা ইৱাত্তা ৱাৎপগুম্না নীংই। অসুমতৌনা উরীরৈগী ৱাখল তৌনা তৌনা নুমিদাংৱাই য়ৌরক্লদুনা বীরেন অদু লৈফম তান্না হল্লক্লে। মতম অদু ফাওবা ধীরেন কোয়থোকখিবদগী হল্লক্ত্রি। বীরেন্না থাউমৈ থাঙ্গত্তুনা ইমুং- মনুং অদুদা মথন্নতা ফমদুনা লমদম তাম্না লৈহৌরবী উরীরৈগীদমক ৱাখল য়াম্না তৌরে - তূমিন্না ফম্লম্বদগী নুংঙাইরক্ত্রবোই, মখুত্তা কলম লৌখৎলে, লাই য়েক্লবা মখল- মখা অয়াম্বা মচু পুশিল্লক্লে - চেপাং অমগী মথক্তা উরীরৈবু হুন্দোক্লম্বা নুমিদাং অদুগী দৃশ্য অদু য়েকপা হৌরক্লে। অহানবদা পুখ্রী অমসুং মপান্দা হৌবা লৈহাউ পাম্বী য়েক্লে, অদুদগী শূমাং মচিদা হৌরিবা মাল্লিকা পাম্বী, ইঙৌঙৌনা শাৎকায়বা, খোইমু অমা অনীদং তোংদুনা লৈহী চূপ্লিবা, - নোংপোকথংবা অতিয়াদা থানা ঈংনা হুন্দোরকপা অদু য়েক্লে। অদুগী

মথংদা মানা শাউরদুনা শশীগা লোয়ননা মমায় ওন্দুনা চৎথোরকপা, - উরীরৈনা মথন্নতা মাল্লিকা মখোঙদা লেপ্তুনা মমীত্তা ঈরা চেন্দুনা চিংনা চিংনা য়েংদুনা লৈহৌবা অদুসু য়েক্লে। য়েক্লা য়েক্লা উরীরৈগী প্রতিমূর্ত্তি অদুগী মথক্তা পি মরীক অমা তপ লাউনা তাখ্রে। ল্লটিংনা পি অদু নপথোক্লে, নপথোকপা লোইরম- লোইফাত্ত্রিঙৈনা মরীক অমা অনীসু তপ তপ লাউনা তারক্লে - মহাক্কী পি অদু ফাজিন্দুনা থম্বা ঙল্লক্লে। করিগীদমক্লো মরাল লৈত্রবী নুপীমচা অদুবু শাউরুরিবা হায়দুনা মথন্নতা নিন্দা তৌজরক্লে অমসুং শশীবু পঙমল্লি হায়না নিন্দা তৌরক্লে। মতম অদুমক্তদা "করি য়েক্লি ইতাও?" হায়দুনা ধীরেন্না তূমিন্না চঙলক্তুনা তুংলোমদগী চে অদু হেক চিংথোকখ্রে। বীরেন্না খংপ্রেক হেক খংদুনা "শিলংগী দৃশ্য য়েক্লিবনি লোইফাত্ত্রি, লোইফাত্ত্রি" হায়দুনা চে অদু মুন্নবা হৌরক্লে। ধীরেন্না থাদোক্লক্ত্রবদা, চোপ্পা তারে হায়দুনা চে অদু শ্রুশ্রু নোইথৎলে, মচেৎ খরদি ধীরেন্না পুদুনা চেনখ্রে, খরা থাপ্পা চেপ্থোকখ্রগা মৈখেৎ খেত্তুনা চে মচেৎ অদু য়েংবদা শম্বুগা লোয়ননা নুপীমচা অমগী মায়থোং য়াওরম্লে, হকচাং মখৈদি থদৎখ্রে। ধীরেন্না অদুদগী চঙশিল্লক্তুনা "শম্বু উবদা ব্রা পূন্নমক খঙলে। মীওইবা হায়বা অসি থাজনীংঙাই লৈতে, মরুপ্নি হায়দুনা অসুক কূইনা তিন্নরকপবু নপূক্লিংগী ব্রা ঐঙোন্দা হায়দোক্তে। অমুনবা হৈনৌনা মনুংদা তীল লোত্তুনা থম্বদা অথুম্বা মহাওমখৈ লোইনা চূপথোকপগুম, নুংশিবগী ব্রা লোত্তুনা থম্বদা নঙগী হকচাং অসি নোংমা নোংমগী কংশিল্লক্লে। থুপ্তুনা কান্নররোই, নঙগী ইতিহাস লীথরো।" বীরেন্না ইকায়রদুনা - "ইতাও নহাক্তি অসিগুম্বা ব্রারী খক শাদে, ঐনা করিগুম্বা হৌদোক্লবসু নমীৎ শূকই অদুনা তমদবনি ব্রারৌগনু!" ধীরেন্না - "মমীৎ শূক্লে শূকসনু শূক্লোই তোকসনু মতৌ মানগে মানসনু মাল্লোই তোকসনু, নুপামচা ওইবনা মপূক্লিংদা নুংশিবগী ব্রা অমত্তং লোৎপা হায়বা অদুদি তঙায়ফদ্রবনি, অরেম্বদা ব্রা শাংখ্রে, নঙগী ইতিহাস লীরোনে থীল্লে।" বীরেন্না তঙায়ফদ্রদুনা "শশী অমা লৈহৌরে হায়ববু অমা অমুক ফাওরক্লে।" হায়দুনা

মহাক্কী ইতিহাস অদু রামায়ণ লীবগুম্না লীথরক্লে। অহানবা উনবদগী হৌদুনা লাই খুরম্বদা ৱামিন্নখিবা, অদুদগী চৎলমদাইগী বিদায়নচিংবা অমত্তা চীথদনা মথং মথং লীরক্লে! ধীরেন্না পৃক্লিং চঙনা ৱারী পূম্নমক তৃমিন্না তারম্মী, ৱারী লোইরবা মতুংদা হায়রকই - "নঙগী লমচৎ অসি আলোচনা তৌরবদি মৈতৈ সাহিত্যগী মনুংদা থায়নগী নোংবানগা হায়রপ মান্নে অদুগা উরীরৈগী লমচৎ অসি আলোচনা তৌরবদা মাগা পান্দম্নবা য়াবা নুপীদি মৈতৈ সাহিত্যগী মনুংদদি থেংবু থেংনদে; বঙ্গ সাহিত্যগী মনুংদা জুমেলিয়াতদি মাগা পান্দম্নবা য়াই।" বীরেন্না নোক্লা নোক্লদুনা, - "এম এ পাশ তৌরবা হায়ববু আলোচনানা তৃমিৎ পাইবা য়ারোইদৌরি। ৱারী অমত্তা লীবসু লোইফাত্রিঙেদা আলোচনানা হান্না ফোংদোক্লক্লে, করিগুম্বা লাইরিক অমা অনীদং লেংথোক্লক্লবদি চরা হেন্দুনা আলোচনা তৌগে হায়রিবোইরে।" ধীরেন্না, "শাউনু শাউনু। নুপা ঐখোয়দি প্রমাণ পীদনা ৱা ঙাংবা মী নত্তে, ঐগী আলোচনাগী ককপা য়াদবা প্রমাণ পীরগে।" অসি হায়দুনা চিঠি অমা বীরেনগী মখুত্তা পীরে। বীরেন্না পাবা হৌরক্লে, মরোল অসুম্না ইরম্মি -

কাঞ্চীপুর

ইঙেনগী তাং ...

ইতাও ইবুংঙো -

নঙনা উরীরৈগীদমক ৱাবা অমসুং মাবু নুংশিবা তৌরুরগনু। উরীরৈনা নহাকপু নশকফাও খঙদে হায়বা অমসুং ঐঙোন্দা নুংশিবা উৎপা মরমদগী ঐনা মাবু লুহোংদুনা লৌরে। ঐঙোন্দা ৱারৌবা তৌগনু। নঙগী পরীক্ষা ঙম্মদুনা থুনা থোরকপা লাই নীংঙি। ইতি -

নঙগী চান্নবা মরুপ

শ্রীশশীকুমার সিংহ

থাজদ্রদুনা বীরেন্না চিঠি অদু থাঙ্গৈশেংবমক শশীনা পীরকপ্রা, মী

অতৈনা শেমদুনা ইরিব্রা হায়দুনা হন্না হন্না পাবা হৌরক্লে, মমৈথংদা শশীগী ইপৈ- পৈনা মমীং ইবা উরদুনা শাউমনখিবনা চিঠি অদু শিংগুপ- শানা শেগায়রদুনা হুন্দোকপ্লে। ধীরেন্না "চুমদ্রদো" হায়দুনা থিক থিক নোকপা হৌরক্লে।

# লমন খুন্বা

চন্দ্রনদীগী তোবর্বান্দা নীংথিজরবা লৈকোল অমা লৈ। হৈবোক চীংগী চীংয়া পল্লক্লবা নুমিৎকী সনা মানবা মশেক্লা য়েদুনা লৈকোলগী লৈ অমসুং তোবর্বান্দা হৌবা উপাল পূম্নমক সনা মচু ইমান মানখ্রে। লৈকোলগী মনাক নক্লা চন্দ্রনদীগী পীক্লবা ঈশিং ঈচেন্না ৱা ৱা লাউনা মখারোমদা চেন্থরি। য়াচঙবা মতম য়ৌরক্লবদা মকোক তাঙবা, ফিঙৌ শেৎপা নুপা অমা মনাই অমা লোয়নরদুনা লৈকোল অদোমদা মমায় ওন্দুনা চঙশিল্লক্লি।

নোংচুপথংবা অতিয়াদগী নোং মতূম অমা পাইথোরক্লি। নোং মতূম অদুনা মথং মথং শন্দোকখিদুনা নোংচুপথংবা অতিয়া নোংনা ইমস্মমখ্রে। চন্দ্রনদী তোবর্বান অনীমক্তা অশোঙবা নারক লৈখ্রি অমসুং অচৌ অচৌবা খোংনাং পাম্বী হৌরি। নুংশিৎ কন্না শীৎলক্লে। নুশিৎ কন্না শীৎলকপদা খোংনাং মনাশিং অদু শ্বায় শ্বায় লাউদুনা থোইদোক্লা অকিবা পোকহল্লি! তোবর্বান ৱাংমগী অশোঙবা নারক মনুংদগী লমহূই খোংগৎলক্লে। অনকপদা হৌরিবা খোংনাং পাম্বীগী মশাক্তা মকু খোংলি। তুরেনগী তোবর্বান নিঙ্খায়দুনা ‘ঝম’ ‘ঝম’ লাউনা ঈশিংদা তারি অমসুং লৈখোম লৈনাং তৈবা নুপা অমনা লৈমায়গী অকুৎপা মরক অমদা লোত্তুনা নুপা অনী অদুবু লোন্না লোন্না য়েংদুনা নুংপাক অমদা থাঙ ফেঙলি। অনকপদা, অথাপ্পদা মীদি অমত্তা উদ্রে। মকোক তাঙবা নুপা অদুনা মনাই অদু য়েংদুনা হংলকই, - “অনাবা অদু করম তৌখ্রে?”

মনাই : অনাবদি ঙরাং শিখ্রে।

মপু : য়াম্না ফরে লমশি- শিবা হায়বা অদু থোক্লে। মাগী অশিবা অদুদি
: পোৎলোইখ্রব্রা নত্ত্রগা পত্তুনা পূমদুনা লৈরিব্রা?

মনাই : পোৎলোইখ্রে।

মপু : করি! কাঞ্চীগী মনুংদা পোকপা থৌনাফবা কনানা মাবু পোৎলোইখ্রিবনো? নমীৎনা উরবমক্তদা ঐঙোন্দা তাক্তবা?

মনাই : লৈকাই অসিগী মী কনানসু মাবু পোৎলোইদে। উৎ- ব্রাই তৈবা অঙাওবা অমা লাক্তুনা পোৎলোইখি। অঙাওবা অদু কনানো হায়বা অদু ননাই ঐদি খঙজদে।

মপু : (নোকফেৎ তৌরদুনা) মানা হিংলিঙৈদা চান্নরম্বা অতোপ্পা নুপা অমা ওইরমগনি। মাগী মব্রা অশেংবদি মীরৈবাক্তা মথব্রায় মাঙহনখ্রে। (অসি হায়দুনা মপু মনাই অনীমক খাক্লা খাক্লা নোকখ্রে। মতম অদুমক্তদা নোং খাক্লক্তুনা মপু মনাই অনীমক খংপ্রেক খংখ্রে অমসুং লৈখোম লৈনাং তৈবা, ফৈরেং তুরেং চৎপা নুপা অমা মায়কৈ অদোমদা চঙলক্লে।)

মনাই : (খুদোম্বী থিন্দুনা) য়েংবিয়ু অঙাওবা অসি লাক্লে।

মপু : কৌশিল্লু।

মনাই : (খোঞ্জেল ব্রাংনা) হো অঙাওবা! অসিদা ঙাইহাক্তং চঙলকউ থুরকউ।

নুপা অদুনা মনাক য়ৌরবা মতমদা মপু অদুনা হংলকই - "নঙ কনানো? করিগীদমক মী অশিবা থিদুনা কোয়চৎ চৎলিবগে? নঙব্ ভুতলা? করিগীদমক ঙরাং শিবা নুপী অদু পোৎলোইবগে?"

অঙাওবা : শিরিবা মী অদু ঐগী নুপীনি। কনা অমত্তসু মাবু পোৎলোইবিরোইদৌরে হায়বা উদুনা ইথন্তনা পোৎলোইখ্রবনি।

মপু : মাগী মপুরোইবা শিখিবা য়াম্না কুইরে। নঙসু মাগী অতোপ্পা মোংফম শঙবা মপুরোইবরা?

খোয়দৌ শীকপা ব্রা অসি তারবদা নুপা অদু শাউমনখিবনা মশা অদু থক- থক নীকখ্রে, মমীৎ অনী অদু ঈখেং তাবগুম ঙাঙখ্রে। ঙংলদুনা

হায়রকই,- "ভুবন মপা! নঙগী নরান্না লমজিংলদুনা নঙগী মোংফম থিবা লাক্লবোইদো। ইচাগী মথৱায় মাঙহনবা, ইতুবু অৱাবা পীদুনা লাক্লবা, ঐবু মোংফম মরক্তা খ্বাংমখৈ ফুমদুনা থম্বা, - পূন্নমক অসিগী মথক্তা মরাল লৈত্রবী সতীগী মফমদা নঙনা মরাল পীবা, - পূন্নমক অসিগী লমন খুল্লগে, নথৱায় লৌরগে।" অসি হায়দুনা ফিনুংদগী থৌরবা থাঙশাং অমা পুথোক্লুনা ভুবন মপাগী থম্মোয়দা থূম্না থিংজিনখ্রে। পাপ চেনবা ভুবন মপা অদু লোংনা হাইথখ্রে।

মফম ইখঙ খঙহৌদনা ভুবন মপাবু হাৎখ্রবদা মনাই অদু কিরদুনা মথৱায় পুদুনা যুল্লোমদা চেনখ্রে।

পাঠক! অঙাওবা অসি নবীননি হায়বা খঙবীররিগনি। মানা খল্লকই, - "মফম অসিদা অসুম লৈদুনা ফাহল্লসিরা! ঐগী ৱাশক্তি থুংলে! ইখোঙন চত্তুনা ফাহনগে, হৌজিক্তি মতম খরা চাফাত্ত্রি, তাঞ্জা অমা লাকখিগনি।" অসি খন্দুনা তোবর্বান ৱাংমদা লৈরিবা অশোঙবা নারক অদুদা মাঙখ্রে।

চেনখ্রিবা মনাই অদুনা য়ুমদা পাউ পূন্নমক তম্লুরে। ইমুং অ‍ কাঙ- খোং চাইরে। মনাই- মশলশিং অদু মখুত্তা অফং অফংবা পায়দুন লৈকোল তান্না চেন্নরক্লে, অমসুং ভুবন মপাবু তুদুনা লৈবা উরে। মীহাৎপ অদুদি লৈরমদ্রে। পুলিস্তা খবর পীখ্রে।

# অঙকপা পাউ

নবীন্না থম্বালগী অশিবা মশা অদু শন্দুক মথক্তা হাপকত্তুনা মৈদা দান তৌরম্লগা চৎখিবা নুমিৎ অদুমক্তদা ঙাইহাক্তং লৈরগা নোং য়াম্না কন্না চুখি। নোংগী ঈশিংনা শন্দুক্কী মৈ অদু খরা খরা চাকখৎলকপদা মুৎথৎখ্রে। থম্বালগী মশা অদু মৈনা শোকপা ঙমখিদ্রে, থোইদোক্লদুম অচোৎপা ফি- রোল, হকচাং অদু মৈগী মনিন্না লুম্বু লুম্বু শাহন্দুনা হীগা য়ৈবগুম্না (Wet fomentation) কান্নখ্রে। লাইগী নোংদম্না করিগুম্বা থবক অমগীদমক রাজেন্দ্রসিংহ কৌবা মৈতৈ লৈবাক্তা ফাওরবা কবিরাজ অসি শন্দুক অদুগী মনাক্তা চৎলম্মী। মী অমত্তসু য়াওদনা পোৎলোইবগী থৌরাং পূম্নমক উবা অদুদা ঙক্লদুনা শন্দুক্লোমদা য়েংশিল্লকই, মনুংদা মী অমা লৈবা উরে, - খরা খরা লেঙবগুম্নসু তৌরে। মী অতৈ অমা ওইরবদি নোংথি- নোংমংবদা তম্নরে, অশিবনা হীয়াং অথৌব ওল্লে অসিনচিংবা খন্দুনা কিদুনা ব্রাম্থরগদবনি। মরাইবক থীরগা অদুম লায়না ওইখিদুনা শিগদবনি; তৌইগুম্বসু পূকচেল তপ্লবা রাজেন কবিরাজনা মদু তৌদনা চঙশিল্লক্কুনা মী অদুগী মশা পায়দুনা য়েংবদা মিহুল লৈরম্মী; মরম অসিনা চিংনবা লৈতনা হৌজিক ফাওবা হিংলি হায়বা খঙলে। অনাবা অদুগী মশা পূম্নমক য়েংবদা করিগুম্বা অকি- অখং অমদগী ব্রাম্থদুনা মতম খরা শিরুবগুম তৌরুরে হায়বা অদুসু খঙলে। নীংথিনা লায়েংলবদি অনাবা অদু কল্লকখিগনি হায়বা খঙলে। মরম অসিনা অনাবা অসি ফননবা লায়েংগে হায়না রাজেনগী মপূক্তা লেপখ্রে। মৈতৈ কবিরাজগী মরক্তা অয়াম্বগী অসিগুম্বা মগুণ অসি লৈ। অব্রা- অনাবশিংগী ইমুংদা কনাগুম্বা অমা নারবদি শেল ইলৌ লৌদনা লাইয়েংবী, অহিং- নোংশোয়বা লেক্কুনা অনাবা লায়কন্নে, অসিগুম্বা

থৌজাল অসি জাৎ অতৈগী কবিরাজশিংগী মরক্তা খরা তাঙই।

অহিং থেংলক্লবদা রাজেন্না গাড়ী অমগী মথক্তা হকচাং অদু হাপকত্তুনা ময়ুমদা পুরক্লে অমসুং হীদাক- লাংথক্লচিংবা পীজদুনা অমসুং *মরী শুদুনা নুমিৎ খরগী মনুংদা অনাবা অদু খরা খরা ফরক্লে। রাজেন্নসু, থম্বালনসু, অথূপ্পা ৱা অসি কনা অমত্তবু খঙহনখিদ্রে। কনাগুম্বনা হংলগা রাজেন্না খুমই, "ঐগী শাগৈগী মী অমনি, নারদুনা লায়েংগে হায়দুনা লৌরুরিবনি।" খরা খরা ফরক্লবা মতমদা ভুবন মপা শিখ্রে হায়বা তাবদা থম্বালগী পূক্লিং খরা নুংঙাই; তৌইগুম্বসুং মপুরোইবগী পাউ মফম খঙখিদ্রবদা নুমিৎচুপ্পা মপূক্লিং ঈৱাৱাদুনা লৈখি। রাজেন্না নবীনগী মখোঙ-মরী থিরা হৌরক্লে।

---

*মরী শূবা হায়বা অসি মৈতৈ লৈবাক্তা মতম কুইনা চৎনরক্লবা লায়েংবা মখল অমনি। Typhoid, Appendicitis অমসুং Intestine গী অপোম্বা- লায়না কয়ামরুম অসিদা মরী শূরবদি খুদোংথীবা ফংবা য়াই। লায়না অয়াম্বদি পূকশূবনা কান্নবগী খূদমসু ফংই। মসি Abdominal massage মখল অমা ওইরমাল্লে নীংই। মসিগী তত্ত্ব শীজিন্নবা য়াম্না কান্নবা থবক অমা ওইগনি।

# লুহোংবগী থৌরাং

বীরেন অমসুং ধীরেন মরুপ অনী অসি কলিকাতা বিশ্ববিদ্যালয়গী এম, এ উপাধি ফংলদুনা মরৈবাক্তা থোরক্লে মখোয় অনীগী মিংচৎনা মৈতৈ লৈবাক্তা শন্দোকখ্রে। মীওইবনা মহৌশা মহে- মশিং হৈবা মীদা মচা নিংঙোল থাজনীংই অমসুং ইনাক- কৈরাক খুনবা, অচৌ- অশাংগী মচামশূ লৌজনীংই। মরম অসিনা ইনাকখুনবা রাজেন কবিরাজগী মচানুপী অনী লৈবা অদু অহন্না বীরেন্দা অতোম্বীনা ধীরেন্দা থাজখ্রে; অহল মশেলমক্তা ব্রা লোইনখি। লৌগদৌরিবা অমসুং লৈগদৌরিবা মীগী মপাউ থোইদোকপা তানখিদে। লৌগদৌরিবা মীনা মখোয়না লৌগদৌরিবা নুপী অসি ইনাকখুনবা নুপা অমগী মচানি হায়বমখৈতা খঙই, লৈগদৌরিবা মীনা লাইরিকহৈবা নুপাদা লৈগদৌবি অসিমখৈদা খঙই। লমচৎ করম তৌবা, পুকচেল করম তৌবা, করি কবি মগুণ চেনবা থোইদোকপা খঙনখিদে। মতুংগী নুমিত্তা বীরেনগী লুহোংবা লেপ্লখ্রে।

ইনাকখুনবা রাজেন্দ্র সিংহ কবিরাজন' মতীকচাবা বর ফংলবদা মপুক্রিংদা নুংঙাইবা অমসুং অপাম্বগা লোয়ননা লুপা য়াম্না চঙনা লুহোংবগী থৌরাং তৌখ্রে। মণ্ডপ নীংথিজনা খনখ্রে। মচাগী অউনপোৎ মশীং নাইদনা পৈদুনা থমখ্রে। ফম্নাই- ফানাইবা, অঙম- অথৌ, কৈরোয়- লৈকাইগী মী পূম্নমক্তা বার্ত্তন থাখ্রে।

বীরেন অমসুং ধীরেন অনী অসি, ব্রা অসি হরাও হরাও য়ানিংখিব্রা? ধীরেন্দি, মাধবীনা মতমকুইনা ময়ুম থাদোক্কুনা চৎখ্রে হায়বা তারবদা মাগী অশা তৌবা কান্নররোই হায়দুনা লুহোংবদা য়ানিংবা উৎখ্রে।

লুহোংগদবদি হয়েংনি। বীরেন্দি করি খল্লি? লুহোংবা অসি পুক্রিংনা

য়ারব্রা? উরীবৈবু খক নীংশিংদ্রব্রা? নীংশিংদবা নত্তে, তৌইগুম্বসুং শশীদা লৈখ্রে হায়বা চিঠি ফংবদা উবীবৈবু হঙ্গোইখিবনা মাগী ব্রা করি অমত্তা হংবা লৈখিদ্রে, শাউনিংবনা মাগীদমক জেলদা লৈখিবা চান্নরবা মরুপ শশীগী ব্রাসু করি অমত্তা হংবা লৈখিদ্রে।

বীরেন অসি অঙাং ওইবিঙৈদগী হৌনা হায়বা ইনবা, মরম ওকপা অঙাংনি হায়না ঙাংনরক্লিবনি; মরম অসিনা হোয়সু হায়দে, মাইসু হায়দে তৃমিন্না লৈ।

ভারত্তা ফাওখ্রিবা অচৌ- অচৌবা মীশিংগী জীবন চরিত পারুরবদি অঙাং ওইরিঙৈগী মতমদা লমহেনবনা অয়াম্বনি। অঙাং ওইরিঙৈদা "মবম ওকই, ভক্তি ব্যবহাব ফজে" হাযনা মীনা থাগৎনবা অঙাং অদু হয়েং চাউরক্লবা মতমদা মহাক্কী 'মবম ওকপা' 'লমচৎ ফজবা" হায়বা মিংচৎ অদু মাঙহন্নীংদবনা মনীং- মখা তৌনা করিগুম্বা থবক অমত্তা তৌবা ঙমদে হায়বদি নুপাথোক্লা থবক তৌবা ঙমদে। 'মরম ওকই' 'লমচৎ ফজে' 'পাশ য়াম্না তৌরে' 'সার্টিফিকেট যাম্না ফংলে' হাযববদি চাকরী ফংননবগীদমক্তি যাম্না ফৈ, করিনা হায়ববু মীগী মখাপোন্না থবক তৌগদৌরি, অদুগা সমাজগীদমক্তি কয়া কান্নদে, মবম অসিনা তুংদাদি কান্নগদবা হৌজিকমক্তি মীনা থীনা ঙাংনগদবা আসিগুম্বা থবক অমত্তসু, হৌজিক হৌজক্কী মিংচৎ পাল্লিবা মীশিং অদুনা খক তৌথোকপা ঙমদে। বিধবা বিবাহ শেমগৎলকপদা ঈশ্ববচন্দ্রবু মীনা কয়া থীনা ঙাংনখ্রবা অমসুং চৈখ্রবা! অদুবু ঈশ্ববচন্দ্র অদু হৌজিক হৌজিক্কী মিংচৎ পাম্বা মী ওইরমদে; তুংদা সমাজগীবু খরা কান্নরবদি মাগী মপুন্সিগী মনুংদা অৱাবমখৈ খাঙগে হায়না নীংখি! মিংচৎ মাঙহন্নীংদবা মীশিং অদুগী মপূক্লিংগী অফবা ৱাখল পূক্নুংদা মাঙখ্রে, মীনা থীনা ঙাংনগনি খন্দুনা পুন্সিগী তৌগদবা থবক্কী অনৌবা ময়োল চোংলকপা অদু পূক্নুংদা কংদুনা মাঙখ্রে, - মীনা যানবা চৎপদা ফিনা শাবা লাইফদিবীগুমখ্রে, অৱাতীলগুম্না লয়হন্নীংবা মাযকৈদা মমায় লৈখ্রে। বীরেন হায়বা অসিসু 'হায়বা ইনবা' হায়বা উপাধি ফংবা অঙাং অমা ওইরম্বনি, - অফবসু হোই,

ফত্তবসু হোই হায়বনা মাগী শরুক ওইরম্বনি; তৌইগুম্বসুং এম, এ পরীক্ষা থারুরবা মতুংদা মাগী পূকচেল অদু হোংখ্রে। অচৌবা মীগী জীবন চরিত পাবদা অমসুং আলোচনা তৌবদা মাগী পূকচেলসু খরা চাউরক্লে; অচুম্বা থবক তৌবদা কয়া ইকায়বা পোক্লে, - মীগী চীরোল তাবা লৈখিদ্রে, - মীনা নোক্লবা ইকায়খিদ্রে, - অফবা থবক্কীদমক মথৱায় থাগে হায়না লেপখ্রে!

রাজকুমার বীরেন্না নিংঙাই ইতৌ তৌদনা লুহোংবদা য়াখ্রে হায়বা অসি তারবদা শশীগী মরুপ অমনা বীরেনবু অচীকপা মফমদা কৌথোক্লুনা হায়রকই- "রাজকুমার! ইংরেজী বিদ্যা তম্বগী মগুণনা মরুপকী তৌবীমল, নুংশিবা, অৱাবা পূম্নমক কাউখ্রবোই! নঙগীদমক শশীনা বন্দী লৈখিবা, নঙগী অৱামৈচাক খাঙবা ঙমদ্রদুনা উরীরৈনা মফম খঙদনা মাঙখিবা অসি পূম্নমক অসি করি অমত্তা খন্দ্রবোই।" বীরেন্না ইঙক- ঙক্লদুনা মাগী তুংদা থোকখিবা থৌদোক পূম্নমক শন্দোক্লা লীহন্দুনা তারে। মঙোন্দা পীরকপা চিঠি অদু থাঙ্গৎশেংনা ভুবন্না শেম্বা জালনি অমসুং মাবু ইকায়হন্দুনা মরৈবাক্তা থোরক্তনবা লৌশিং তৌরিবনি হায়না নুপা অদুনা তম্লে। অদুতসু নত্তনা ভুবন্না মহাকপু (বীরেনবু) ঙমখৈ লৈতনা ইকায়বগী মশক ওইরবা থবক অমদা লংথগদৌরি হায়বা অদুসু মরুপ অসিগী মচীন্দগী তারে। উরীরৈগী অরেপ্পা পাউ খঙখিদ্রবদা বীবেনগী পূক্লিংদা ঙমখৈ লৈতনা ৱাখ্রে। মফম অদুদা ফম্বা ঙমলক্ত্রদুনা মথন্নতা চৎথোকখ্রে।

# উমংদা- উরীরৈ

কোচিন হাযবা অসি কাঞ্চীগী মনুংদা লৈবা শেংলবা উমং অমনি। উমং অসিগী মনুংদা উরীরৈনা উমং লাইরেম্বীগী মশক লৌদুনা মওং থুপ্পা লৈরি। করি কবিগুরুদা শাতানবনা তাল্লক্লবী শজি অমোমগুম্না মমীৎ তথক তথক্লা তুংহন্ননা য়েংই, - কবিগুরুদা নুংশি মৈচাক খাঙবা ঙমদ্রদুনা মালেমথক্তা ওন্ন- থোইনা কপ্লি, করিগুরুদা লাংদগী নাম্থোক্লুনা পাইবক্লবা তেনৱাগুম নুংশা থবেৎ হোল্লি, - কবিগুরুদা চীংনুংদগী তাম্নাগুম্না মথন্নতা উখোং- ৱাঙখোংনাক্তা রাসমণ্ডল মপান্দা, লৈহাউ লৈবেন পাম্বী মখোঙদা ফম্বদুনা খোঞ্জেল নেম্না ঈশৈ শক্লি, -

"চাক্লিবা লম্মৈসে অথাপ্পা চীংদা
মুৎচখিগনিকো মথন্নতা!
অহিং তাংলৌ থেঙজিল্লক্লুনা
তারক্লগা নোংদোন লীক্লা।
লম্মৈদি, লকানুংদা চাকপা
হেঙ্গৎলকই মৈচাক ফবা!
অহিং তাংলৌনা থেঙজিল্লক্লগা,
নোংদোন- লীক্লানা তারক্লগা;
অচৌবা বাসমণ্ডল পুখ্রী অসে
লৃ- হেন্দ্রবসু মহৌশাগুম্না চাক্তাবরি ঙানুথঙ্গোংনা
নুমিদাংৱাই য়ৌবে হায়দুনা।
নুংশি মৈচাক্লা কংশিল্লক্লবা
ঐগী পূক্লিং- পুখ্রী মনুংসিদা

পাইরকখিগদ্রা ঙানুথঙ্গোং
চাক্তারখিগদ্রা অমুকহন্না?
নুংশি মৈচাক্লা ৰুংশিল্লবা,
ঐগী পৃক্লিং লৈকোল মনুংদা,
চোংলকখিগদ্রা ময়োল অনৌবা
য়েন্নীং হুনবা মতম য়ৌরকপদা?
মীৎনা য়েংজনীংবা মঙায়রে
মায়থোং থম্বালদি উদরে!
নাকোংনা ঙাইজবা মঙায়রে,
নুংশি নপাউদি থুংলদরে!"

ঈশৈ ঙাইহাক শক্লুরগা লৈহাউ লৈরেন পাম্বীগী মখোঙদা চঙলক্লে, হায়রকই- - "হে লৈহাউ লৈরেন পাম্বী! নঙদি অৰাংবা উপালনি, পাম্মুববু উ- লাকপ্রা? নঙসু ঐগুম্না লাইবক থীরবীনি, ঐহাক্না খুল্লক্কী অত্যাচার খাঙবা ঙমদ্রদুনা নারক্তা চেল্লকপা অসিগুম্না, নহাকসু মীরক্তা শাৎলবদি নশা থুদেক্কনি হায়না কিদুনা চিংয়াদা, অচীকপা লমদমদা শাৎলরির্বানি। নঙনা ফনা লোত্তুনবু কদায়দগী হিংগদগে, - নশক্লা নঙগী লাংনি, ননম্না নঙগী য়েক্লবনি। মালংবা অসিসু নঙগী য়েক্লবনি। ঐগী পাউ অমত্তং পাম্মুবদা তম্বীয়ু হায়রবদি থৌওইনা তাবিদে অদুগা লোত্তুনা লৈজরিবা লৈহাউ নঙগী নুংশিবা লৈনম হুমাখদুনা মী খুদিংদা নঙগী লৈফম তাক্লুরে। লৈনম নুংশিবদি খঙবা, পৃক্লিংগী নুংশিবা ৱাদি খঙদবা কাঞ্চী পাখংশিংনা নঙগী নশা থুদেক্লরগনি, অপোম্বা লৈ হেক্লরগনি"

অদুদগী রাসমণ্ডলগী মপাল তান্না লাক্লে, কপ্পা কপ্পা হায়রকই,- "হে রাসমণ্ডল! মতম অমদা য়াম্না লূরম্বা অদু হৌজিক্তি করি তৌদুনা অসুপ মোৎলবগে? কাঞ্চী লাইরেম্বীগী অৱাবা উদুনা নঙসু অৱাবা ফিজেৎ শেৎলব্রা? নঙগী ঈংলবা ঈশিংনা ঐগী লকানুংদা চাক্লিবা মৈচাক অসি অমুক্তা মুৎহনবিয়ু!" অসি হায়দুনা মশাদা ঈশিং খুজোক খুজোক চাইখৎলে।

অসুম তৌবিঙৈদা লক্ষ্মী ময়াদা নুপামচা অমা বার্ত্তন পুদুনা চৎপা উই। নুপামচা অদুবু কৌবদুনা হায়বকই- "লক্ষ্মীচৎপা ইবুংঙো! নশাদি চোকথবদুনা কাঞ্চীবোমদা নমায ওর্নশিন্দুনা কবি খল্লিবগে? লাউ, কাঞ্চীগী মহৌশাগী নীংথিজবা অমুক্তা যেংলখো, মহৌশাগী কোনুং অদু অশোঙবা নাবক ওইখ্রে হায়দুনা নপূক্লিংদা কিগনু, অমুক্তুং চঙলক্কুনা যেংউ, অচীকপদা শান্তি লৈ হায়বা খঙর্গনি। অহানবদা বাসমগুলগী লূববা লাইজদা থৈবোং- হৈনৌ, হৈজাংগা লোযননা চীংগী মমি তাবিবা অসি উগনি, খবা চঙশিন্দুনা মনা পুংলবা হৈনৌ মখোঙদা ফমউ, ইশং- শংনা হৌবিবা তিংথৌ মথক্তা ঙাইহাক্তুং পোত্থাউ। বাসমগুলগী ঈংলবা ঈশিং মবীক্লা চোৎলবা, কাঞ্চী লৈহাউ লৈবেনগা থেংনদুনা মনম নুংশিববা, মখাবোমদগী শীৎলকপা নুংশিৎনা নঙগী হুমাং শৌবা কোকহনগনি। উনা অপৃংবা মবত্তংগী খোংলকপা চেক্লাগী নুংশিবা খোঞ্জেল তাবদা নঙগী অৱাবা কোক্কনি। পৃত্থী মনুংদা, খোইমুনা নৈথৎলবা থম্বালগী লৈনা কেল্লকপা উবদা মীৎফম হোংবা যাবোই,- মদু পূম্নমক যেংলগা খল্লু - মসি মহৌশাগী কাঞ্চীপুর্বনি।

ৱা কযামকুম অসি হায়কবগা নুপামচা অদুদা হংলকই 'ইবুংঙো, নঙদি কদাযদা চৎকগে? কাঞ্চীগী অনৌবা পাউ কবি তাবগে?" নুপা মচা অদুনা খুমই, হন্দক্তা লাইবিক তম্মুবদগী খোবকপা বাজকুমাব বীযেন অদু বাজেন কবিবাজগী মচানুপীগা হযেং লুহোংগদৌবি অদুগী বার্ত্তন তৌবা চৎলিবনি। কাঞ্চীগী অনৌবা পাউ খোইদোকপা তাদে। ঐনা তাবা হায়বমক্তবু উবীবে কৌবী নুপীমচা অমা ডাকুশিংনা ফাদুনা মাঙহনখ্রে, অমসুং মদুগী ৱাবনা মাগী মমাসু শিখ্রে, অদুগা ইনাকখুনবা ভুবন মপাসু অঙাওবা নুপা অমনা হাৎখ্রে অসিমখৈতনি।" অসি হায়বগা "থেঙখ্রে" হায়দুনা থুনা- যাঙনা চৎখ্রে, - উবীবৈদি মক ফূক্লবা লফ্ পাম্বীগুম্না লৈমায়থক্তা ৱাম্থখ্রে।

খাঙবা কনবদা লৈপাক্কা মান্নববী উবীবৈনি। চাদ- থক্তবা খাঙবা ঙমই- শেৎপা চাবা মনীংথুংদবা খাঙবা ঙমই, - নুংশিহৈতবশিংগী অত্যাচব

খাঙবা ঙমই। মানা খাঙবা ঙম্মোইদবা হীরম অনীদং লৈ, - খাংপোকশঙদা মথন্নতা লৈহৌরবী মমা শিরে হায়বা পাউ অমা অমসুং বীরেন্না মাবু হুন্দোক্তুনা অতোপ্পা অমগা লুহোংখ্রে হায়বা পাউ অমা। অসিগুম্বা পাউ অনী অসি পুল্লপ্না তাবদা বজ্রনা মকোক্তা তাবগুম্না নীংশিংবা লৈতনা ৱাম্থখ্রে।

ঙাইহাক ৱাম্থরুরগা উরীবে লৌশিং তারক্তুনা হৌগৎলক্লে। অৱাবা, চিংনবা, পূক্লিং নুংশিবা, নুংঙাইতবা, মিহৌবা অসি খিবিক্লা পুল্লপ্না তিন্দুনা মাগী থম্মোয় অদু ৱামৈ চাকপগুম্না ওমচাক্লখরে। অসুক য়াম্না পাক- চাউরবা সংসার অসিদা মাগী মীকুপ অমত্তগী লৈফম লৈখিদ্রে। উফুল মরীক্তগী হৌদুনা তাইবংপানবগী পোৎ পূম্নমক, জীব পূম্নমক মাগী মীচং অমত্তা য়াওদ্রে হায়না খনখ্রে। খল্লকই- "নুপা ওইবা, ওন্থোক্লা নুংশিহৈতেদা! মতম অসুক কুইরবা অসি মাগী খুয়াতবু নীংজদুনা লৈজরবী ঐহাক্লি। তূম্বা, হীপ্পা, চাবা থাদোক্লবীনি, অহিং- নুংথিল, মীকুপ- পুঙজা খূদিংদা মাগী চেংলৌ শকফম্মু নীংশিংজবতনা ঐগী পাঙ্গল ওইজরিবনি; - করম্বা মতমদা মাগী মায়থোং থম্বাল উগদগে হায়দুনা ঙাইজরিবী, ঐবু হুন্দোকপিদুনা অতোপ্পা নুপী অমা লুহোংগে নীংখ্রবোই। মাগী অৱামৈচাক খাঙগে হায়বগীদমক পলেম ইমামকপুসু হুন্দোক্লম্লে, ঐবু খাইনবগী ৱাবনা মথৱায় থাখ্রবী ইমানি।"

অশানা লৈরিঙৈগী মতমদা মীওইবনা মথন্নতা খক শিবা ঙমদে, আশা লৈত্রবদি মথন্নতা শিজবগী অপনবা লৈতে। নহালমখৈ উরীবে আশাগী মপান্না হিংদুনা লৈবা ঙল্লম্মী, হৌজিক্তি মাগী আশা ময়োল তেকপদা নত্তনা মরূ ফাওবা ফুকখ্রে, মরম অসিনা উরীবে শিরগে হায়না খল্লক্লে। "ইপা ইমাগা খাইনরবা, নীংজবিবা লাইনা চানবীদ্রবা ঐগী পাপ চেনবা হকচাং অসি পুদুনা তাইবংপান্দা পানবগী করি কান্নগনি। হে রাসমণ্ডল! নঙগী ঈংলবা গর্ভদা চোংথদুনা ঐগী চাক্লবা থম্মোয় অসিগী মৈচাক মূৎলগে" অসি হায়দুনা রাসমণ্ডলগী মনুংদা কূমথরক্লে; অরুবা ময়ায় তান্না কূমথখিদুনা

ঙকশমফাও ঈশিংদা লূপখ্রে; মায়থোং থম্বাল অদু শাৎকায়বা থম্বালগী মরক্তা তিনখ্রে। "হন্দকী মপোক্তদি মাগী খুয়া ফংদ্রে, হয়েংমুক্কী মপোক্তা ফংজগে" হায়দুনা মমীৎ উইশিন্দুনা নুমিৎ কৌবা লাইদা স্ততি তৌবা হৌরক্লে।

পাঠক! মতম কুইনা অৱাবতা শরুক ওইখ্রবী উরীরৈ অসিবু অমুক্তা নীংশিংবিয়ু। লাইরিক অমত্তং পাবদা, ৱারী অমত্তং তাবদা, মশক য়াম্না ফজরবী নুপী- লৌশিং য়াম্না শিংলবী, মহৈ য়াম্না হৈরবী, ইনাক য়াম্না খুল্লবী নুপীমচাশিংগী ৱারী পাবা অমসুং তাবা ফংই, লম্বী চৎপদা মীনা ৱারী শানৈ। ঐখোয়গী উরীরৈ অসি অদুগুম্বা মীতা থোক্তে। মশক ফজদুনসু মতীকচাবা ফিজেৎ- লৈতেং ৱাৎপনা চরাং মরক্তা হৌবা থরোগুম্লবীনি, ওংদা- শাদা ফজদুনসু চাদ- থক্তবনা ময়াং কংলবীনি, থাগুম্না নীংথিজবা মায়থোং ওইদুনসু অৱা মৈচাক্লা মায়হিং কারবীনি। মাগী হন্না য়েংবদা কনাসু লৈত্রবীনি, মমা মপা লৈত্রবী মবুং মপ্বা লৈত্রবী, লৈরবসু মফম খঙদ্রবীনি। মীৎকী পি শিন্থবতনা মাগী পুন্সিদা পোত্থাবসু ওইখ্রবনি, মঁরম অসিনা ঐখোয়গী উরীরৈগী ৱারী অসি পাবদা "করি কান্নগনি" অসুম্না খনবিবা য়াই, অদুম ওইনমক তাইবংপানবগী নুপীমচা পূন্নমক শকুন্তলাগী মতৌগুম্না মশক ফজবীঙাক নত্তে, - সাবিত্রীগী মতৌগুম্না অচৌবা নিংথৌগী মচাঙাক নত্তে, - ভিক্টোরিয়াগী মতৌগুম্না পোকপদগী শিবা ফাওবা নুঙাইখ্রবী নত্তে, তাইবংপান অসি অৱা- অনংবনা পীক থল্লি। ঐখোয়গী উরীরৈ অসি লাইবকথীবীশিংগী মরক্তা লময়ৌনা লাইবকথীরবী অমনি, শঙ্খু শঙ্খু পাইরিবা উচেক মরক্তগী অমত্তং চীথহৌরবা উচেক লাংমৈগুম্বীনি, - উপালদগী নুংশিংনা হুমদোক্লবী উরীগুম্বীনি, চীংনুং- মান্নুংদা মথন্নতা খোংজরবী তাম্নাগুম্বীনি,- অশোঙবা নারক্তা মথন্নতা শাৎচরবী কেতুকীগুম্বীনি, - মশামরেং পান্দ্রবী, কালেন নুংশা খাঙজরবী, নোংজুথাগী নোং নংলবী লৈপাক্লেগুম্বীনি। মহাক্কী মরল ইরৈ লৈতবদি নত্তে, উপালগী মতৌগুম্না ঙাকপীহৈরবীনি, লৈবাক্কী মতৌগুম্না খাঙবা কল্লবীনি, তুরেলগী মতৌগুম্না পূকচেল অনী লোঙদ্রবীনি। নুপী মচা ওইবগী ঐখোয়না পামজবা মরলসু অদুতনি।

# চীংখোঙগী দৃশ্য

বীরেন্না, নুমিদাংৱাই য়ৌরক্লবা- নুংশিংনা লিরি লিরি শীৎলকপনা নৌনা চোংখৎলকপা হানৌশিং অদু লেং লেং চৎপগুম্না উরক্লবা, নুমিৎ তারমদাইগী সনা মানবা মশেক্লা উতোল- ৱাতোল পূম্নমক ইলং লংহল্লবা মতম অসিদা মাগী অঙাং ওইরিঙৈগী লাইরিক ঔরাইফম চীংয়াগী লমদম অদু য়েংগে হায়দুনা মায়কৈ অদোমদা পাংলক্লে। মতম কুইনগী তুংদা, হৈবোকচীংদা শান্নরম্বা, শশীনা মাবু খংহনখিবা, লৈগী উরী মরক্তা উরীরৈ মাধবী লৈরম্বা - অসি খিবিক নীংশিংঙুদুনা মপূক্লিংদা থোইদোক্লা ৱাখ্রে। মতম কুইনগী মমাঙদা থোকখ্রবা থবক, অমুক্তং য়ৌরুববা, থাপ্লা লৈহৌরবা লমদম, লমদম তাম্লা লৈহৌববা, অমুক্তং কারুরবা চীংগী চীংদোল, অচীকপদা অমুক্তং উনখ্রবা মরূপ - আস খিবিক নীংশিংঙুবদা পূক্লিংদা অৱাবগা নুংশিবগা য়ান্নবা ৱাখল পোকই,- অদুগুম্বা ৱাখল অদু লাক্লুনা বীবেনগী মপূক্লিং থোইদোক্লা ৱাখ্রে।

বীরেন্না খল্লকই, - অঙাং ওইরিঙৈগী মতম অদু কয়াগী মতীক নুংঙাইরম্বা! লৈকোল খূদিংদা চেন্দুনা, পাৎকী ঈশিংদা ঈরুপ্পুনা, উরী মরক্তা লোত্তুনা শান্নরম্বা অদু কয়াগী মতীক নুংঙাইরম্বা! পাৎকী থরো, থমচেৎ হেক্লুনা, চীংদা হৌবা হৈপালগী অমূনবা উহৈ থিদুনা চাবদা কয়াগী মতীক হাউরম্বা! লৈকোলগী লৈ হেক্লুনা লৈগী দোলাই শাবদা কয়া হৈরম্বা! হৌজিকসু হান্নগী লৈকোল অদু অদুম মরৈ; পাৎ, উমং, হৈপাল- লৈপাল অদুম মরৈ, উহৈ- ৱাহৈ অদুম মপাল্লি, অদুবু ঐগী পূক্লিংদা অমত্তসু য়েংনীংদ্রে, অমত্তসু চানীংদ্রে। মায়কৈ মবিমক্তা মশীং নাইদনা পোৎচৈ তাদুনা লৈনমক ইমিত্তা ইহাঙ হাঙবগুম্না উরে। লৈকোল অসি ঐঙোন্দদি

লৈকোল নত্ত্রে,- মোংফম্মি, পাকচাউরবা লম্ক্ষাং অসি লম্ক্ষাং নত্ত্রে- মরুভূমিনি, লৈনমগা লোয়ননা শীৎলিবা নুংশিৎ অসি অঙৈংবা নুংশিৎ নত্ত্রে, মরুগী অশাবা নুংশিৎনি। উহৈ- ৱাহৈ অসি চাবা য়াবা উহৈ নত্ত্রে, হৃগী উহৈনি। ইস করিনো? প্রকৃতিনা ঐগী য়েক্লবা ওইখ্রবরা? য়েংউ য়েংউবা পোৎনা ঐঙোন্দা অৱাবা পীরে। খঙলে, মসি পূম্নমক যৌবনগী চিন্তা! যৌবন হায়বা অসি খুদোংথীরবা মতম্মি।

য়াচঙবা মতম য়ৌরক্কদৌরে। চীংগী চীংদোন্না নুমিৎপু লুমশিনখিদুনা চীংখোঙ অদু উরুম খরা খরা লাংলক্লে। শল, শগোল, হামেংনচিংবা য়ুমশা শজিক চারম্বা থাদোক্তুনা ময়ুল্লোমদা মমায় ওল্লক্লে। মকাফন্না শাৎলম্বা থরো, থম্বাল খরা খরা উমশিনবা হৌরক্লে। চীংগী উহৈ- ৱাহৈ থিদুনা চারম্বা উচেক- ৱায়া পরেং পরেং পাইবা হৌরক্লে।

বীরেন্না মপূক্লিংদা মওল মওল খন্দুনা মায়কৈ কদোমদা চৎকদগে মফম ইখঙ খঙদনা, রাসমণ্ডলগী মপাল য়ৌরক্লে অমসুং শাৎকাঁয়রম্বদগী খরা খরা উমশিল্লকপা থম্বাল চামনিপালগী মরক্তা মীৎ উইশিন্দুনা লাই খুরম্লিবী উরীরৈগী মাযথোং থম্বাল অদু উরুরে। খল্লকই,- "তাইবংপাল অসি অনৌবা তাইবংপান অমা হোংলবোইরে, মহৌশাগী রাসমণ্ডল অসি হৌজিক্তি ঈশিংগী থম্বাল অমসুং কংফালগী থম্বাল অনীমক পূন্না শাৎলবোইরে!"

মতম অদুমক্তদা "ইতা ইবেম্মা! থম্বাল হেক্তুনা সুর্য পূজা তৌগে থৌরাংবদা নশামক্লা থম্বাল ওইদুনা অরুবা ঈশিংদা তাউখ্রবোইরে। ইতা ইরাক্লরে! কনা কনা লৈবগে? ইতাগী মথৱায় কনবিয়ু, ইতাবু লৌখৎপিয়ু।" অসি হায়দুনা নুপীমচা অমখল্লা পুখ্রী মপান্দা ফ্রিং ফ্রিং চোংলরে। বীরেন্না "থম্বাল নত্ত্রে, মী ইরাক্লবা ওইরবোইরে" হায়দুনা পুখ্রী ময়ায়দা ঝম চোংথখ্রে অমসুং ইরাক্লরিবী নুপীমচা অদুবু পমদুনা পুখৎলক্লে। লাইগী নোংদম অসি ওন্থোকপনিদা। মী অতৈ অমা নৎলমদ্রে,- উরীরৈ ওইরম্লে!

পাইরক অদুদা লাউরম্বী নুপীমচা অদু খঙহৌদনা মাঙখ্রে। পুখ্রী

মপান্দা পুখৎলক্লবা মতুংদা, শাবী- শানৌ অনী অসি ইথা- থাজদনা অমুক হন্না উনরবদা নুংঙাইবগা নুংশিবগা য়ান্নখিদুনা ঙাইহাক্তং ৱা ঙাংথোকপা ঙমখিদ্রে! মতৌ অদুগুম্না, ইহান হানবদা, ইথা থাজদনা চীংয়াগী লৈকোন্দা অমুক উনখি। অমুকসু ইথা থাজদনা বারুণীগী চীংথক্তা লম্মৈ মরক্তা উনখি। বীরেন অদু হৌজিক্তি কুইনা তৃমিন্না লৈবা ঙল্লক্রে, "উরীরৈ উরীরৈ, কাঞ্চী লৈকোনগী উরীরৈ! ঐগী পূক্লিং লৈকোলগী উরীরৈ! ঐগী ইরাল পূম্নমক ঙাকপিয়ু। নঙনা ঐগীদমক খাঙখ্রিবা অৱাবা পূম্নমক খল্লুবদা ঐগী থম্মোয় অসি তানা থিনবগুম্না ৱাখ্রে। লাউ, নঙবু পমদুনা ঐগী মৈচাক অসি মুৎলগে অসি হায়দুনা উরীরৈবু মতম্বাক্তা পমখৎখ্রে। উরীরৈ অসি হৌজিক্তি মহৌশাগী ইকায়থীবী নৎলক্রে, পিদি তরং তরং শিন্থরদুনা হায়রকই- "অথৌবা! নহাক্না হৌজিক ফাওবা ঐবু কাউবিরমদ্রিবা অসিমক্তনা ঐগী অৱাবা পূম্নমক কোকখ্রে! মপোক অসিদা নুপীমচা ওইনা পোকপগী মহৈ য়াল্লে। হৌজিক্তি চৎলো চৎলো অথৌবা। পূক্লিংনা লৈতাবা নুপীগা লুহোংবিরুরো, বর বার্ত্তনগীদমক ঙাইনরম্লগনি। ইবুংঙো ইবেম্মা অনীমক্কী নুংঙাই য়াইফনবগীদমক ঈশ্বরগী খূয়াদা পূক্লিং- হকচাং অমত্তা ওইন: খুরুমজগে। হৌজিক্তি লাইবকর্থাবী ননাওদি ব্রহ্মচারীনি ওইদুনা কোয়চৎ চৎচখ্রগে। হয়েংতা লুহোংগদৌরিবা নুপাগী মতম্বাক্তা ফম্বা ইতীক নত্তে।" বীরেন্না করি খুমসিবা মফম খঙদ্রদুনা উরীরৈগী পাক্লবা লাইবক অদুদা হন্না হন্না চূপখ্রে। ইস বীরেন! করিগী মতীকচাবা পাউখুম খুম্বা ঙমদ্রবগে?

# অঙকপা লুহোংবা

মতমচানা রাজেন কবিরাজগী ময়ুমদা বার্তন ফংলবা অহল্লমন লৈকোক- লৈকাইগী নুপীনহা, লৈমাশীজ ঙম্নমক থুংলরে অমসুং মী খুদিংমকপু, মাগী মাগী মতীকচাবা সন্মান তৌদুনা মফম চানা ফমহনখ্রে। নুপা পালা হৌখ্রে।

অসোমদা বীরেনসু বরগী ফিজেৎ শেত্তুনা যাত্রাগী থৌরাং তৌখ্রে। ফীরুকপুবী, কবোক- হৈবোক পুবী, হৈ- রা পুবা অঙাংশিং, খঙন- চান্নবা মরুপ মপাং বরগা লোয়ননা পাখংশিং - অসি খিবিক্লা কাঞ্চীগী লম্বেল অদু ক্রক ক্রক ইন্ননা যাত্রা তৌখ্রে। মতম অসিদা লম্বীগী নোংচুপ থংবা মায়কৈদা চীংয়াদা লৈরিবা উমং অদুদগী খুববা লম্বী অমগী মতুংইন্না ফীরুক পুবা ময়াম পরেংশানা মরী- মরী থোরক্লি, থাপ্না উবদা ককচেংনা মরুম পুদুনা পরেংশানা লাকপগুম্না নীংথিজরি। অকোনবগী খুৎপু অসি মথংশীৎনা চঙশিল্লক্তুনা বীরেনগী খুৎপুগা তিন্নখ্রে। বীরেনগী কাঙবুনা হংবদা অকোনবগী কাঙবুনা খুমই - "ধীরেন্না মাগী মরুপকীদমক পোৎয়েংলিবনি!" মীয়াম পূম্নমক অসি লুহোংবগী মাগুপ্তা থুংদুনা মতীকচাবা সন্মান ফংদুনা মফমচানা ফম্নখ্রে। হৌনবী মতুংইন্না বরগী দেউটিনচিংবা ওকখ্রে।

মতাং য়ৌরক্লদুনা বর অসি শামুলমশাগী মতৌগুম্না মখোঙ তপ্না তপ্না থাংদুনা লুহোংফাল মথক্তা ফমখ্রে। ধীরেন্না মরুপকীদমক সেবা চঙখ্রে। মতম অদুদদি মীয়াম পূম্নমক অদু থবক য়াম্না চিন্নখ্রে। খূৎ য়েৎনা পানা লৌই, ওইনা ঙাম্বুক পায়, মীৎনা বরদা য়েংলি, চীন্না অচাপোৎ লৌরি। পানবু লৌসিরা, হিদাকপু থকসিরা, বরবু নোক্লগদ্রা মরাঙ- মরাঙ

তৌনখ্রে। বর অসি মীৎফম নাম্ভোকখ্রনি হায়বগী মতাগুম লৈবাক মথক্তা মুন্না য়েংদুনা লৈখ্রে! অদু উরবদা ময়াম অদু 'উইরে' 'উইরে' 'তুররনি' হায়না ঈনীল হেক নিন্নে। মীৎ অমুক্তং কৃপ্পদা 'পাঙঙে' 'পাঙঙে' হেক হায়নৈ। খজিক্তং হেক লেঙবদা 'লেঙঙে' 'লেঙঙে' হেক হায়নৈ। অসুম তৌদুনা মতম খরদং ৱা ৱা লাউনখ্রে। অদুদগী ফনা ঙাংদুনসু বরনা করিসু খুন্বিদ্রবা অদুদা ঙাংবদা খদাঙ চোক্লদুনা চাবদা মমায় ওনশিন্নখ্রে। অদুদগী মতাং ওইরে, কন্যা পুথোক্লক্লো হায়দুনা অমুক নিন্নরক্লে। মীয়াম্না নিন্নরকপা মতম অসিমক্তদা ইমুং-মনুংদসু য়াম্না নিন্নরক্লে, ইমুং-মনুংদগী মী পূম্নমক নুংশা থবেৎ থবেৎ হোন্দুনা চেম্ভোক-চেনসিল তৌনরক্লে। 'করিনো তৌরিবসে' হায়দুনা হংনরকপদা 'কন্যা মাঙখ্রে থিবা ফংদ্রে' হায়না খুম্নরক্লে। ৱা অদু তারবদা মীয়াম পূম্নমক অদু চথোক্কা-চৎসিনগা তৌনরক্লে। পুরিৎ ঠাকুরনা দক্ষিণা শোয়রনি হায়দুনা 'মথোঙ চাখিদ্রে' হায়দুনা মৈ চাকপগুম শাউরক্লে। মতম অদুমক্তদা মমাঙ শঙ্গোইগী কাচিন্দগী নুপীমচা অমা থোরক্তুনা বরগী ঙকশমদা লৈ পরেং হুকখ্রে। বরনসু অমুকহন্না লৈ পরেং অদু নুপীমচা অদুগী ঙকশমদা হুক্তুনা য়েৎ-ওই নাইনা ফমখ্রে। লুহোংবা মতোল লোমখ্রে। মীয়াম পূম্নমক অদু ইঙক-ঙকনখ্রে অমসুং অখঙবা খরনা 'উরীরৈনি' 'উরীরৈনি' হায়না লাউনরক্লে। ঙাইহাক লৈরগা রাজেনগী মচানুপীগা ভুবনগা অনীবু ফাদুনা মীয়াম মমাঙদা পুশিল্লক্লে। "অনীমক অসিবু করি দণ্ডি পীযুগে" হায়দুনা রাজেন্না হংলকপদা বীরেন্না খুম্লকই - "মশা মশানবু নুংশিনরবদি হৌজিকমক মখোয় অনীবু লুহোংবিবনা চুমই, ঐনা মবুং শক্তুনা কন্যাদান কৎকনি।" 'চুমই' 'চুমই' হায়না অয়াম্বা পাখংশিংনা লাউনরক্লে। হৌজিক্তি রাজেন অসি কনানসু তাকপিদনা মশা মথন্তনা খঙজরে, - নুংশিবা হায়বা অসি য়াম্না লমহেনবা তীল অমনি, পাউতাক্লা মাগী পূকচেল পেৎহনবা ঙমদে, - য়ৈ-চৈবনসু মাবু ৱারকপা ঙমদে। মাদি শক ফজবা ঙাক্তদসু পামদে, ইনাকখুনবা ঙাক্তদসু চঙজরুদে - মহৈ হৈবা ঙাক্তবুসু য়েংনীংদে।

মরম অসিনা বাজেন্না ব্রা অনীথোক্লা খুমদনা মচানুপীবু ভুবন্দা কন্যাদান কত্তুনা মশাগী অবানবা চুমথোকখি।

বীরেন্না মবুং শক্তুনা রাজেনগী মচানুপীবু কন্যাদান কৎপদা য়াওখি। উবীবৈনা "ঐগী ইবুং- ইপ্বা, ইপা কনা অমত্তা লৈত্রবনীনা দান কৎপিনবা লৈত্রে" হায়দুনা মপি তরং তরং শিন্থবকপা উবদা মণ্ডপ কাচিন অমদগী 'ইপা লৈরি' হায়দুনা মীয়ায় চল্লবা নুপা অমা চোংথোরক্তুনা মচাবু কোন্দুনা কপখ্রে। থাঙ্গৈশেংবমক নুপা অদু উরীবৈগী মপা নবীন ওইরম্লে। 'উরীরৈসু শিরমদ্রে, মপাসু শিরমদ্রে' হাযদুনা ময়াম্না নিন্নরকপা মতম অসিদা ইমুং মনুংদগী নুপী অমা চোংথোবক্তুনা উবীবৈবু কোন্দুনা নোং খোংবগুম্না কপখ্রে। শিখ্রে হায়নরম্বা মপা, মমা, মচা অহুম্মক পূম্লপ্না উনদুনা ঙমখৈ লৈতনা নুংঙাইখ্রে। অদুগী মথক্তা নবীন্না মাগী মথব্রায় কনবিখিবা নুপা অদু মমাক ওইনা ফংলবদা মাগী নুংঙাইবা হার্যনিংঙাই লৈখিদ্রে। বীরেনসু তবক তরক লৈবম্বী উবীরৈগী মপা মমা চোংথোক্লকপদা ঙমখৈ লৈতনা নুংঙাইখ্রে। নবীন, থম্বাল, উবীবৈ, মখোয অহুম অসি করম্না হিংলকপা বাবী শাদুনা ময়াম্বু খঙহনখি। খ্বাই পূম্নমকসু ঙমখৈ লৈতনা নুংঙাইখ্রে অমসুং ওন্থোকপা লুহোংবনি হায়না শোন্নখ্রে। নবীন্না, ভুবন মপাবু হাৎপা মহাকমক্লি হায়না মীয়াম মমাঙদা লাউথোকখি! উবীবৈনা, শশীগী করি অমত্তা মরাল লৈতে হায়না সাক্ষী পীববদা বন্দীশঙদগী শশীবু থাদোক্তুনা মফম অদুদা পুশিল্লক্লে। বীরেন্না 'মরুপকী অব্রামনগীদমক মনা ওইনা, ঐনা ইচন নুপী অসি কৎলবনি" হায়দুনা মচল ইবেম্মা থম্বালসনাবু শশীদা কন্যাদান কৎখ্রে। শশী অদু বন্দীশঙদগী হেক থোরকপগা সনা অমা ফংলবদা খোইরুম মোমোন তৌখি অমসুং 'রাজবংশ হায়বা অসি হায়নখ্রবা ব্রা কয়া শোয়গন্দবোইরে' হাযনা মূরুম মূরুম শোনখি। রাজেন্না অচঙবা খরচ পূম্নমক পুথোকখি।

মফম অমত্তদা নোংমতদা লুহোংবা অহুম থোনবা উরবদা খ্বাই পূম্নমক চপমান্ননা নুংঙাইখি অমসুং মী খূদিংমক লুহোংবা অহুমদগী দক্ষিণা অহুম্লক হন্না ফংদুনা য়াম্না থাগৎনখি। পূরিৎ ঠাকুবসু দক্ষিণা শোয়বদি থম্ব

থমখো দূনা হেন্না ফংলবদা 'নুপা ঐনা তৌবা থবকপু শোয়বা হৌনব্রা' হায়দুনা য়াম্না হরাওখি।

অসিগুম্বা অঙকপা পাউ অসি তারবদা লৈবাক্কী মপুনা নবীনগী মথৱায় কনবীখি।

উরীরৈনা অৱাবা পূম্নমক কোক্লবা মতম অসিদা মতা মাধবীতগা উনরবদি ঙমখৈ লৈতনা নুংঙাইগদবনি হায়না খনখি। মাধবীগী তাংদাংবা মফমদি খঙখিদ্রে; তৌইগুম্বসুং ভুবন্না মাবু পুন্দুনা উমংদা থম্লিনৈঁদা মাবু কনবীখিবা অমসুং অৱাবা কোক্কনি হায়না আশা উৎখিবা লাইরেম্বী অদু মাধবীগী মখোল মাল্লি অদুগা হন্দক্তা রাসমণ্ডল মনুংদা শিরগে থৌরাংবদা ইতা হায়না কৌরকপী নুপী অদুসু মাধবীগী মখোল মাল্লি। তৌইগুম্বসুং নীংথিনা ৱা ঙাংনবদি খক ফংখিদে। খুদোংথীরবা মতমদা মাবু কনবীখিবা অদুগা বীরেনগা থুংনহল্লিবা অসি মাধবীগী থৌজান্ননি খনখি; অওইবমকসু মদুনি। উরীরৈনা, মাধবীগী স্বার্থত্যাগ অমসুং পূকচেল চাউবা মতৌ অসি খল্লুরগা মাবু মীনি হায়না থাজখিদ্রে অমসুং হৈবোক লাইরেম্বীমক ওইরমাল্লে হায়না থাজখি। অসিগুম্বা মী অসি পূকচেল পীক্লবা অমসুং লৌনম চাউরবা সমাজগী মরক্তা অমুক হন্না উবা ফংগনি হায়না থাজখিদ্রে, অওইবমকসু উখিদ্রে।

## অরোইবা শরুক

অহিং হৌখ্রে, নোংঙাল্লক্লে। অযুক অঙনবগী নুমিৎনা নোংপোক থংবা অতিয়াদা তরং তরং হুন্দোরক্লে। কাঞ্চী লৈকোন্দা মাল্লিকা, মালতী উরীরৈনচিংবা লৈ খিবিক মকাফন্না শাৎকাযবে। মাধবীসু মপূক্লিংদা মওল মওল খন্দুনা লৈকোন্দা চঙখ্রে। নীংথিনা শাৎকাযববা মাল্লিকা অদু যেন্দায় থন্না হেক্লে। যেন্দায়দগী লৈ অমমম লৌখত্তুনা পবেং লেংবা হৌরক্লে। লৈ পরেং অদু য়েংদুনা "অরেম্বা লৈ পরেংনীকো, ঐনা হূক্লিংবা মীগী মঙকশমদা হূকপা ফংদ্রেকো" অসি হায়দুনা মীৎ অনীদগী শিন্থরকপা পিন্না লৈ পবেং অদু পূমচোৎ চোৎখ্রে। মতম অদুমক্তদা ধীবেনসু অযুক অঙনবগী কোয়থোরকপদা, কাঞ্চী লৈকোনগী নীংথিজবা য়েংগে হায়দুনা মফম অদুদা চঙশিল্লক্লে, লম্বোইবীগী মশক পুরবী নুপীমচা অমনা চীক্লবা মফমদা লৈ পরেং পায়দুনা মমীত্তগী পি শিন্থবা অদু উববদা ইঙক- ঙক্লদুনা ঙাইহাক্তং লেপ্তুনা লৈবে। হাযরকই, - "লৈ পবেং লেংলিবী, নহাকপু কাঞ্চী লাইরেম্বীরা? নত্রগা নপুবোইবা খাইনবগী মৈচাক্লা ঙাওবদুনা (মতৌ য়েংবদা ময়ুম পানবা নুপীনি হায়না খন্দুনা) নঙগী অদুক নৌববা হকচাংদা লৈঙাঙশঙবা ফি শেংলব্রা? কনাগী মবমগীদমক নঙগী মীত্তা পি শিন্থবগে?" মাধবীনা মপূক্লিংনা লাৎলিবা মূর্ত্তি অদু মমাঙদা উরবদা কবিগুম্বা ব্রা অমত্তা খুমদনা মমীত্তি ঈবা চেল্লদুনা ধীবেন্দা মুন্না য়েংদুনা লৈরে। ধীরেন্না শকফম অদু উবদা মথৱায় শোক্লদুনা অমুক হন্না হংলকই, - "লৈ পরেং লেংলিবী! হাযয়ু, ননীং থুংদবা করম্বা লৈবগে? ঐনা নতেং পাংবা য়াবা করিগুম্বা থবক ওইরবদি ইথব্রাযগা শিন্নদুনা নঙগী ননীং থুংনবা হোৎনগে।" মাধবীনা মাগী অচুম্বা পবিচয় তাক্লবদি, ধীবেনগা রাজেনগী

মচানুপীগা লুহোংবা অসি য়েখায়- থিনগাইবা থোকপা তারে হায়না খন্দুনা মাগী পরিচয় তাকখিদ্রে, হায়রকই, - "অথৌবা! ঐদি লম্বোইবীনি অপাম্বা থাদোক্লবীনি, মরম অসিনা তাইবংপানবা অসিদা ইনীং থুংদবা পোৎ করিসু লৈতে। ঐগী হৌখিবা পুন্সিসু লৈঙাঙ শঙবা ফি ꠆꠆দুনা লেল্লক্লে, অরোইবা পুন্সিসু ফিজেৎ অসিনা লোইগনি।" অসি হায়দুনা মমীত্তগী শিন্থরকপা পিনা মশা অদু পুমচোৎ চোৎখ্রে। ধীরেন্না "অদুদি লৈপরেং অদু করিগী অদুক চেকশিন্না লেংবগে? করি তৌদুনা মীত্তগী পি শিন্থবগে?" মাধবীনা কপ্লা কপ্লা মখোল নীক্লা খুন্নকই - "ঐনা লৈ পরেং অসি হুক্লীংবা মী অমা লৈদুনা, মীৎকী পি মরীক মরীক্লা লৈ পরেং ওইদুনা লেংখ্রবনি, তগুপ- তরাইনা লেংবা লৈ পরেং নত্তে, আশা য়াম্না চাউনা লেংখ্রবনি। ঐগী পুন্সিগী অরোইবা পরেংনি, তাইবংপানবা অসিদদি লৈ পরেং অসি হূকপা য়াবা মফম থোক্তে, হন্দক্কী মপোক্কিদি ইনীং থুংনা পরেং অসি হুক্লবা মতম ফংদ্রে, তৎন- থানবা লৈতবা মফম অদুদা পূক্লিং তপ্না হুক্লরগে" অসি হায়দুনা ফীজিনা মমায় খুমজিন্দুনা হীক্লা- হীক্লা কপ্লক্লে। ঙাইহাক লৈরগা ব্রা মচেৎ মচেৎ ওইনা অমুক হায়রকই, - "অথৌবা! নঙগা ঙসি উনবা য়াম্না ফরে, ঙসি ঐগী অরোইবা নুমিৎ, অরোইবা পুঙজা, অরোইবা মীকুপ্নি, - কনাগুম্বা অমত্তং উনরবদি মতম কুইনগী ব্রা অমত্তং নীংশিংলমগে হায়দুনা ঙাইরিবনি। হায়গে হায়গে হায়না মতম অসুক কুইবা ঙম্লক্তে - পূক্লিংগী ব্রা অসি ফোংদোক্রবদি মতম কুইনা লমন তোন্দুনা লৈবা তারে। কনাগুম্বা মী অমনা "অরেপ্পা ব্রা তুংদা খঙহঞ্জগে" হায়দুনা ব্রাশকখিবী কনাগুম্বী অমবু থিরক্লবদি অসুম হায়না তম্বিয়ু "অরেপ্পা ব্রা খঙহনগদবা মতম হন্দক্কী মপোক্তদি নত্তে; তৎন- থানবা লৈতবা মফম অদুদা পূক্লিং তপ্না খঙহঞ্জগে" ব্রাহে কয়ামরুম অসি হায়রুরগা লৈ পরেং অদু মাগী থম্মোয়দা চেৎনা কোনশিখ্রে। ধীরেনগী পাক্লবা লাইবক অদু অমুক্তং চিংনা য়েংলম্লগা মমায় অব্রাং পাংদুনা থুনা- য়াঙনা চৎখ্রে। নুমিৎ অদুদগী হৌদুনা মাধবীবু তাইবংপান অসিদা কনানসু উখিদ্রে।

মতুংদা ঘীবেন্না মাধবীনি হাযবা খঙলক্কুনা য়াম্না ব্বানা খোঙ্গুল লীখি তৌইগুম্বসুং মফম কদায়দসু উবা ফংখিদ্রে।

"চন্দন পাম্বী কয়া কয়ানা,
চীং- মান- নাবক- শীংলক্তা
মাঙ'গুম অবেম্বদা উকং ওইনা,
থাখ্রিবা লৈবাংদু চেকশিন্না,
কংখ্রগনীদা অবেম্বদা
পূক্লিং হকচাংগা লোযননা,
খঙহৌববোইনে কনা'মত্তা!"

লোইববা



## পরিষদনা ফোঙবা হৌজিক-হৌজিক ফংলিবা লাইরিক খরা

---